"ওঁ নমো গণেশায়"

# ভীষ্মস্তুতি- বিষ্ণুপুরাণ



শুভাকাঙক্ষী :-

শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী
ধর্ম্ম চক্রবর্ত্তী, ব্রহ্মসভা ইম্ফাল।

ওঁ নমো গণেশায়

# ভীষ্মস্তুতি-বিষ্ণুপুরাণ

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

ধর্ম্ম চক্রবর্ত্তী, ব্রহ্মসভা ইম্ফাল।

প্রকাশক :—

১। শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, ব্যাকরণ শাস্ত্রী।

২। শ্রীফুরাইলাৎপম গুণেশ্বর দেব শর্ম্মা, কর্ম্মকাণ্ড শাস্ত্রী।

সিংজমৈ, ঙাইখোম লৈকাই ইম্ফাল।




কোপী মশিং—১০০০ (লিশিং অমা)

ফোংবা—তাং ২০। ৪। ২০০৭ ইং, (অক্ষয় তৃতীয়া)

কাজেনগী ৩নি পানবা ইরাই হুমিং,

মমল্—লুপা ১১০/- (চামা-তরা) ত্তনি।

[ অ পুস্তক অইবগীনি ]

নমকম্—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল।

# ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়

বেদনা যুগ মরিগী তারক ব্রহ্ম নাম তাকলম্মি—

১। সত্যযুগে—নারায়ণ পরা বেদা নারায়ণ পরাক্ষরা।
নারায়ণ প্রামুক্তি নারায়ণ পরাগতিঃ ॥

২। ত্রেতাযুগে—রাম নারায়ণ মকুন্দ মধুসুদন।
কৃষ্ণ কেশব কর্ম্মসারে হরে বৈকুণ্ঠ বামন ॥

৩। দ্বাপুরযুগে—হরে মুরারে মধুকৈটভারে,
গোপাল গোবিন্দ মুকুন্দ শৌরে।
যজ্ঞেশ নারায়ণ কৃষ্ণ বিষ্ণো-
নিরাশ্রয়ং মাং জগদীশ রক্ষ।

৪। কলিযুগে—হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর অমসুং কলি যুগ মরিগী শ্রীহরিবু ফংনবা মন্ত্রনি থংনগনি। হৌজিক কলিযুগসিদা হরি নামতনা প্রেম ভক্তি ফংহনবিরি। চৈতন্যদেব—"তৃনাদপি সুনীচেন তরোরিবসহিষ্ণুণা অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ ॥" শ্রীহরি ফংনবা লম্বিদা জীবনা নাপিগুম্না হন্থনা নোল্লুকনি. উপালগুম থাংগনি, ইকাই-ইকি লৈতনা হৌনা লাওনা নাম শোনগনি হায়না তাকপিরম্মি। শ্রীজীব গোস্বামিনা অসুম্না হায়রম্মি—নাম কীর্ত্তনঞ্চেদং উচ্চৈরেব প্রশস্তম্। নামান্যস্তস্য পঠন্ হতত্রপ ভবতি ॥

শ্রীজয়দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী,
ধর্ম্ম চক্রবর্ত্তী ব্রহ্মসভা ইম্ফাল।

# "বিজ্ঞাপনম্"

তোল্লবা ননাইনা নোল্লুকচরি

আরাধ্যো ভগবান্ ব্রজেশ তনয় তদ্ধাম বৃন্দাবনং,
রম্যাকাচি দুপাসনা ব্রজবধূ বর্গেন যা কল্পিতা।
শাস্ত্রং ভাগবত প্রমাণং প্রেমা পুমর্থো মহান্,
ইত্থং গৌর মহাপ্রভো র্মতমত্রাদরঃ নো পরঃ॥

ঐখোয় বৈষ্ণব ধর্ম্মাবলম্বীশিংনা নিংজগদবদি ব্রজরাজনন্দন রাসেশ্বরী ইবেম্মনা ওইদ্দা থৌপল্লিবা শ্রীগোবিন্দনি, শ্রীবৃন্দাবন নিংথিরবী চঙ্খোল্লবী ব্রজবধূলক্কগী অথোইবী সখীনা-শেমজরিবা শ্রীধামনি। শাস্ত্রলক্কগী অথোইবদি শ্রীমদ্ ভাগবতনা প্রমাণনি তাকপিরি প্রেমগী তুংনফমদি রাধাতনি। মতৌ অস্মুম্না গৌরপ্রভুনা ওইথিবা লোইনাইদ্রবা শক্তমবু ঐখোয়না তুং-ইঞ্জরি।

নোংমা ঐবু পোকপা পিতৃদেবনা তাকপিখি—বিদ্যাদা পুক্নিং চংউ তম্বগীসু লোইনাইদ্রবা সংস্কৃত ভাষানি, লোল পুম্নমকী মমা-মপানি। জাতী পুম্নমকী লেম্নফম ওইবা লৈঙ্গনি, গুরু মশক খংউ, চংজফম থিয়ু। "প্রস্তরোঽপি ঘৃষ্যমাণোপক্ষীয়তে" তত্তুনা তক্করক-পদগী নুং ফাওবা মশক ওনখি। বোপদেব কৌবসু পৃথিবীদা অফাওবা মহাপণ্ডিত্ ওইখি। কালিদাস ভবভূতিনচিংবা কবি কয়া মহৎ শিরোমনি ওইখি। অসিনা মরম ওইদুনা ঐ সংস্কৃত স্কুলদা চংদুনা তম্লকপনা, ইম্ফাল সংস্কৃত কলেজগী ছাত্র ওইরকখি। ১৯৮৭ ইংদা "ব্যাকরণ শাস্ত্রী" হায়বা উপাধি সর্টিফিকেট ফংজদুনা থরাই য়াওনা কম্মা হোৎজরকই অতুবু হেক্তা লিথৎপা ইয়া-য়াদ্রি।

পিতৃদেবগী মাতুল ঐগীনা ইধৌ শ্রীবাচস্পতিময়ুম ভুবনেশ্বর দেব শর্ম্মানা তাকপিরমই—ইবুংঙো জয়দেব শর্ম্মা, নহাক পূজাগা য়াম্না চৎলে তারে কন্না হোৎনৌ। য়ারবদি নংনা তম্মুরিবা ভাগবত অত্থু ফোংদোকউদনা। মরম অসিদগী ইধৌগী য়াথং অমদি পিতৃগী পাউতাক কয়া কয়াবু ইকোক্তা থোক্লৎচরগা, ঐনা তাক্ত-তমজরুবা বিষ্ণুসহস্রনামবু শোন্দুনা ভীষ্মনা তেনগী চৈনা ফংবা লৈতনা লৈরম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই পঞ্চ পাণ্ডব মণ্ডাবু পুরক্লুনা দর্শণ পিবিখিবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিং (য়াথং) না যুধিষ্ঠিরনা মবুধৌ ভীষ্মদা হংজখি ইবুধৌ ননাই নশু ঐধোইদি করিমত্তা হৈজ-খংজদে। রাজনিতী, ধর্ম্মনিতী, অর্থনিতী, দান-ধর্ম্ম অমসুং কর্ম্ম-বিদ্যাশিংবু তাকপিরম্মু। মতৌ অসুম্না যুধিষ্ঠিরনা হায়জরকপদা, ভীষ্মনা তাকপিরকখি—হে পাণ্ডব! পুম্নমক্কী মপুদি শ্রীকৃষ্ণনি কাওগনু মতমপুম্বদা নিংশিংউ, অসুম্না ভীষ্মনা মশুশিংদা হায়বগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা অমুক ওনশিন্দুনা হায়জরকই—হে প্রভু! মরাইবক থিরবা ননাই মণ্ডা অসি ইবুংঙোগী শ্রীচরন্দা কচ্চরম্নবনি চানবিরকউ। হে কৃষ্ণ! পাণ্ডব মণ্ডাবু ইশু ওইনা ফংজরুবনা ঙসিদি ননাই ভীষ্মগী অরোইবা মতমদা ফংঙমদ্রবা শ্রীচরনবুসু ফংজরে, জয় শ্রীহরি দয়াময়।

অসিগুম্নবা মমল য়াম্নবা কথা (রারী) হিন্দিদা অর্থগা কোন্নবা অমা থেংনজরুবদগী— ১। পিতৃদেব ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা, ব্যবস্থাকারী। ২। শ্রীঅকোইজম বাজী ইবোবী সিংহ, মেনেজর, দি ফ্রেণ্ডস ইউনিওন প্রেস বাবুপাড়া অমসুং ইয়াম্বা শ্রীলোংজম ফাল্গুনি সিংহ, ভদ্রলোকশিংসিনা থরাই হাপ্পিবগীদমকসু হম্ন। হন্না থাগৎচরি।

শ্রীফুরাইলাৎপম জয়দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

# প্রথম স্কন্ধ-শ্রীমদ্ভাগবতম্

## (নবম অধ্যায়)

শ্রীসূত উবাচ।

ইতি ভীতঃ প্রজাদ্রোহাৎ সর্ব্বধর্ম্ম বিবিৎসয়া।
ততো বিনশনং প্রাগাদ্ যত্র দেবব্রতোঽপতৎ ॥ ১

তদা তে ভ্রাতরঃ সর্ব্বে সদশ্বৈঃ স্বর্ণভূষিতৈঃ।
অন্বগচ্ছন রথৈর্বিপ্রা ব্যাস ধৌম্যাদয় স্তথা ॥ ২

ভগবানপি বিপ্রর্ষে রথেন সধনঞ্জয়ঃ।
স তৈ র্ব্যরোচত নৃপঃ কুবের ইব গুহ্যকৈঃ ॥ ৩

---

শ্রীসূতনা হাঙৈখি—যুধিষ্ঠির মহারাজনা মতৌ অসুম্না লালদা মী হাৎলুবগী অধর্ম্মনা কিরুকলদুনা মথল মথাগী ধর্ম্মতত্ত্ব কয়াবু ভীষ্মদেবগী মফমদগী খঙদৌরগে হাঙৈবগীদমক্তা কুরুক্ষেত্র যাত্রা তৌখি, মতম্ অতুদা ভীষ্মদি কুরুক্ষেত্রদা শরশয্যাদা য়াতাথিরম্নখ্রে। মতম্ অতুদা ভীষ্মগী সম্বন্ধ বর্গ মরি মতা কপ্পা অমদি ব্যাস ধৌম্যা-নচিংবা অথোইবা ব্রাহ্মণ কয়াসু সনা-তনা লৈতেংগ্রবা রথদা তোংলগা যুধিষ্ঠিরগী মতুং ইন্না ইন্নদুনা চৎনখিরম্মি। হে বিপ্রবর! হে শৌনক! ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রসু সথা অর্জ্জুনগা লোইননা রথ অমতদা লেংমিন্নখি। যুধিষ্ঠির মহারাজবু পুম্নমক্ অহুনা কোইশিনখি অমদি যক্ষ ময়াম্না পুমকোই কোইশিনদুন। কুবেরগী মতৌগুম্না অয়েংবাশিংগী মিং পেম্নখিরম্মি। ১—৩

দৃষ্ট্বা নিপতিতং ভূমৌ দিবশ্চ্যুত মিবামরম্ ।
প্রণেমুঃ পাণ্ডবাঃ ভীষ্মং সানুগাঃ সহচক্রিণা ॥ ৪
তত্র ব্রহ্মর্ষয়ঃ সর্ব্বে দেবর্ষয়শ্চ সত্তম ।
রাজর্ষয়শ্চ তত্রাসন্ দ্রষ্টুং ভরতপুঙ্গবম্ ॥ ৫
পর্ব্বতো নারদো ধৌম্যো ভগবান্ বাদরায়ণঃ ।
বৃহদশ্বো ভরদ্বাজঃ সশিষ্যো রেণুকাসুতঃ ॥ ৬
বশিষ্ঠ ইন্দ্রপ্রমদস্ত্রিতো গৃৎসমদোঽসিতঃ ।
কাক্ষীবান্ গৌতমোঽত্রিশ্চ কৌশিকোঽথ সুদর্শনঃ ॥ ৭
অন্যে চ মুনয়ো ব্রহ্মন্ ব্রহ্মরাতাদয়োঽমলাঃ ।
শিষ্যৈরুপেতা আজগ্মুঃ কশ্যপাঙ্গিরসাদয়ঃ ॥ ৮

---

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং অনুচর কয়াগা লোইনরবা পাণ্ডবশিংনা কুরুক্ষেত্র য়ৌরগা পুম্নমক্ উনখিরম্মি, ভীষ্মদেবনা মতম্ অদুদা স্বর্গভ্রষ্ট ওইরবা অমরনা তৌবগুম্না পৃথি থক্তা য়াতাখি, মতম্ অদুদা মখোই পুম্নমক্না ভীষ্মবু উরগা প্রণাম তৌনখিরম্মি। মফম্ অদুদা ভরতবংশগী অথোইবা ভীষ্মবু দর্শন তৌরুগে হায়বগীদমক্তা ব্রহ্মর্ষি দেবর্ষি অমদি রাজর্ষি কয়া কয়াসু চৎনখিরম্মি। অদুগী মতুংদা নারদ, ব্যাস, পর্ব্বত, ধৌম্য, বৃহদশ্ব, ভরদ্বাজ, শিষ্যগা লোইনরবা পরশুরাম, বশিষ্ঠ, ইন্দ্রপ্রমদ, ত্রিত, গৃৎসমদ, অসিত, কাক্ষীবান্ গৌতম, অত্রি, বিশ্বামিত্র, সুদর্শন অমসুং শুকনচিংলিবা অতোপ অতোপ্পা শুদ্ধচিত্ত ওইবা মুনি ময়াম্ অমদি কশ্যপ, শিষ্য কয়াগা লোইনরবা শগোলশেন গুরুনচিংবা কয়া কয়াসু চৎনখিরম্মি। ৪—৮

তান্ সমেতান্মহাভাগা নুপলভ্য বসূত্তমঃ।
পূজয়ামাস ধর্ম্মজ্ঞো দেশ কাল বিভাগবিৎ ॥ ৯
কৃষ্ণঞ্চ তৎপ্রভাবজ্ঞ আসীনং জগদীশ্বরম্।
হৃদিস্থং পূজয়ামাস মায়য়োপাত্ত বিগ্রহম্ ॥ ১০
পাণ্ডু পুত্রানুপাসীনান্ প্রশ্রয় প্রেম সঙ্গতান্।
অভ্যাচষ্টানু রাগাস্রৈ রন্ধীভূতেন চক্ষুষা ॥ ১১

---

ধর্ম্মতনা থরাই ওইরিবা ভীষ্মদেবনা দেশ কাল পাত্রগী মতুং ইন্না তৌগদৌরিবা বিষয়দা পুক্নিং য়ুংখিরম্মি, মতম্ অদুদা লৈরম্লিবা মহাত্মাশিং অদুনা মুনি ময়াম্ লৈরম্বদু উরগা মতিক্ চাবা পূজাগী ব্যবস্থা তৌখিরম্মি। মফম্ অদুদা লৈরম্লিবা মহাক্ অদুসু হান্নদগীনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাদা উত্তমরূপ ওইনা খঙজরম্বা অমা ওইজরমখি, মহাকী হৃদি মদুংদা শ্রীকৃষ্ণনসু অতৎপা লৈত্তনা বিরাজনান ওইবিরম্মি, অহো! ওস্থোক্পনি! অদুগুম্বা ইবুঙো মহাক্ অদুনা মহাকী মায়াগী মখা পোন্না অপোক্পা জীব অমা ওইনা দেহ ধারণ তৌবিরগা মুমিৎ অদুগী সভাদা লেংবিরক্লুনা ময়াম্ অদুগী ময়াইদা ইবুঙো মহাক্ অদুনা আসন লৌবিখিরম্মি। মতম্ অদুদা ভীষ্মদেবনা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌজখিরম্মি। অদুগী তুংদা প্রেম অমসুং নোল্লুক্পগা লোইনরবা পাণ্ডুপুত্রশিংনা ভীষ্মগী নাক্তা চংশিনদুনা ফমখিরম্মি, ভীষ্মদেবনা মখোইশিং অদুবু উরগা পূর্ব্বচরিত্র নিংশিংলূবদগী অতৎ-অথম লৈত্রবা প্রেমগী ধারানা মিৎলু অনিদগী শিন্থখিরম্মি, মদুমক্তনা মমিৎ অনি অদু উখিদে; কপ্ল—কপ্লদুনা মগুশিংদা হাঙ্গীখিরম্মি—ধর্ম্মদা পরায়ণ ওইজরব্রবা হে বৎসগণ!

অহো কষ্ট মহোঽন্যায্যং যদ্‌যূয়ং ধর্ম্ম নন্দনাঃ ।
জীবিতুং নার্হথ ক্লিষ্টং বিপ্র ধর্ম্মাচ্যুতা শ্রয়াঃ ॥ ১২
সংস্থিতেঽতিরথে পাণ্ডৌ পৃথা বালপ্রজা বধূঃ ।
যুষ্মৎকৃতে বহূন্ ক্লেশান্ প্রাপ্তা তোকবতী মুহুঃ ॥ ১৩
সর্ব্বং কালকৃতং মন্যে ভবতাঞ্চ যদপ্রিয়ম্ ।
স কালো যদ্বশে লোকো বায়োরিব ঘনাবলিঃ ॥ ১৪
যত্র ধর্ম্মসুতো রাজা গদাপাণি র্বৃকোদরঃ ।
কৃষ্ণোঽস্ত্রী গাণ্ডিবে চাপং সুহৃৎ কৃষ্ণস্ততো বিপৎ ॥ ১৫

---

হে ইগুশা ! নখোই পুন্নমক্ অসিনা অচৌবা রাথোক্ অমদি নিন্দাগী বিবয় কয়ানা ঃিনথ্রে হাঈছুনা অরাবা মপোক্লি হিংলুদুনা কান্নদে খনব্রা ? য়েঙ্‌উ নখোই ময়াম্‌গী মফম্‌দদি ব্রাহ্মণ, ধর্ম্ম, শ্রীনারায়ণ হাঈরিবশিং তিল্লিবনি 'ছুবু অরাবা মপোক্ কৌখিগদ্রা ? ৯—১২

মহারথ পাণ্ডুনা লৈখিদ্রবদা নখোইশিং অসিনদি য়াম্না অঙাং ওইনা লৈহৌবনিদো, মরম্ 'ছুদগী ইমৌ কুন্তীনা নখোইবু য়োক্‌পদা হাঈনিংঙাই লৈতনা রাজপ্রবী অমা ওইখিবনি । নখোই ময়াম্‌গী মফম্‌দা ফংলমখিবা অরাবা দশাশিংদো, নখোইতগী দোষ নত্তে ; পুন্নমক্ অদো কাল চক্রগী দোষননি । য়েঙ্‌উ ! আকাশদা লৈরিবা নোং মপৈশিংসে অকনবা নুংশিৎ কয়া কয়ানা পাইহল্লিবা নত্রা ? অদুগুম্না ইন্দ্রনচিংলিবা মাইকৈ ঙাক্‌পা লাইয়াম্‌শিংনা লোক পুন্নমক্‌পু মতম্‌তনা মরম্ ওইরদুনা থোক্‌হল্লিবনি । ১৪

কালগতিগী থৌরাং অমুক্‌ য়েঙ্‌উ ! কয়াদা কনথ্রবা, ধর্ম্মরাজ ওইরবা যুধিষ্ঠির অমদি ধনুর্দ্ধারি অর্জ্জুন গাণ্ডীব ধনু, গদাধারি

ন হ্যস্য কর্হিচিদ্রাজন্ পুমান্ বেদ বিধিৎসিতম্ ।
যদ্বিজিজ্ঞাসয়া যুক্তা মুহ্যন্তি কবয়োঽপি হি ॥ ১৬
তস্মাদিদং দৈবতন্ত্রং ব্যবস্য ভরতর্ষভ ।
তস্যানুবিহিতোঽনাথা নাথ পাহি প্রজাঃ প্রভো ॥ ১৭
এষ বৈ ভগবান্ সাক্ষাদাদ্যো নারায়ণঃ পুমান্ ।
মোহয়ন্ মায়য়া লোকং গূঢ়শ্চরতি বৃষ্ণিষু ॥ ১৮

---

ভীম নখোই পুম্নমক্কী মরূপ ওইরিবা নবুঙো কৃষ্ণমক্ য়াউনা য়াউনা অরাবা তাব্রা ? য়েঙ্ উ ! মিংচৎ লৈরবা জীব, পাঙ্গল কনবা, মহৈ-হৈবা, অথোইবা খুৎলাই অমসুং দেবতা, হাঙ্গৈরিবশিং অসিমক্ লৈনা লৈনা থোথোক্ খুদিংদা খুদোংথিবা তাকুরিবহুনিদো । ১৫

হে রাজন্ ! হে যুধিষ্ঠির ! নখোইপুম্নগী নবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা করি রাখন্দা থোরাং তৌবিরিবগে ? অদুমক্ কনাগুম্বা অমত্তনা খঙ্ খঙ্ দবনি । নখোই ঐখোইদি থমখো পণ্ডিত কয়ানসু শ্রীকৃষ্ণ হাঙ্গৈবহুনী পরমতত্ত্ব কয়াবু অনুসন্ধান তৌরুবদদা মী মহাক্ অদু পংথনরিবা নত্রা ? ১৬ মরমু অহুনা হে ভরতকুলতিলক ! ভরত-বংশগী অথোইবা নিংথৌ ! নখোই ঐখোইদা থোকুপ্রিবা থোথোক্ কয়াশিংসে ঈশ্বরগী খুৎশেমগী মথা পোল্লুবনা ঈশ্বর মহাকী মখুত্তা লৈথ্রবা সংসারনি হাঙ্গৈরসিমক অকাউবা লৈব্রোইদৌরনি । হে রাজ্যেশ্বর ! হে যুধিষ্ঠির ! হাঙ্গৈথ্রিবা মরোং অসিদা নহাক অসিনা মরাইবক্ থিরবা প্রজাশিংবু মতিক্ চানা চানা পালন তৌরকদবনি । উত্রা যুধিষ্ঠির ! নমাংদা লৈরিবা নবুঙোদো, মহাক্তো ঈশ্বরনি হাঙ্গৈব-সিমক্ কাউরোইদৌরনি । মরমদি—মহাক্তো আদি পুরুষনি,

অস্যানুভাবং ভগবান্ বেদ গুহ্যতমং শিবঃ।
দেবর্ষির্নারদঃ সাক্ষাদ্ভগবান্ কপিলো নৃপ॥ ১৯
যং মন্যসে মাতুলেয়ং প্রিয়ং মিত্রং সুহৃত্তমম্।
অকরোঃ সচিবং দূতং সৌহৃদাদথ সারথিম্॥ ২০
সর্ব্বাত্মনঃ সমদৃশো হ্যদ্বয়স্যানহঙ্কৃতেঃ।
তৎকৃতং মতিবৈষম্যং নিরবদ্যস্য ন ক্বচিৎ॥ ২১

---

সাক্ষাৎ নারায়ণনি। মশা মথন্তগী মপান্থোমগী পাঙ্গলতনা জগৎ পুম্নমকপু মুম্মাত্তনা য়াম্না অরোনবগী মরোংদা যাদবশিংগী মরক্তা কোইচৎ চৎলিবনি মশামক্ যদুনন্দন হাঙ্গৈনা খঙনরিবনি। ১৭—১৮

হে মহারাজ! নহাক্ অসিনদি মহাক্ অতুবু মাতুল পুত্রনি হাঙ্গৈহৈনা চান্নবগী মরোংদা ওইরি, মথোই ময়াম্না মহাকপু করিগুম্বদা মন্ত্রিগী মথৌ করিগুম্বদনা দূত অমসুং সারথিগী থবক্তা থৌদানরি অতুগুম্বা মহাক্তো সাক্ষাৎ পরমেশ্বরনি হাঙ্গৈনা খঙজো। ১৯

অমুক্তা তাউ, মহাক্ অতুগী মতিক্ মগুন্দি ভগবান্ মহেশ্বর, দেবর্ষি নারদ অমসুং সাক্ষাৎ ভগবান্ ওইবা কপিল মুনি মথোইশিং অতুতনা খঙবনি. অতোপ্পা কনা কনাগুম্বশিংনদি মহাকী গূঢ় তত্ত্ব ঙসি কাউবদা খঙ নদ্রিবনি। ২০ মথোই ময়ামগী মফমদা মহাক্ অতুনা সারথিগী থবক্ তৌই হাঙ্গৈহৈনা মহাকপু অতোপ্পা মরোং অমা ওইনদি খল্লুগনু। মহাক্তি মতিক্ চাই চাদে হাঙ্গৈবতুসু খঙন খঙনা খঙ্শিন্নদবনি। অমুকা মহাক্ অদো সংসারগী রাগ দ্বেষ অহংকারগী রাংমদা লৈরিবনি। মহাক্তো অদ্বিতীয়নি, সর্ব্বাত্মনি, সমদর্শীনি; অতুগুম্বা মহাক্ অতুগী মফমদা অমুকা করি অফ-ফত্তবা খন্নিংঙাই লৈরিবগে? ২১

তথাপ্যেকান্ত ভক্তেষু পশ্য ভূপানুকম্পিতম্।
যন্মেঽসূংস্ত্যজতঃ সাক্ষাৎ কৃষ্ণো দর্শন মাগতঃ॥ ২২
ভক্ত্যাবেশ্য মনো যস্মিন্ বাচা যন্নাম কীর্ত্তয়ন্।
ত্যজন্ কলেবরং যোগী মুচ্যতে কামকর্মভিঃ॥ ২৩
স দেবদেবো ভগবান্ প্রতীক্ষতাং কলেবরং যাবদিদং হিনোম্যহম্।
প্রসন্ন হাসারুণ লোচনোল্লসন্মুখাম্বুজো ধ্যানপথ শ্চতুর্ভুজঃ॥ ২৪

---

হে মহারাজ! নখোইগী নবুঙো শ্রীকৃষ্ণ হাঙ্গবদো করিগুম্বদা সমদর্শী ওইরগস্মু একান্ত ভক্তগী মখমদদি কয়াদা থৌজাল হৈরিবা য়েঙ্উনে ভীষ্ম ঐগী মৃত্যুকাল য়াম্না নকশিল্লক্লে হাঙ্গবসিমক্ মহাক্না খঙ্বিরদুনা হৌজিক্ অসিমক্তদস্মু লৈংবিরক্লিবসিনি, নখোইনা মহাকপু করিগী খঙ্দে। ২২ যোগিশিংনা মহাক্কী মখমদা থরাই-হক্চাং পুম্নমক্ সমর্পণ তৌনরি অমদি মচিন মচিন্দা মহাক্কী নাম্বু কীর্ত্তন তৌর-তৌরদুনা জন্মগী দেহ থাদোক্ত্রগা জীবশিংনা কংনরম-লিবা অয়াম্বা বাসনাশিং অমদি মহাক্ মহাক্কী কর্ম্ম বন্ধন কয়াদগী মুক্তি কংনরি, অদুগুম্বা দেব দেব ওইবা সারথি ওইরিবা মহাক্ অদো ভীষ্ম ঐগী শিরমদাই অসিদা জীবনা দেহগী মনুংদা লৈরিবা যাবৎ তাবৎকী মতমদং-তদি ইপুগী ইমাং অসিদা অহুক্ লৈহন-বিখোকো ইপুগী হে ধর্ম্মরাজ! মহাক্কী মকমদা ইপুনা অসিদং-তদি নঙোম্দগী লিজরি। হৌজিক্ ঐগী মতম্ অমুক্ লৈত্রবনি মরম্ অতুনা পোত্থাবা য়াত্রবনি মসিদা ঐনা হৌজিক্ নখোইদা য়ারী শানা-শানা ঐমম্ভিমহাক্ অতুবু থম্লোইমুংদা চেংনা ধ্যান তৌজরিবনি, ঐগী ইমিৎমক্তা মহাক্কী চতুর্ভুজ মূর্ত্তি অমসুং তনৌ-তঙাংলবা শ্রীনয়ন

শ্রীসূত উবাচ।

যুধিষ্ঠিরস্তদাকর্ণ্য শয়ানং শরপঞ্জরে।
অপৃচ্ছদ্ বিবিধান্ ধর্ম্মান্ ঋষীণাং মনুশৃণ্বতাম্॥ ২৫
পুরুষস্বভাব বিহিতান্ যথাবর্ণং যথাক্রমম্।
বৈরাগ্য রাগোপাধিভ্যাং মাম্নাতোভয় লক্ষণান্॥ ২৬
দানধর্ম্মান্ রাজধর্ম্মান্ মোক্ষধর্ম্মান্ বিভাগশঃ।
স্ত্রীধর্ম্মান্ ভগবদ্ধর্ম্মান্ সমাস ব্যাস যোগতঃ॥ ২৭

---

অনিনা তিনবা মশান্নদনা ফজরবা মোমোন মোমোন মোকপা অপেনবগী শক্তম্ ওইবা শ্রীমুখপদ্মবু দর্শন তৌজরগা হৌজিক্না মমদেহবু ত্যাগ ওইগেকো ফংহল্লুকো ইপুম্বী ধর্ম্মরাজ। ২৩—২৪

শ্রীসূতনা হাঙ্গই—যুধিষ্ঠিরনা শর-শয্যাদা হিপ্লিবা পিতামহ ভীষ্মগী নুংশিরবা কত্তবা ইংলবা রাজাংশিংহু তারগা পূজা তৌনিংঙাই ওইবা মুনিশিংগী মমাংদা ভীষ্মগী মফম্দা অয়াম্বা ধর্ম্মগী বিষয় পুম্নমক্পু অতংপা নৈতনা হংজখিরম্মি। ২৫ হে মুনিবর! হে শৌনক! অদুগী তুংদা তত্ত্ব পুম্নমক্পু খঙ্লবা ভীষ্মদেবনা যুধিষ্ঠিবগী প্রশ্ন রাহংগী মতুং ইন্না অচানবদা মীওইবা জাতিগী সাধারন ওইবা ধর্ম্ম কয়া, অদুগী তুংদা বর্ণ ধর্ম্ম অমসুং আশ্রম ধর্ম্ম কয়াবু বর্ণনা তৌরম্লগা, বৈরাগ্যশিংগী লক্ষণ নিবৃত্তি লক্ষণ সকামীশিংগী লক্ষণা প্রবৃত্তিলক্ষণগী ধর্ম্ম কয়াবু কীর্ত্তন তৌথিরম্মি। ২৬ অদুগী তুংদা দান ধর্ম্ম, রাজ ধর্ম্ম, মোক্ষ ধর্ম্ম, স্ত্রী-ধর্ম্ম অমসুং শ্রীহরিনা পেমবি হাঙ্গরিবা দ্বাদশী ব্রতশিংবা ভাগবত ধর্ম্মশিংবু সংক্ষেপ ওইনা অমদি মতাং মতাংদা বিস্তৃতভাব ওইনা তোঙান তোঙান্না কীর্ত্তন

ধর্ম্মার্থ কাম মোক্ষাংশ্চ সহোপায়ান্ যথা মুনে।
নানাখ্যানেতি হাসেষু বর্ণয়ামাস তত্ত্ববিৎ ॥ ২৮
ধর্ম্মং প্রবদত স্তস্য স কালঃ প্রত্যুপস্থিতঃ।
যো যোগিন শ্ছন্দমৃত্যো র্বাঞ্ছিত স্তূত্তরায়ণঃ ॥ ২৯
তদোপসংহৃত্য গিরঃ সহস্রণী র্বিমুক্তসঙ্গং মন আদিপুরুষে।
কৃষ্ণে লসংপীতপটে চতুর্ভুজে পুরঃস্থিতেঽমীলিত দৃগ্ব্যধারয়ৎ ॥ ৩০

---

তৌরগা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ ধর্ম্ম অমদি উক্ত ধর্ম্মশিংগী ফংননবা উপায় ময়াম নানা উপাখ্যান হারী মতেক্-মতা অচৌ-অচৌবা ইতিহাস কয়াগী মনুংদা হাঙ্গৈশ্রবা অধিকারী ভেদগী মরোং মতৌ কয়ামকম্ যেংলগা বর্ণনা ওইবিখি, অদুগী মতুংদা হাঙ্গৈশ্রবা বিষয়শিংগী পাউতাক্ কয়া কয়াশিং মরোং মতৌ চুম্না চুম্না বর্ণনা তৌখিরম্মি। ২৭—২৮

পরম যোগী ইচ্ছামৃত্যু ওইবা ভীষ্ম দেবনা উত্তরায়ণদা প্রাণ-ত্যাগ ওইবা পাম্লম্মি, পাম্লা পাম্লা ধর্ম্মগী পাউতাক্ কয়া তৌরম্লবদা মহাক্কী অপাম্বা মতম্ উত্তরায়ণ নক্লা (য়ৌশিল্লকই) থুংখিরম্মি। ২৯

মতম্ অদুদা মথল-মথা অয়াম্বা অর্থনা তিনবা উপদেশ বাক্যশিংবু লোইশিল্লক্লবদা রসনা ইন্দ্রিয় সংযম তৌখিরম্মি অমসুং মপানগী বিষয়শিংদগী পুক্নিং লাকশিল্লগা পীতাম্বরধারী চতুর্ভুজ আদি পুরুষ ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণদা সর্ব্ব সমর্পন তৌখিরম্মি অমসুং খুদক্ অদু-মক্তদা অপনবা মিৎনা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌজখিরম্মি। ৩০

বিশুদ্ধয়া ধারণয়া হতাশুভ স্তদীক্ষয়ৈবাশু গতায়ুধশ্রমঃ।
নিবৃত্ত সর্ব্বেন্দ্রিয়বৃত্তি বিভ্রম স্তুষ্টাব জন্যং বিসৃজন্ জনার্দ্দনম্ ৩১

শ্রীভীষ্ম উবাচ।

ইতি মতিরুপকল্পিতা বিতৃষ্ণা ভগবতি সাত্বতপুঙ্গবে বিভূম্নি।
স্বসুখমুপগতে ক্বচিদ্বিহর্ত্তুং প্রকৃতি মুপেয়ুষি যদ্ভবপ্রবাহঃ॥ ৩২

---

মতৌ অসুম্ তৌনা বিশুদ্ধজ্ঞান্না উদয় ওইরক্লবদা ভীষ্মদেবগী ফম্ভবা কয়া মাংখিরম্মি। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা কটাক্ষনা তাবিখিবদা খিনবা লৈতনা ভীষ্ম মহাক্কী মশাদা লৈরম্লিবা তেনগী চৈনাখোনগী মৈচাকুম্ন কোক্খিরম্মি, মতাং অদুমক্তদা অয়াম্বা ইন্দ্রিয়গী মথৌস্নু লাংতক্লবা লৈতনা পোথাজখি। মতম্ অদুদা ভীষ্মদেবনা দেহ থাদোক্লগে হাঙৈবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণদা স্তুতি তৌবা হৌখিরকৃই। ৩১

শ্রীভীষ্মনা হাঙৈজখি—ইবুঙো! ননাইগী অন্ত কালদা, ননাইদা লৈজরম্লিবা নিষ্কামগী মশক্ ওইবা ভক্তিমতি পুম্নমক্সে শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো নংগী চরণারবিন্দদা পুমকংমক্ কৎচগ্রবনি। ননাইনা দর্শন ফংজরিবা, হে যদু কুলশ্রেষ্ঠ ওইবা! নহাক্সে সাক্ষাৎ ওইবা ঈশ্বর হাঙৈবদুমক্নি। নহাক্নি নতোমতনা নিজ স্বরূপানন্দদা অতৎপা লৈতনা মগ্ন ওইবিবনি। অসিগুম্বা নহাক্ অসিগী আনন্দময় রূপ অসিগা য়েংনরুরবদা বিরাট পুরুষগী রূপ করিস্নু লৈতবনি। লীলা কয়া কম্নাবু ছল তৌদুনা শান্নখ্রবা নহাক্ অসিনা করি করিগুম্বদা প্রকৃতিদসু আশ্রয় তৌই, অদুগা প্রকৃতি পুরুষদগীসু সৃষ্টি ধারা শম্মোকই, তৌইগুম্বম্নং নহাক্নি করিগুম্বদা প্রকৃতিগী মখা মক্নি ইপোনমক্ পোক্পবনি শোনবদা অদুম্ শোম্লিংবনি। ৩২

ত্রিভুবন কমনং তমালবর্ণং রবিকর গৌরবরাম্বরং দধানে।
বপুরলক কুলাবৃতাননাব্জং বিজয়সখে রতিরস্তু মেঽনবদ্যা॥ ৩৩
যুধি তুরগরজো বিধূম্র বিষ্বক্ কচলুলিত শ্রমবার্য্যলংকৃতাস্যে।
মম নিশিতশরৈ র্বিভিদ্যমান ত্বচি বিলসৎকবচেঽস্তু কৃষ্ণ আত্মা॥ ৩৪

---

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ হাঈবা নহাক্ অসি তমাল বর্ণদগী হেন্না ফজরবা শংবাম্বরবা কুচুনা তিনবা রূপ অসে ত্রিভুবনগী জীবনা খৌরাংনরি, মহুদা অমুক্তা নৌনা থোক্লক্লিবা মুমিংকী মতানগুম্বা সনা ফিগে অসিনা অপূর্ব্ব সৌন্দর্য্য ওইথোক্‌খিদ্রিবা ফজরবা কয়াবু শন্দোক্‌পিরিনে। খোইরবা শমজোইশিং অহুন' মুখ পদ্মদা কয়াদা পুক্লিং হুরিবা। অসিগুম্বা কৃষ্ণ নহাক অসিগী নশক্ অসিবু উজরগা সংসারগী অপাম্বা অমা অমুক্ লৈজদ্রে, অর্জ্জুন সখা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ নংগী চরণারবিন্দদা ঐগী অচেৎপা রতিনা মতম্ পুম্নমক্তা চেংনা য়াত্তাহনবিয়ুকো। অমুক্তা কৃষ্ণ নহাক্তা লালগী ময়াইদা শগোলগী উফুলনা মাই. মিৎ, হকচাং পুম্নমক্পু কুপ্পব্রবদা রামনখিবদগী চেম্থরক্লবা হুম্মাংশিংনা মুখ পদ্মদা লৈত্তেংখিবা মতম অহুদা ভীষ্ম ঐগী থৌরবা তেনজিন কয়ানা শ্রীঅঙ্গদা থৌগল্লুবদা কবচগা লোই-ননা ফাউজিন্দুনা পানখিবদা, অর্জ্জুন সখা ওইবা কৃষ্ণ নংনা ভক্ত-বৎসল হাঈবহু ওইবিরহুনা হাঈনিংঙাই লৈতনা কয়াদা নিংখিজ-খিবা, অহুগুম্নবা কৃষ্ণ নঙোন্দা ভীষ্মগী থরাইনা অপাম্বগী অথোইবা অমা হাঈবহু ওইহনবিয়ু হাঈনা শ্রীচরনবু নিজরি পিনবিয়ু। ৩৩-৩৪

সপদি সখিবচো নিশম্য মধ্যে নিজপরয়োর্বলয়োঃ রথং নিবেশ্য।
স্থিতবতি পর সৈনিকায়ুরক্ষ্ণা হৃতবতি পার্থসখে রতির্মমাস্তু ॥ ৩৫
ব্যবহিত পৃতনামুখং নিরীক্ষ্য স্বজন বধাদ্বিমুখস্য দোষবুদ্ধ্যা।
কুমতি মহরদাত্ম বিদ্যয়া যশ্চরণরতিঃ পরমস্য তস্য মেহস্তু ॥ ৩৬
স্বনিগম মপহায় মৎপ্রতিজ্ঞা মৃতমধিকর্তু মবপ্লুতো রথস্থঃ।
ধৃতরথ চরণোহভ্যয়া চ্চলদ্গু র্হরিরিব হন্তুমিভং গতোত্তরীয়ঃ ॥ ৩৭

---

হে কৃষ্ণ! ইবুঙো নহাক্ অসিনা ননাই ভক্তশিংগী মফমদা কয়াদগী ভক্ত বৎসল ওইবিরিবা লাল্লক্পা অর্জ্জুনা হাঈজখিবা রাক্ষমদা নগাক্লা কৌরব, পাণ্ডব, তেঙ্গোল অনিগী মরক্তা দোলাই খৌজিন-বিরগা মতম্ অদুদা অর্জ্জুনবু য়েক্লবা কয়াগা লাল পান্নহনখিবা অদুদা ইবুঙো নংনা নহাক্কী স্বয়ং কালদৃষ্টিনা ননাইগী য়েক্লবশিংগী মথক্তা আয়ুঃ হরণ ওইবা মিৎয়েং কয়ানা থোজালবিখিবা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ নঙোন্দা ঐগী পুক্নিংনা চেৎনা পকচবা ওইরসনু। অর্জ্জুন ইশুনা মাগী য়েক্লবা তেঙ্গোল কয়াগী মমাংদা লাল ঙাক্লিবা মপু ঐবু উবদা করম্না স্বজন বধ তৌরসিগে হাঈনা লালদগী তুংহন্নরগে তৌরক্লবদা, অর্জ্জুন সখা ওইবা ইবুঙো নহাক্কী আত্মবিদ্যাতনা অর্জ্জুনগী চিংনবা কোক্হন্দুনা, ইতাউ নংগী দোষদি ঐনা পুবিগনি "অহাৎপা হাঈবদু ঐনি" অমুম্ হাঈনা নাপলগী রাঙাং কয়াবুসু মাংহনবিখ্রবা নহাক্কি, অদুগুম্বা কৃষ্ণ হাঈবা নহাক্কী শ্রীচরণ অদুদা ভীষ্ম ঐগী অথোইবা রতিনা তিনখ্রসনু। ৩৫—৩৬ হা কৃষ্ণ! অঙকপগী মশক্ ওইরবা নহাক্ অসিনা ননাই ভীষ্ম ঐগী ইক্ষমদসু হাঈনিংঙাই লৈত্রবা থোজান্না লৈতেংবিরি, মতুদি—কুরুক্ষেত্রগী লাল য়াম্নরমদাইদা ননাই

শিত বিশিখ হতো বিশীর্ণদংশঃ ক্ষতজ পরিপ্লুত আততায়িনো মে।
প্রসভ মভিসসার মদ্বধার্থং স ভবতু মে ভগবান্ গতি র্মুকুন্দঃ ॥ ৩৮

পাণ্ডবশিংগী মমাংদা লেপ্লিরগা ইবুঙো নংনা অগতিশিংগী থৌজান্দা রাশক্পিথি—প্রাণসখে! ইভাউ! ঐদি খুৎলাই পায়দুনা মীহাৎপগী লালদি য়াউরোই, অদুগা আততায়ীদা লাগ চৎথ্রবা নথোই পুম্ন-মক্কী অরাৎপগী জাৎ মখৈদি নংগী মরূপ ওইবা কৃষ্ণ ঐনা সম্পূর্ণ দায়িত্ব ওইগনি (হাঙ্গীবিখি) তাক্পিথি। মতম্ অদুদা ননাই ভীষ্মন° খুৎলাই পায়ররোই হাঙ্গৈনা রাশকচথ্রবা ইবুঙো নংতদি পঞ্চ পাণ্ডবক্কী মরিদাদি খুৎলাই পায়হল্লগে হাঙ্গৈনা রাশক্চখিবদা ইবুঙোনা মতম্'দুদা ননাই ভীষ্মগী রাশক্ তাবিরগা লেপ্তুনা লৈরম্ব-দগী কোইচেন্ চেন্দুনা খাংবিখি। মতুদা অমুক্তা ননাইগী রাশক্পু কাইহন্দনবনি হাঙ্গদুনা সারথিগী থবক্ থাদোক্তুনা রথদগী চোংথর-ক্লগা (লেংথবিগ্রগা) নোংশানা শামুবু হাৎলমদাইদা চোংশিনবগী মতৌগুম্না ননাই ভীষ্মগী মাংলোম্দা চোংশিনবিরক্থ্রবনিদো, অদুগী মতুংদা ইবুঙো নহাক্না খুত্তুদি উংলবা চক্র পায়বিরগা সনা ফিগেনা লৈহেংলবা শ্রীঅঙ্গনা ভ্রস্ত ওইদুনা পৃথীথক্তা ওনবিবদা নহাক্কী পদ ভার-তনা (লুম্ব-তনা) পৃথী নিকখিবা, মতম্ অদুদা ননাই ভীষ্মনদি আততায় ওইখিবদগী থৌরবা তেনশিংগী চামা চামানা খুচিং ওইদুনা নহাক্কী শংবান্নরবা কুচুনা তিনথ্রবা শ্রীঅঙ্গদা অরাৎপা লৈতনা থৌগল্লবদা উনশা 'পুম্বদা তেজিন্না থিনগাইখিবদা কবচদগী ফাউদোক্লক্তুনা দেহ মম্নুংদগী চেম্থররক্লবা রক্তনা (ঈনা) ঈথক হোথ্রবা শ্রীরূপপু উরগা ননাই সখা অর্জ্জুননা ঈ থক্লবা থৌগন তৌরক্পদগী

বিজয় রথ কুটুম্ব আত্ততোত্রে ধৃতহয় রশ্মিনি তচ্ছ্রিয়েক্ষণীয়ে।
ভগবতি রতিরস্তু মে মুমূর্ষো র্যমিহ নিরীক্ষ্য হতা গতাঃ স্বরূপম্। ৩৯
ললিত গতি বিলাস বল্গুহাস প্রণয় নিরীক্ষণ কল্পিতোরু মানাঃ।
কৃতমনু কৃতবত্য উন্মদান্ধাঃ প্রকৃতি মগন্ কিল যস্য গোপবধ্বঃ। ৪০

---

ঈনা মথক্রক্তুবদা ননাই ভীষ্মনা থাঙ্গৈমক্ শেঙ মাংলানবিরগে হাঙ্গৈবগী মরোংদা ননাইগী ইমাংদা চেনশিনবিরক্খি। মতম্ অদুদা মী খুদিংমা অর্জ্জুনগী মীচংদুা অসুম্না মতৌঙ্গেদকো হাঙ্গৈনা নিন্নখিবা, তৌইগুম্মসুং তশেংবমক্তি ননাই অর্জ্জুনগীদমক্তদি নত্তে, ভীষ্ম হাঙ্গৈবা ননাইগী শরুক্ ওইবা রাশকু অকুন্নবু মপুং ফাহনবিরগে হাঙ্গৈবগী ননাইগী প্রেমদা থৌজানগী মরোং ওইনা থোক্হনবিখিবনি অদুগুম্বা ভগবান অদুনা উসি ঐগী গতি থৌজাল ওইজরিবনি। ৩৭—৩৮

ননাই অর্জ্জুনগী রথবু ঙাকুপি শেনবিবদা কুপ্না চেক্শিন্না শেন্নবিথিবা মরোং—খুৎ নামনা শগোল চুপ্লি, খুৎ নামনা শাজৈ পায়বা, তফিং-তফিংবা চেপ্তক্ তৌবা অদুগুম্না মাইথোং অদুমা লৈতেংলদুনা সারথিগী থৌদ্দাং ওইখিবা মতম্ অদুদা ওইথোক্-খিস্রিবা ফজবা অমা ওইখিদো। অদুগুম্না নহাক্নী শক্তমবু উরগা যুদ্ধাথি কয়া কয়ানা ক্ষত্রিয় মচাশিংগী লালফমদা মাই ওন্নবা লৈতনা থরাই থানরি, মথোই পুম্বা চিথবা লৈতনা অথোইবা পদবী ফংহনপ্রবনি। মরম্ অদুনা ননাই ভীষ্মগী অন্ত কালদা অপরূপ রূপ ওইবা অশেনবগী শক্তম্ অদুদা ননাইগী থম্মোই অসিদা পকচবা লেংজবা থৌজাব্দো ওইহনবিয়ুকো হে প্রাণ নাথ! কৃষ্ণ। ৩৯

লাল তৌরগতা মথৌ ওইরিবা, মচুমক্তনসু অথোইবা ধর্ম্ম অসিতবু থোক্হন্নবা লাক্লবদা নহাক্তবু য়েঙ্‌ল য়েঙ্‌লগা শিজরগে

মুনিগণ নৃপবর্য্য সঙ্কুলেহন্তঃসদসি যুধিষ্ঠির রাজসূয় এষাম্।
অর্হণ মুপপেদ ঈক্ষণীয়ো মম দৃশি গোচর এব আবিরাত্মা ॥ ৪১
তমিম মহজং শরীরভাজাং হৃদি হৃদি ধিষ্ঠিত মাত্ম কল্পিতানাম্।
প্রতি দৃশমিব নৈকধার্ক মেকং সমধিগতোহস্মি বিধূত ভেদ্রমোহঃ ॥ ৪২

---

বার্ত্তন তৌনরি, অদুগুম্বশিং অদুনা উত্তমগতি ফংনখিবদা থোইনা চিংনিনিংঙাই ওইদেনে. তৌইগুম্বস্থুং অমুক্তা নতিক্ নগুণদি—নহাক্না ব্রজপুরদা অবতার তৌবিবদা ব্রজবধুশিং অদুনা নহাক্পু নত্তনা অতোপ্পা কনা মত্তবু নিংনখিদেনে, ওস্তোক্পা অঙক্পনিনে নন্দগী মচা ইবুঙো কৃষ্ণ কৌবা নহাক্ অসিগী পুক্নিং সুষ্মাৎপা শাজৎশিংসে, প্রেমগী মীনোক্ থৌজালগী মিৎচিতনা ব্রজসখিশিংবু নাপল কাহনবা অদুগুম্বা নাপলদুনা অমুক্তা ইবুঙো নংবু লাইনি হাঙ্গবদু কাউথোক-খিদুনা ভগবৎ পূজাদা তুংওই-নখিবা, অমদি গোবর্দ্ধন ধারণ তৌখি হাঙ্গদুনা মথোইনস্থ উম্বা য়াই হাঙ্গনা নিংহনবা, পুন্নমক্তা নংগী থৌজান্না অমুক্ লোইবা নাইদ্রবা গৌজালগী মপুনিনে হে কৃষ্ণ। ৪০

ইবুঙো! কদায়? ননাই যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞদা অচৌ-অশাং নিংথৌরেল কয়া কয়া, মুনি কয়ানস্থ থনখিবা অদুগুম্ব। মতম্ অদুদা মথোই পুন্নমক্ অদুনা কৃষ্ণ নংগী পুক্নিং হুবা রূপ অমস্থুং নতিক্ নগুণদা সুষ্মাৎনখিবা, ওইনরদুনা নহাক্পু পূজা কৎনখিবা নত্রা? অদুবু অমুক্তা ননাইবু ছানবিবনা জগৎকী আত্মা ওইবিরিবা ইবুঙো নংনা ওসিস্থ ননাইগী মিৎয়েংদা ঙাম্ভোইবিররি। ৪১

নহাক্ অসিগী মপোক্ লৈতে, নহাক্না জগৎপু সৃষ্টি তৌরগা অমুক্তা খুংশেম্গী অম্বুংদা লৈবিরি, প্রমাণদি—জগৎপু শিনথুংবা

শ্রীসূত উবাচ।

কৃষ্ণ এবং ভগবতি মনোবাগ্ দৃষ্টি বৃত্তিভিঃ।
আত্মন্যাত্মান মাবেশ্য সোঽন্তঃশ্বাস উপারমৎ ॥ ৪৩
সম্পদ্যমান মাজ্ঞায় ভীষ্মং ব্রহ্মণি নিষ্কলে।
সর্ব্বে বভূবুস্তে তূষ্ণীং বয়াংসীব দিনাত্যয়ে ॥ ৪৪
তত্র দুন্দুভয়ো নেদু র্দেবমানব বাদিতাঃ।
শশংসুঃ সাধবো রাজ্ঞাং খাৎ পেতুঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ ॥ ৪৫

---

ঙালহল্লিবা মুমিৎ মতোম্তগী মমিংদা তোঙান্ তোঙাননা ফোং-দোক্লবগুম্, নহাক্ নতোম্তনা যুগ খুদিংদা, মতম্ খুদিংদা মফম্ খুদিংদসু তোঙান্বা ওইনা নিংহল্লি। অদুবু ঙসিদি ননাই ভীষ্মনা ইবুঙো নহাক্সে অমত্তনি পরমাত্মাগী মশক্কি হাঙৈনা নিংজরি, মসিদা ঐনা কংঙমদ্রবা মীওইনা পোক্চরবগী চৈ য়াঞ্জবা ওইজরেনে। ৪২

শ্রীসূতনা হাঙৈথি—ভীষ্মদেবনা মতৌ অসুম্না মহাক্কী রাখন্দা লৈরম্লিবা রাঙাং অমসুং মিৎয়েংনা পরমাত্মাগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণদা আত্মসংযোগ —থরাই তিনশিন্দুনা সংসারদগী পোথাখি। তৌই-গুমসুং মাগী হক্চাং মনুংদা শিৎলমলিবা নুংশিং অদু অমুক্ মপান থোক্পা লৈতনা মাগী হৃদি মনুংদা অদুম্ লোইখ্রে। ৪৩

ভীষ্মদেবনা মতৌ অদুম্না নিরঞ্জন ব্রহ্মদা তিনশিঞ্জখিবা উবদা অভ্যাগত পুম্নমক্না মুমিৎ তারক্লবদা উচেক্শিংনা তৌবগুম্ তুমিন্-তুমিন্ লৈনখি। ৪৪ মতম্ অদুদা লাই মনাম্ পুল্লপ পুল্লগা দুন্দু-ভিগী ধ্বনি তৌখিরম্মি। থম্মোই চাউবা নিংথৌশিংনা অথাক্পা লৈত্রবা খোন্থাং কয়ানা ভীষ্মবু হন্না হন্না থাগৎনখি অমসুং আকাশ-দগী চাইথরক্লবা লৈগী মপৈতনা নোংচুবগুম্ চাইথখিরম্মি। ৪৫

তস্ম নির্হরণাদীনি সম্পরেতস্ম ভার্গব।
যুধিষ্ঠিরঃ কারয়িত্বা মুহূর্ত্তং দুঃখিতোঽভবৎ ॥ ৪৬
তুষ্টবুর্মুনয়ো হৃষ্টাঃ কৃষ্ণং তদ্গুহ্যনামভিঃ।
ততস্তে কৃষ্ণহৃদয়াঃ স্বাশ্রমান্ প্রযযুঃ পুনঃ ॥ ৪৭
ততো যুধিষ্ঠিরো গত্বা সহকৃষ্ণো গজাহ্বয়ম্।
পিতরং সান্ত্বয়ামাস গান্ধারীঞ্চ তপস্বিনীম্ ॥ ৪৮
পিত্রা চানুমতো রাজা বাসুদেবানু মোদিতঃ।
চকার রাজ্যং ধর্ম্মেণ পিতৃ পৈতামহং বিভুঃ ॥ ৪৯
ইতি শ্রীভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং
প্রথমস্কন্ধে যুধিষ্ঠিররাজ্যোপলম্ভে নাম নবমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

যুধিষ্ঠিরনা পরলোক য়োপ্রবা ভীষ্মদেবগী সংস্কারনচিংবা অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়া লোইরগা কুইদনা মুংশি-মুংয়োন তেংথাখি, অদুগী তুংদা মুনি ময়াম্না শ্রীকৃষ্ণগী মতিক্ মগুণ পুন্না উরগা ইবুঙো মহাকী অথুপ্পা নামশিংবু কীর্ত্তন তৌনখিরম্মি অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌর-তৌরদুনা মহাক্ মহাকী আশ্রমদা হল্লখিরম্মি। অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা হস্তিনাপুরদা লেংশিল্লগা মপল ধৃতরাষ্ট্র ১মুং মচা ১০০ শিপ্লবী গন্ধারীবু থেমজিনখিরম্মি। ৪৬-৪৮

ধৃতরাষ্ট্রগী পাউতাক্ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা থৌরোংশিংবু থাজনা পালন তৌরগা যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মগী মতুং ইন্না পিতৃপিতামহ-শিংগী রাজ্য শাসনদা চাউনা থৌরাংজখি। ৪৯

মতাং অসিদা ভীষ্মনা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌবা অমদি মুক্তি ফংবা ভাগবতকী মাপলগুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# মহাভারত

## দশম অধ্যায়ঃ

তিলদান, জলদান, দীপদান, রত্নদান-নচিংবগী

মাহাত্ম্য যমরাজগা ব্রাহ্মণগা ওয়ানবা

যুধিষ্ঠির উবাচ।

তিলানাং কীদৃশং দানমথ দীপস্য চৈব হি।
অন্নানাং ব্রস্ত্রাণাং চৈব ভুয় এবাব্রবীৎ মে॥ ১

ভীষ্ম উবাচ।

অত্র.প্যুদাহরন্তী মিতীহাসং পুরাতনম্।
ব্রাহ্মণস্য চ সংবাদং যমস্য চ যুধিষ্ঠির॥ ২
মধ্যদেশে মহান্ গ্রামো ব্রাহ্মণানাং বভুবহ।
গঙ্গা যমুনয়ো র্মধ্যো যামূনস্য গিরিরধঃ॥ ৩
পর্ণশালেতি বিখ্যাতো রমণীয়ো নবাধিপ।
বিদ্বানাসীত্তত্র ভুয়িষ্ঠা ব্রাহ্মণশ্চা বাসীত্তথা॥ ৪

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়—পিতামহ! ঈবুধৌ! তিলদানগী ফল মহৈ করিনো? অসি নত্তনা দীপদান, অন্নদান, বস্ত্রদান অসিনচিংবগী মহৈশিংদা তাকপিখ্রে অদুবু অমুক্তগা শন্দোক্লা তাকপিয়ু। ১

ভীষ্মনা হায়—যুধিষ্ঠির! নহাক্লা হায়রিবসিগী বিষয়দা মমাং-ঙৈগী কুইরবা ইতিহাসকী রারী অমা খুদম ওইনা হেক হেক লিনৈ, মধ্য দেশদা গঙ্গা, যমুনা, অনিগী মরক্তা যামুন কৌবা চীংগী মখাদা, ব্রাহ্মণশিংগী নিংথিজরবা গ্রাম অমা লৈ। মদু অয়াম্বনা পর্ণশালা হায়না খঙনৈ। মফমদুদা ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত, বিদ্বানামক্তা লৈ। ২—৪

অথ প্রাহ যমঃ কাশ্চিৎ পুরুষ কৃষ্ণ বাসসম্ ।
রক্তাক্ষ মূর্দ্ধরোমাণং কাক জঙ্ঘাক্ষি নাসিকম্ ॥ ৫
গচ্ছ ত্বং ব্রাহ্মণং গ্রামং ততো গত্বা তমানয় ।
অগস্ত্যাং গোত্রতশ্চাপি নামতশ্চাপি শার্ম্মিণম্ ॥ ৬
শমেঃ নিবিষ্টং বিদ্বাংস মধ্যাপক মনাবৃতম্ ।
মা চান্য মানয়েথাস্ত্বং সগোত্রং তস্য পার্শ্বতঃ ॥ ৭
স হি তাদৃগ্ গুণস্তেন তুল্যোঽধ্যয়ন জন্মনা ।
অপত্যেষু তথা বৃত্তে সমস্তেনৈব ধীমতা ॥ ৮

---

নোংমা যমরাজনা কিমু শেংপা মম্বিং ঙাংলবা মতু চপ চপ য়ুংনা হৌবা অদুগা মখোং খোংমিং, মিংপাল, মাকোং, মনাতোলড় কাকী মতৌগুম্মা মুশিন মুবা দূত অমদা অম্ভুম্মা হায়রকই—দূত ! নহাক হৌজিকমক ব্রাহ্মণশিংনা লৈরিবা পর্ণশালা হায়বা গ্রাম খুল অদুদা চৎলু। মফম অদুদা অগস্ত্যগোত্রগী য়াম্না শান্ত স্বভাব ওইবা বিদ্বান পণ্ডিত শর্মী কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈবনি। মাবু কৌহনা মফম অসিদা পুরকউ, মাবু লৌরু। ৫—৬

অদুগা য়েংঙ্, মফম অদুদা মাগা চপ মান্নবা ব্রাহ্মণ অমসু লৈবনি, মহাকসু শর্মী ব্রাহ্মণদুগা গোত্রসু অমত্তনি। মাগা থংনবা মাসু মফম অদুরাইদা হেক্তা লৈবানি। বিদ্যাদা গুণদা, তৌথোরকপদা শর্মী হায়বা ব্রাহ্মণ অদুগা চপ মান্নবনি। বিদ্যার্থীশিংগা লোয়নন-খোংমবদা, মচা মশুশিংগী মশিং ফাওবদা চপ মান্নবনি, করিমত্তা খেন্নবা লৈতবনি। অদুগা চেকশিনু মীশাক ওয়নি চৎলু ব্রাহ্মণ শর্মীবু কৌরু। ৭—৮

তমানয় যথোদ্দিষ্টং পূজাং কার্য্যা হি তস্য বৈ ।
স গত্বা প্রতিকূলং তচ্চকার যমশাসনম্ ॥ ৯

তমাক্রম্যানয়ামাস প্রতিবিদ্বো যমেন যঃ ।
তস্মৈ যমঃ সমুত্থায় পূজাং কৃত্বা চ বীর্য্যবান্ ॥ ১০

প্রোবাচ নীয়তামেষ লোকস্য আনিয়তামিতি ।
এবমুক্তে তু বচনে ধর্ম্মরাজেন স দ্বিজঃ ॥ ১১

উবাচ ধর্ম্মরাজানং নির্বিঘ্নোঽধ্যয়নেন বৈ যো,
মে কালো ভবেচ্ছেয় স্তং বসেয়মিহাচ্যুতে ॥ ১২

---

ঐনা হায়রিবা শর্মী কৌবা ব্রাহ্মণদো ঐগীসিদা লৌরু । ঐমাব পূজা তৌগে থল্লি । নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! যমরাজগী য়াথংসি তাবদা যমদূত মক্ম অমু তান্না চংখিজুনা যমরাজনা হায়রিবতুগা গুল্ল-তৈনমা থবক তৌরুরে । যমরাজমা পুরকউ হায়বা মীশক্তুদি পুরক্রুতুনা মাপা মাঙবা ব্রাহ্মণ অমু ফাতুনা যমরাজগী নাস্তা পুরক্লে লাক্লিবা (পুরক্লিবা) ব্রাহ্মণতু উবদা যমরাজ অসি ফুক হৌগত্তুনা ব্রাহ্মণবু তরাম তরাম ওকই, সেবা পূজা তৌই । অমুদগী দূত অমুদা যমরাজনা হায়রকই—নহাক ব্রাহ্মণ অসি পুথ্রো, অতোপ্পা অমতু পুরকউ । ধর্ম্মরাজ যমনা য়াথং পিরক্লবদা তাকপি-তম্বিবদা য়ারক্লবা চোকথরক্লবা লাক্লিবা ব্রাহ্মণ অমুনা অমুম্না হায়রকই—ধর্ম্মগী লিক্লমদগী খুবৈ নামতা হেন্দোকপিদবা ধর্ম্মরাজ ! ঐগী পুন্সিগা লৈমহৌরিবা শরুক অসি লৌইত্রে কাউবতদি ঐ ধর্ম্মরাজগীসিদা লৈজরগে । ঐবু তাম্বোকলিগনু । ৯—১২

যম উবাচ।

নাহং কালস্য বিহিতং প্রাপ্নোমীহ কথঞ্চন।
যো হি ধর্ম্মং চরতি বৈ তং তু জানামি কেবলম্॥ ১৩
গচ্ছ বিপ্র ত্বমদ্যৈব আলয়ং স্বং মহাদ্যুতে।
ব্রূহি সর্ব্বং সৈবং করবাণি কিমচ্যুত॥ ১৪

ব্রাহ্মণ উবাচ।

যৎ তত্র কৃত্বা সুমহান্ পুণ্যং স্যাৎ তৎ ব্রবীহি মে।
সর্ব্বস্য হি প্রমাণং ত্বং ত্রৈলোক্যস্যাপি সত্তম॥ ১৫

---

ধর্ম্মরাজ যমনা হায়—ঐদি কাল কোবা লাই মাগী নিয়ম বিধান অদো করিমতা খণ্ডদে। জগতা ধর্ম্মগী আচরণ তৌরিবা মী মহাক অদো, অদুবুতা খঙ্ঙি। ধর্মগী বিধিদগী খুবৈ অমতা নানথোক্তনা নিয়ম বিধি কায়দনা চৎলিবা তেজ কল্লবা ব্রাহ্মণ! নহাক হৌজিক্কি নহাক্কী লৈফম অদুদা হল্লুখো, নহাক্না নিংলিবা অপাম্বদো লোয়না হায়য়ু। ঐ নহাক্কীদমক্তা করি তৌ হায়বগে? ১৩—১৪

ব্রাহ্মণনা হায়রকই—সাধু মহাত্মাশিংগী কোক্কী লৈতেং ওইরিবা ধর্ম্মরাজ! সংসারদা মহাপুণ্য ফল ফংগদবা কর্ম্মসে করিনো? অদুগুম্বা কর্ম্মদো ঐঙোন্দা তাকপিয়ু। মরোল অদুম অসিদা ধর্ম্ম কর্ম্মগী প্রমাণ (লেপনফম) দি নহাক্তনি। ১৫

যম উবাচ।

শৃণু তত্ত্বেন বিপ্রর্ষে প্রদানবিধি রনুত্তমম্।
তিলাঃ পরমকং দানং পূণ্যং বৈশ্বেয় শাশ্বতম্॥ ১৬
তিলাশ্চ সম্প্রদাতব্যং যথাশক্তিঃ দ্বিজর্ষভ।
নিত্যদানাৎ সর্ব্বকাংমান্ স্তিলা নির্ব্বর্ত্যত॥ ১৭
তিলান্ শ্রাদ্ধে প্রশংসন্তি দানমেতদ্ধ্যনুত্তমম্।
তান্ প্রযচ্ছস্ব বিপ্রেভ্যো বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা॥ ১৮
বৈশাখ্যাং পৌর্ণমাস্যাংতু তিলান্ দ্বিজাতিষু।
তিল ভক্ষয়িতব্যাশ্চ সদা হ্যালম্ভনং চ তৈঃ॥ ১৯

---

যমরাজনা হায়—নহাক্কী দান অমদি কর্ম্মকাণ্ডগী বিধি অসে মুন্না তাও। দান পুম্বদগী তিলদান হায়বসিনা অথোইবনি। অমাঙ্-অতা লৈতবা মহৈ পিবনি। ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক তিলদান তৌহুনা পুন্সি চুপ্পা লৈববদি নিংবা থুংগনি। শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা তিল-দানগী মহিমা অসি ব্রাহ্মণশিংনা খঙনহুনা লৈরবনি। দানশিংগী মনুংদা প্রশংসা তৌনরিবা হায়ববু তিলদানবুত্তনি। থ্বাইদগী উত্তম ওইবা দানদি তিলদানতনা ওইবনি। অতুনা ব্রাহ্মণ নহারা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা তিলদান তৌহুনা লৈরু। বৈশাখী পুর্ণিমা (শজিবুগী পুর্ণিমা) দা ব্রাহ্মণদা তিলদান তৌ। থোইদিংতনা শারা অহাউ-অথুমশিংতনা কোকহুনা লৈয়ু। হায়বদি ব্রাহ্মণশিংদা তিলদানংনা মথোয়গী পোকপা কোংনহুনা লৈয়ু। ১৬—১৯

কার্য্যং সতত মিচ্ছদ্ভিঃ শ্রেয়ঃ সর্ব্বাত্মনা গৃহে ।
তথাহ্যাপঃ সর্ব্বদা দেয়াঃ পেয়াশ্চৈব ন সংশয় ॥ ২০
পুষ্করিণ্যা স্তডাগানি কূপাংশ্চৈবাত্র খনয়েৎ ।
এতৎ সুদুর্লভতর মিহলোকে দ্বিজসত্তম ॥ ২১
ভুক্তেঽপ্যান্নং প্রদেয়ংতু পানীয়ং বিশেষতঃ ।
আপো নিত্যং প্রদেয়াস্তে পুণ্যং হ্যেতদনুত্তমম্ ।...
প্রাপ্যশ্চকার্য্যং নানার্থং নিত্যং তে দ্বিজসত্তম ॥ ২২

---

মশাগী কাম্নবা মঙ্গল ওইনা পুন্সি শাংনা লৈবা পাম্বশিনা তিলদান তত্তনা তৌহুনা লৈগদবনি। তিলদানগুম্না জলদান তত্ব অমদি মাহাত্মাবুসু খঙগদবনি। ব্রাহ্মণ অথোইবা! পুত্রী, গুহ্যান-চিংবা ঈশিং তুংননবা মফমসে তৌহুনা কৎকদবনি। পুত্রী, গুহা, তুরেলনচিংবা হায়বসি সংসারদা য়াম্না তাংবনি। অদুনা পুত্রী লৌখোং দান তৌবা হায়সিমক অতাংবা দাননি। য়াম্না পুণ্য চেনবা থবক্নি। ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক মতম অয়াম্বদা জলদান তৌহুনা লৈয়ু। ঈশিং তাংলবা মতমদা ঈশিং দান তৌবা ওম্নবা ঈশিংবু তুংশিন্দুনা থমহৌ, নয়ুম ইখোন্দা শেমহুনা থমহৌগদবনি। অসুম্না তৌবসি মহাপুণ্য কর্ম্ম অমনি। লাম্লবা মীদা পিজবা হায়বসিমক অচৌবা পুণ্য কর্ম্ম অমনি। চাহুনা লাক্লবা মী ফাওবদা অন্নদান তৌগদবনি। জাৎ বিজাৎ খায়দনা পুম্নমক্কী অধিকারনি। ২০—২২

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যুক্তেন তদা তেন যমদূতেন বৈগৃহ্যান্।
নীতশ্চ কারয়ামাস সর্ব্বং তৎ যমশাসনম্॥ ২৩
নীত্বা ত্বং যমদূতোঽপি গৃহীত্বা শর্মিণং তদা।
যযৌ স ধর্ম্মরাজায় ন্যবেদয়ত চার্পিতম্॥ ২৪
তং ধর্ম্মরাজো ধর্ম্মজ্ঞং পূজয়িত্বা প্রতাপবান্।
কৃত্বা চাতিথি বিশ্ব স্তেন বিসসর্জ্জ যথাগতম্॥ ২৫
তস্যাপি যমঃ সর্ব্ব মুপদেশং চকার হ।
প্রতিত্য স ততঃ সর্ব্বং চকারোক্তং যমেন তৎ॥ ২৬

---

ভীষ্মনা হায়—নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! যমরাজনা অস্মুম্না জলদান অন্নদানগী মাহাত্ম্য তাক্লবা তুং অতুদা ব্রাহ্মণতু ময়ুমদা হলহনথ্রগে হায়না খল্লে। মহাকপু ময়ুম তান্না থিলহনখি। ময়ুম য়ৌরগা যমরাজনা তাকপতুগী মতুং ইন্না থবক পুম্নমক পাংথোক্লুনা লৈখি। নিংথৌ! হান্নগী মীশক ওন্ননা পুরকপতুনদি থাদোকপ্রবা তুংদা যমদূতনা যমরাজনা হাম্নন। হায়খিবা শর্মী কৌবা ব্রাহ্মণ অতু ফাতুনা যমরাজগী নাক্তা পুরকই। মহাক লাক্লবদা প্রতাপ চাউরবা মতিক মগুণ লৈরবা দেবতা যমরাজনা ব্রাহ্মণ অতুগী স্বাগত অমদি সেবা পূজা নিংথিনা তৌখি। মহাকপুস্তু ওসাইগী অহানবা ব্রাহ্মণ অতুদা জলদান, অন্নদানগী মহিমা তত্ত্ব পুম্নমক তাহনথ্রগা ময়ুমদা য়ৌহনখিবতুগুম্না য়ৌহনখি। বিদায় তৌখি। মতোন্দস্তু অহানবা ব্রাহ্মণদা পিখিবা উপদেশ পুম্নমক পিতুনা ময়ুমদা থাখিবানা। মহাকস্তু ময়ুম য়ৌরগা যমরাজনা তাকাপিরকপা থবক অতু নিয়ম কায়দনা তৌতুনা লৈখি। ২৩—২৬

তথা প্রশংসতে দীপান্ যমঃ পিতৃহিতেচ্ছয়া ।
তস্মাৎ দীপপ্রদানং নিত্যং সন্তারয়তি বৈ পিতৃন্ ॥ ২৭

দাতব্যাং সততং দীপা তস্মাৎ ভরতসত্তম ।
দেবতানাং পিতৃণাংচ চক্ষুষ্যং চাত্মনাং বিভো ॥ ২৮

রত্নদানং সুমহৎ পুণ্যমুক্তং জনাধিপ ।
যস্তানি বিক্রীয় ব্রাহ্মণেভ্যো হি ভয়ং করম্ ॥ ২৯

যদ্বৈ দদাতি বিপ্রেভ্যোঃ ব্রাহ্মণঃ প্রতিগৃহ্য বৈ ।
উভয়োঃ দানমক্ষয়ং দাতুরাদাতুরেবচ ॥ ৩০

---

উদ্ধারগীদমক্তা যমরাজনা দীপদানগী (থাউমৈ কৎপগী) মহিমাসু তাকখি। মরম অদুনা মুনিং খুদিংগী দীপদান তৌগদবনি। দীপদানগী মহৈ হায়বদু নেত্ররোগ লৈতে। নিংথৌ! যমরাজনা রত্নদান, সুবর্ণদানগী মাহাত্ম্যসু মরাং কায়না তাকপিরম্মি। দানদা ফংঙুরিবা সনা লুপা অদুনা যজ্ঞগী পোৎ-চৈ লৈদুনা ব্রাহ্মণদুনা তৌরিবা যজ্ঞগী ফল ভাদুগা পূণ্য কর্ম্মদুগী মনুংদা দাম তৌজরক্লিবা দাতাদুগী শরুক য়াওরি। সনা লুপাদু যজ্ঞ তৌথোকপ্রবনিনা ব্রাহ্মণদুগী মশাদা অকিবা মিপাইবা, হুরানবা, ডাকুশিংগী মফমদগী পোক্লকদবা অকিবা নুংশা থিবা করিমতা লৈত্রে। অদুগুম্বা অপাম্বা মিহৌবা লৈত্রবা ব্রাহ্মণ অদুনা দানা অমগী মফমদগী ফংলকপা রত্ন (সনা লুপা) দুবু অতৈ ব্রাহ্মণশিংদা যাগ যজ্ঞ তৌদুনা দক্ষিণা ওইনা অমুক য়েম্মোকপ্রবদি দান লৌরিবা ব্রাহ্মণ অদুগা দান তৌরক্লিবা দাতা মখোয় অনিমক হায়নিংঙাই লৈত্রবা পূণ্য ফল ফংঙি। ২৭—৩০

যো দদাতি স্থিতঃ স্থিত্যাং তাদৃশায় প্রতিগ্রহম্।
উভয়োরক্ষয়ং ধর্ম্মং তং মনুঃ প্রাহ ধর্ম্মবিদঃ॥ ৩১
বাপসাং সম্প্রদানেন স্বদার নিরতো নরঃ।
সুখসম্পচ সুরেশস্চ ভবতীত্যস্তু তত্ক্রমঃ॥ ৩২

---

ধর্ম্ম অমদি মানমর্য্যাদা লোক ব্যবহারগী মনুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণশিং অতুগা দান তৌরিবা ব্রাহ্মণ মথোই অনিমক অমাং-লৈত্রবা মিংচৎ অমদি পুণ্য চেল্লবা মহৈ ফংঙি। হায়রিবসে মনুগী লেংব্রবা কুকপা য়াম্রবা বচন (প্যাউতাক) নি। অমুক করি হায়গনি মহাক্কী নুপীদা অনুরাগ লৈবা য়াম্না পুক্নিং চংবা নিপাহ্ ফাওবনা মহাক্কী নুপী অতুদা সবর্ণ রত্ন বস্ত্রদান তৌরবদি ফিজেৎ লৈতেংহুন নিংথিজনা ফজনা থম্বিরবদি নুপীদা দান তৌরিবা মহাক মশামক সনা লুপা ফিরোম্না থল্লবা সম্পত্তিগী মপু ওই। *অসুম হায়না ঐনা তাই। ৩১—৩২

---

*টিকা—সংসারগী মায়াগী ঈরাংদা তাউহুনা মীওোন্দা লেমনিং-হুনা অতুগা নুপী অহুনা মঙোন্দা পুক্নিং চংহুনা লৈহনবগী বাখলদা মহাক্কী নুপীদা সনা লুপা ফিরোল থোল্লবদি মহু সুবর্ণ-দাননি হায়বা য়ারোই। করিগুম্বা অপাম্বা মিহৌবা অমতা য়াওদমা ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা অমদি সুখ সংভোগকীদমক্তা নুপীদা বস্ত্র-দান তৌরবদি দানগী ফল ফংগদবা নত্তে। সনা লুপা ফংলিবী সনা লুপাহুগী মহৈ ওইনা ইন্দ্রিয় সুখগীদমক্তা মপুরোইবা (নিপা) অতুদা সেবা পূজা-নচিংবদা পুক্নিং চংলবসু, মহুনা দান লৌবগী মহৈ করিমতা ফংলোই অসুম্না তৌবা নিপা নুপী অনিমক (দাতাদাতব্য) অনিমক সংসারগী

গাবং সবর্ণং চ তথা তিলাশ্চৈবাম্বু বর্ণিতাঃ।
বহুশঃ পুরুষব্যাঘ্র বেদপ্রামাণ্য দর্শণাৎ ॥ ৩৩

বিবাহংশ্চৈব পুত্রানুপাদয়েত চ।
পুত্রলাভোহি কৌরব্য সর্ব্বলাভাৎ বিশিষ্যতে ॥ ৩৪

ইতি শ্রীমহাভারতে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্ব্বণি দান ধর্ম্মে পর্ব্বণি যম ব্রাহ্মণ সংবাদে দশম্-অধ্যায়ঃ ॥

---

নিপা অথোইবা ! নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! ঐনা নংগী নফমদা গো-দান, সুবর্ণ-দান, তিল-দান নচিংবগী তত্ত্ব অমদি মহাত্মা অতুগা বেদ শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না তৌগদবা রাখল পুন্নমক কয়ারকস্তু লিগ্রবনি। ৩৩ কুরুনন্দন ! যুধিষ্ঠির হায়রিবা দান ধর্ম্মগী তত্ত্ব অসি খংনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈনা লৈনা দান ধর্ম্মগী মহৈ ফংননবা ইহলোক, পরলোক অনিমক্তা কান্নবা বিবাহ কর্ম্ম তৌতুনা নচা, নগু, পোক্লহুনা পুন্সি লেনগদবনি। পুত্রলাভ (মচা ফংবা) হায়বসিস্তু চাউথ্রবা পুণ্য কর্ম্ম অমনি। লাভা-লাভ হায়তুনা লৈরিবা লাভ পুন্নমক্তগী পুত্রলাভ হায়বসিনা অহেনবা লাভনি। তাইবং মীগী ফংবা হায়তুনা লৈরিবা অসিদগী "মচা ফংবা" হায়তুনা লৈরিবা "ফংবা" হায়বসিনা খ্বাইদগী হেনবা "ফংবা" লাভ হায়বতুনি। ৩৪

---

মায়াদা তাউমিন্নবনি। পাপ কর্ম্মনি হায়বা য়াই। অরেম্বা মায়ামোহগী লাং-নুংদা তাননবা তৌবা দান নত্তে। মায়াদা তাউহুনা দান লৌরিবী নুপীতুস্তু অহুগা মায়াদা তাউতুনা নুপীদা

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্ব্বদা দান ধর্ম্মগী মতাংদা যমরাজ ব্রাহ্মণ সংবাদগী তরাশুবা অধ্যায় লোয়রে।

---

থোল্লিবা নিপাতুস্সু অনিমক পিবগী লৌবগী অপেনবা করিমতা লৈরোই। অতুগী তাল্লকপদগী, মুপীতুগী, পেন্নবা নিপ অতুনা মতুংদা মুপীতুদা থোন্নবা হুরান চিন্থবা ডাকুনচিংবগী থবক ফাও তৌরক্কনি। প্রত্যক্ষ প্রমাণনি। নিপাতুনা রাজ-দণ্ড ফংতুনা অরাবা তারবা মতমদা মুপীতুনস্সু মথরাই শোক্না রাবিগদবা নত্তে। মখোয় অনিসিমক অপাম্বা মিহৌবা নত্তবা রাখল পুম্বা থাদোক্লতুনা পিথোক-পিশিন তৌনরবদি অনিমক্কী মহা মঙ্গল ওইগনি। দান তৌবা লৌবগী মহৈ শোয়দনা ফংগনি। (কালাচাঁদ শাস্ত্রী)

---

# মহাভারত

## একাদশ অধ্যায়ঃ

(গোদানগী মহিমা গোব্রাহ্মণবু ঙাক-শেনবগী মাহাত্ম্য)

যুধিষ্ঠির উবাচ।

ভুয় এব কুরুশ্রেষ্ঠ দানানাং বিধিমুত্তমম্।
কথয়স্ব মহাপ্রাজ্ঞো ভুমিদানং বিশেষতঃ॥ ১
পৃথিবীং ক্ষত্রিয়ে দদ্যাৎ ব্রাহ্মণায়েষ্টিঃ কামনে।
বিধিবৎ প্রতিগৃহ্নীয়ান্ন ত্বন্যো দাতুমর্হতি॥ ২
সর্ব্ব বর্ণেষু যচ্ছক্যং প্রদাতুং ফলকাঙ্ক্ষিভিঃ।
বেদে বা যৎ সমাখ্যাতং তন্মে ব্যাখাতু মর্হসি॥ ৩

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়—মহজ্ঞানী কুরুশ্রেষ্ঠ পিতামহ! দানগী খ্বাইদগী হেনবা বিধি-বিধান (নিয়ম) অসে অমুক্তগা হায়বিথো। বিশেষ ওইনা থোইদোক-হেন্দোক্না ভুমিদানগী মহত্ব (মগুণ) সি অমুক্তংগা তাহনবিথো। ব্রাহ্মণদা ভুমিদান তৌবা হায়বসি ক্ষত্রিয় নিংথৌ-তনা ওম্মি (ওমগনি) অতুগা ব্রাহ্মণনা বিধি কায়দনা ভুমিদান লৌবা হায়বসিসু ক্ষত্রিয়শিংগী মক্ষমদতা ওনগনি। অস্মুম্না নিয়ম কায়দনা ভুমিদানগী লৌথোক-লৌশিন কনা অমতা ওক্ষন থোক্তে। নি থৌ নত্তবা ভুমিদানগী মহৈদি ফংনিংবা সাধারণ মীশিংনা তৌগদবা বিধি অসি করিনো? মহু শুগাইনা অমুক্তা তাকপিয়ু। ১—৩

ভীষ্ম উবাচ।

তুল্যনামানি দেয়ানি ত্রীণি তুল্য ফলানি চ।
সর্ব্বকাম ফলানীহ গাবঃ পৃথ্বী সরস্বতী॥ ৪
যো ব্রূয়াচ্চাপি শিষ্যায় ধর্ম্ম্যং ব্রাহ্ম্যং সরস্বতীম্।
পৃথিবী গোপ্রদানাভ্যাং তুল্যং স ফলমশ্নুতে॥ ৫
তথৈব গাঃ প্রশংসন্তি ন তু দেয়ং ততঃ পরম্।
সংনিকৃষ্ট ফলানীতি লব্ধ-অর্থাশ্চ যুধিষ্ঠির॥ ৬

---

ভীষ্মনা হায়—গো, ভূমি, সরস্বতী, হায়রিবা অহুম অসি-অর্থদা খেন্নরবস্তু মনুংদা চপ মান্নবনি অমতনি। পোংশক মশা অমতনি, মমিংতদা খেন্নজবনি। অহুম অসিগী মনুংদা অমগী দান তৌরিবহুদা অতোপ্পা অমতুগী দানস্তু অতুম ময়াওগ্রবনি। মখোয় অমমমগী দান ফংঙকপা মহৈস্তু চপ মান্নে। হায়রিবা অহুম অসি নিংবা পুম্বা থুংহনবা দান মক্তনি। ব্রাহ্মী সরস্বতী (ব্রহ্ম বিদ্যা) বু অতুগুম্বা ব্রাহ্মণনা তম্বিরিবা, তাহল্লিবদো চাউরবা দাননি, গো দান ভূমিদানগী মহৈগা চপ মান্নবা মহৈ অতুম মফংঙি। অতুনা গো হায়বগী অর্থসে ভূমি, ইন্দ্রিয়, বাণী, ষণবী মখোয়শিং অসিনি। অতুনা গো দাননা খ্বাইদগী অহেনবা দাননি হায়রিবসিদা ষণবীংবু দান তৌবগী রা ঙাকস্তু নত্তে। যুধিষ্ঠির! গো দানগী মহৈদি খুদক্কা অতুম মফংবনি। ষণবীতগী অর্থ লৌরবস্তু গো দানগী মহৈদি খুদক্কা য়াম্না থুনা মফংবনি। ৪—৬

মাতরঃ সর্ব্ব ভূতানাং গাবঃ সর্ব্ব সুখ প্রদাঃ।
বৃদ্ধিমাকাঙ্ক্ষতা নিত্যং গাবঃ কার্য্যঃ প্রদক্ষিণাঃ ॥ ৭
সংতাড়্যা নতুপাদেন গবাং মধ্যেন চ ব্রজেৎ।
মঙ্গলায়াতানাং দেব্যস্তস্মাং পূজ্যাঃ স দেব হি ॥ ৮
প্রচোদনং দেবকৃত্যং গবাং কর্ম্মসু বর্ত্ততাম্।
পুর্ব্বমেবাক্ষরং চান্যদভিধেযং ততঃ পরম্ ॥ ৯
প্রচারেবা নিবাতেবা বুধো নোদ্বেজয়েত গাঃ।
তৃষিতা হ্যভিঃ বীক্ষন্তে নরং হন্যু সবান্ধবম্ ॥ ১০

---

গো (ষণবী) হায়বসি জীব পানবা পুম্নমক্কী মমানি। অদুনা গোমাতা হায়নরিবনি। মমানা মচাশিংদা চপ মান্নবা নুংঙাইবা পিবহুগুম্না গোমাতা জীব পানবা পুম্বদা নুংঙাইবা পিবনি। পুন্সিদা চাওখৎপা পাম্বশিংদনা গোমাতাবু য়েৎ-ওইননা থম্লগা চৎকদবনি। মদু গোমাতাগী প্রদক্ষিন পারিক্রমানি। গোমাতাদা খোংনা কাওহৈদে। লক্ষ্মীদা ষণবীশিং মরক খায়দুনা থক চৎহৈদে ষণবী হায়বসে উবওদা মহামঙ্গলগী মশক্নি। মতম পুম্বদা পূজা তৌননিংঙাইগী মশক্নি। দেবতাশিংমক্কসু যজ্ঞগীদমক ভুমিবু খোইবা মতমদা ষল্লাববু লাঙ্গল চিংলিবহু মখুক্তা শাজ্জে পায়দুনা ষণ অদু হোই। অদুনা যজ্ঞগীদমক্তা ষল্লাববুতা লাঙ্গোলদা পিবসি মহানিন্দা তৌননিংঙাই কর্ম্মনি। ষণবীশিংনা মনিং মখা তম্না লক্ষ্মীদা সরোক্তা চৎলিঙৈদা অদুগা অচিকপা লম্ফাং (লম্পাক্তা) লৈরিঙৈ কুল্লিঙৈ মতমদা মখোয়দা অরাবা পিবা, মখোয়বু তানখাইনা,

পিতৃ সদ্মানি সততং দেবতা য়তনানি চ।
পুয়ন্তে শকৃতা যাসাং পূতং কিমধিকংততঃ॥ ১১
ঘাসমুষ্টিং পরগবে দত্যাৎ সংবৎসরং তু যঃ।
অকৃত্বা স্বয়মাহারং ব্রতং সার্ব্বকামিকম্॥ ১২
স হি পুত্রান্ যশঃ খংচ শ্রিয়ং চাপ্যধি গচ্ছতি।
নাশয়ত্য শুভং চৈব দুঃস্বপ্নং চাপ্যপোহঁতি॥ ১৩

যুধিষ্ঠির উবাচ।

দেয়াঃ কিং লক্ষণা গাবশ্চাপি পরিবর্জয়েৎ।
কীদৃশায় প্রদাতব্যা ন দেয়াং কীদৃশায় চ॥ ১৪

---

মখোয়গী মুংঙাইজরিবত্তুবু থুগাইবদি জ্ঞানী ওইবা মীশিংনা খক তৌরোইদৌবনি। ষণবীনা ঈশিং খোৱাংলক্লবা মতমদ থক্লিংবনা মপু (ষণবু) দা হন্না য়েংখৎচরকপদা ঈশিং পিথক্রিবা অতুগুম্বা মা অতুগী মচা, মশু, শাগৈ-নাতৈ পুন্নমক অতুবু ষণবীগী অশ উবগা নৈ অতুনা চাকথেকই। ৭—১০

ষম্থিনা পিতৃলোক্কী শ্রাদ্ধ শোনফম অতুগা দেব মন্দিরবু তৈরগা শেংদোক্লরিবনি। অতুগুম্বী ষণবীদগী হেনবা পোৎশক অসি সংসারদা অমুক কনানা করি ওইগনি? চহী অমা চুপ্পা মুগিৎ-খুদিংগী চাক চাদ্রিঙৈগী মমাংদা নাপী (শজিক) খুদাপ অমতং মীগী ষণদা ওইরবস্সু দান তৌরবদি পিজরবদি নিংবা পুন্নমক থুংঙি। অস্তুম্না ষণগী সেবা তৌবসিনা শাগৈ-নাতৈ, মচা, মশু, ফৌ, চেং অসনচিংবা ধনজন সম্পত্তিগী চাওখৎপা, ফত্রবা কর্ম্মগী পাপ অতুগা মঙ-হা চোইবা, ফত্তবা মঙ মংবগী দোষ কোকহল্লি। ১১—১৩

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি—ঈবুধৌ! করম-করম্বী শুভ-লক্ষণনা তিনবী

ভীষ্ম উবাচ।

অসংবৃত্তায় পাপায় লুব্ধায়ানৃত বাদিনে।
হব্য ক্রব্য প্রেতায় ন দেয়াঃ গৌ কথঞ্চন ॥ ১৫

ভিক্ষবে বহুভ্রায় শ্রোত্রিয়ায় অহিতাগ্নয়ে।
ন দেয়া দশগবাং দাতা লোকানাপ্নো অত্যনুত্তমান্ ॥ ১৬

যশ্চৈব ধর্ম্মং কুরুতে তস্য ধর্ম্মফলং চ।
সবস্যৈবাংশং ভাগ দত্তং তং নিমিত্তং প্রবৃত্তয়ঃ ॥ ১৭

---

যগবীবু দান তৌগদগে অতুগা করম্বী যগবীনা দান তৌরোইদগে? অতুগা দান তৌফমথোকপা থোক্তবা, করম-করম্বা অফ-ফত্তবা লক্ষণনা তিনবা ব্রাহ্মণশিংসিনা করম-করম্বনো? হায়বদি করম্বা ব্রাহ্মণদা গো দান তৌগদগে? অতুগা করম্বদা তৌরোইদগে? ১৪

ভীষ্মনা হায়—নিংথৌ! মরমচৎ থিবা, পাপ কর্ম্ম তৌবা, মীগী মপোৎ য়াম্না পামগনবা লোভী ওইবা মীশক, ওইদবা রা ভাংগনবা (মিথ্যাবাদী) অতুগা দেবযজ্ঞ শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবদা থৌওই-দবা, থাজগন্দবা নাস্তিক অসিগুম্বা ফত্রবা মীদা গো দান তৌবা হৌনদে। মচা য়াম্না পোকপা, বেদ খংবা হৈবা, অগ্নিহোত্রী ওইবা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণনা মচিনমক্না নিরবদি মঙোন্দা গো দান তৌগদবনি। অতুগুম্বা ব্রাহ্মণদা যগবী দান তৌরবদি নিংথিজরবা খুভম ফংঙি। কনাগুম্বা দাতাগী গো দানবু ফংলগা যগবীতুগী পাম্বৈনা যাগ-যজ্ঞ তৌরিবা ব্রাহ্মণতুগী যজ্ঞগী মহৈতুগী শরুক খরা দাতাতুগীস্থু য়াওরি। করিনা হায়ববু ব্রাহ্মণতুনা যজ্ঞ তৌবা, যজ্ঞ লিংখৎপা, যজ্ঞগী মহৈ ফংবা ওম্মিবহু দাতাতুগী দানগী পাম্বৈননি। ১৫—১৭

যশ্চৈব মুৎপাদয়তে য়শ্চৈনং ত্রায়তে ভয়াৎ।
য়শ্চাস্য কুরুতে বৃত্তিং সর্ব্বে তে পিতরস্ত্রয়ঃ॥ ১৮
কল্মষং গুরুশুশ্রূষা হন্তি মানো মহৎযশঃ;
অপুত্রতাং ত্রয়ঃ পুত্রা অবৃত্তিং দশ ধেণবঃ॥ ১৯
বেদান্তনিষ্ঠস্য বাঅশ্রুতস্য প্রজ্ঞান তপ্তস্য জিতেন্দ্রিয়স্য চ।
শিষ্টস্য দান্তস্য যতশ্চৈব ভুতেষু নিত্য প্রিয়বাদিনশ্চ॥ ২০
যঃ ক্ষুৎ ভয়াৎ যেন বিকর্ম্ম কুর্য্যাৎমৃতুশ্চ শান্তি হাতিথি প্রিয়শ্চ
কৃতং দ্বিজাতিস্যজেত তস্মৈ সস্তুলশ্চ সপুত্রদারাঃ॥ ২১

---

যজ্ঞ দান তৌরিবহুবু অকিবদগী গুরুজনগী সেবা হায়বসিনা পাপ মখল মখলবু কোকহল্লি। গুরুজনগী সেবা পূজা তৌদবা, মওক কনবা, থোয়বা নাপল হায়বসিনা ধন, মিংচৎ, পুন্নমক পুম্মাং মাংহল্লি। মচা নিপা অহুম্না মচা পোক্তবা হায়বহুগী দোষ, পাপ, কোকহল্লি। অহুগা অমৃত (মখোম) থোক্লিবী ষণবীতনা জীবিকা লৈতবগী অরাবা দোষ পুম্বা কোকহল্লি। বেদ বেদান্ত নৈনবদা পুক্নিং চংবা, জ্ঞান বিদ্যাহুদা অহুম পেন্দুনা মুঙাইনা লৈথোকপা ঙমগ্রবা যাগ যজ্ঞ তৌবতনা মথৌ ওইগ্রবা, জীবা পুম্বদা নিংথিবা অতপ্পা রাহৈ শিজিন্নবা, চানিংঙাই, থকনিংঙাই লৈত্র ফাওবদা নত্তবা কর্ম্ম হুরান-চিন্থিনচিংবা তৌদবা য়াম্না তপ্পা অতিথিবু মুংশিনা মেংলবা রাহৈনা স্বাগত তৌগনবা জীব থুদিংমক্তা চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবা মচা-মশু, মুপী-অঙাংদি য়াম্না লৈবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণগী জীবিকাহু অরাবহু লৈহল্লোইদবনি। ১৮—২১

শুভে পাত্রে যে চ গুণাঃ গোপ্রদানে,
তাবান্ দোষান্ ব্রাহ্মণে স্বাপহারে।
দারাশ্চৈষাং দূরতো বর্জনীয়াঃ,
সর্ব্বাবস্থাং ব্রাহ্মণঃ স্বাহা বঃ স্বাহেতি ॥ ২২
বিপ্র দারে পরহৃতে বিপ্রস্বনিচয়ে তথা।
পরিত্রায়তে শক্তাস্ত নমস্তেভ্যো মৃতাস্তবা।
ন পালয়ন্তি চিত্তস্থ হন্তা বৈবস্বতো যমঃ।
দণ্ডয়ন্ ভৎসয়ন্ নিত্যং নিরয়েভ্যো ন মুঞ্চতি ॥ ২৩
তথাগবাং পরিত্রাণে পীড়নেচ শুভাশুভম্।
বিপ্রগোষু বিশেষেণ রক্ষিতেষু হতেষু বা ॥ ২৪

---

মতিক চাবা ব্রাহ্মণদা গো দান তৌবগী পুণ্য অদুগা ব্রাহ্মণগী মরল মথুম লৌথোকপগী পাপস্থু অদুপ পুই। অদুগা করিগুম্বা অবস্থাদা ব্রাহ্মণগী মরলবু খক লৌথোক্লোইদৌবনি। অদুগা ব্রাহ্মণগী ব্রাহ্মণীদা নত্ত মিৎয়েং তৌরোইদৌবনি। ব্রাহ্মণগী নুপী অদুগা ব্রাহ্মণগী ললবু হুবা, মুনবা পুন্নমকসিবু ঙাকথোক্লবগী হোৎ-নরিবা শেম-শারিবা মখোয়দুবু হন্না হন্না থুরুমজরি। ফত্তবা থবক ঙাকথোক্তিবা অদুগা ঙাকথোকপা ঙমত্রিবদো অশিবগা পাংখ্রি। সূর্য পুত্র যমরাজনা অসিগুম্বা মীবু হাৎলি। নরকী অরা-অনা জাৎ জাৎ ফংহল্লি অদুগা মখোয়বু নরকগী থাদোক্তে, অস্নুম্না ষণবীশিংবু লুনা তৌবা অদুগা তমথিনা তৌবগী পুণ্য-পাপ অদু অদুম মফংঙি শম্না বিশেষ ওইনা হায়রবদা গো (ষণ), ব্রাহ্মণবু শেল্লবদি মহাক পুণ্য ফল ফংঙি মখোয়দা অত্যাচার তৌরগা পাপ পুই। ২২—২৪

ইতি শ্রীমহাভারতে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্ব্বণি দান ধর্ম্ম পর্ব্বণি গো দান মহাত্ম্যে একাদশ-অধ্যায়ঃ।

---

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্ব্বদা দান ধর্ম্ম পর্ব্বদা গো দানগী মহাত্মাগী নতাংদা তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোয়রে।

শ্রীগণেশায় নমঃ

# বিষ্ণুসহস্রনামস্তোত্রম্

## মণিপুরী ইরোল্দা অর্থ পুথোক্লবা

### অথ মাহাত্ম্যম্

যস্য স্মরণমাত্রেণ জন্মসংসারবন্ধনাৎ।
বিমুচ্যতে নমস্তস্মৈ বিষ্ণবে প্রভবিষ্ণবে॥ ১
নমঃ সমস্ত ভূতানামাদি ভূতায় ভূভৃতে।
অনেক রূপরূপায় বিষ্ণবে প্রভবিষ্ণবে॥ ২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—ভগবান ওইবা মাগী নাম শোঞ্জবনা জীবশিংনা পোকপা-শিবনচিংবা অমদি লোভ-মোহ (কল্লকপা মিহৌবা) অসিনচিংবা সংসারগী বন্ধনশিং অসিদগী লান্থোকচরগা মোক্ষবু ফংই অদুগুম্বা সর্ব্বব্যাপক (মফম পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবা) শক্তি পুম্নমক্না তিনবা অদুগুম্বা শ্রীবিষ্ণুবু খুরুমজে। জগত্তা লৈরিবা থরায় পানবা জীবশিংগী মন্নুংদা মহাক্না খ্বাইদগী অহানবনি। সংসারদা লৈরিবা অচৎ-চত্তা জীবশিংগী তোঙান-তোঙানবা শক্তম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবিবনি নহাক্তি; অসিগুম্বা মফম পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবিবা শ্রীবিষ্ণুবু হন্না হন্না খুরুমজে। ১—২

বৈশম্পায়ন উবাচ।

শ্রুত্বা ধর্ম্মানশেষেণ পাবনানি চ সর্ব্বশঃ।
যুধিষ্ঠিরঃ শান্তনবং পুনরেবাভ্যভাষত॥ ৩

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কিমেকং দৈবতং লোকে কিং বাপ্যেকং পরায়ণম্।
স্তুবন্তঃ কং কমর্চন্তঃ প্রাপ্নুয়ুর্মানবাঃ শুভম্॥ ৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা— বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়—হে রাজন্! মহারাজ যুধিষ্ঠির! মন, কর্ম্ম, বানী (পুক্লিং, থবক, বা-ঙাংবা) না মরম ওইদুনা ত্রিবিধ তাপ হায়বদি অরাবা মথল অহুম্বু কোকপিবা ওম্বা, বেদনচিংবা শাস্ত্র কয়ামুক্তা তাক্লিবা পাউতাকশিংবু তারগা শান্তনুগী মচা ভীষ্মগী মফমদা হংজখি। ৩

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হংজে হে মহারাজ! সংসার অসিগী মনুংদা পুম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবা, পুম্নমক্কগী হেন্না থৌনা লৈবা দেবতা (লাই) কনানো? অদুগা পুম্নমক্কী তোঙান্না লৈবা, পুক্লিংগী ফত্তবা রাখল অমসুং চিংনবা-পুম্বা কোকপা ওম্বা অমস্তা ঙাইরবা মফমদু কদাইদা লৈবগে অমসুং করম্বা দেবতা (লাই) গী নামবু সঙ্কীর্ত্তন তৌগদগে? হায়রিবশিং অসিগা লোইননা হকচাংনা, পুক্লিংনা, মরম ওইদুনা করম্বা দেবতাগী মরমদা ঐখোয় মীওইবনা ধ্যান অমদি উপাসনা-নচিংবা কংককদেগ? মতুমক তৌরগা মীওইবনা মঙ্গলগী মশক্কী ওইবা স্বর্গনচিংবা মহৈবু ফংজবা ঙমজগদগে? ৪

কো ধর্ম্মঃ সর্ব্ব ধর্ম্মানাং ভবতঃ পরমো মতঃ।
কিং জপন্ মুচ্যতে জন্তু র্জন্ম সংসারবন্ধনাৎ॥ ৫

ভীষ্ম উবাচ।

জগৎপ্রভু দেবদেব মনন্তং পুরুষোত্তমম্।
স্তুবন্ নাম সহস্রেণ পুরুষঃ সততোত্থিতঃ॥ ৬
তমেব চার্চয়ন্ নিত্যং ভক্ত্যা পুরুষ মব্যয়ম।
ধ্যানং স্তুবন্ নমস্যংশ্চ যজমান স্তমেব চ॥ ৭
অনাদি নিধনং বিষ্ণুং সর্ব্বলোক মহেশ্বরম্।
লোকাধ্যক্ষং স্তুবন্ নিত্যং সর্ব্বদুঃখাতিগো ভবেৎ॥ ৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—হে মহারাজ! ধর্ম্ম কয়ামুক লৈরিবশিং অসিগী মনুংদা করম্বা ধর্ম্মনা নংগী রাখন্দা খ্বাইদগী হেল্লি হায়না খনবগে? ধর্ম্ম'তুগী মত মতুং ইন্না জপ, পূজানচিংবা কচ্চরগা প্রাণীমাত্র জন্ম-মরণ (মীওইবনা পোকপা শিবা) অমস্তুং অবিদ্যাগী মশক ওইবা অন্নাবা সংসারগী ঈপাক্তগী লাইনা লান্থোকচরগা অথোইবা মফম পরম গতি কৌবত্থু ফংজগদগে তাকপিয়ু। ৫

যুধিষ্ঠিরগী মফমদা ভীষ্মনা হায়খি—মতম খুদিংদা লেপ্তুনা থবক শুতুনা লৈবা, লেংলি-পাল্লিবা থরায় পানবশিংগী মপু ওইরিবা, লাইশিংগীসু লাই ওইবা, অরোইবা লমথৈ লৈতবা, নিপাশিংগী মরক্তা থোইদোক-হেন্দোকপা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী সহস্রনামবু (নাম লিশিং ১০০০ বু) স্তুতি তৌজরবদি অমুকস্তু মতম খুদিংদা অমাং-অতা লৈত্রবা অত্থুগুম্বা সর্ব্ব শক্তিমান (পাঙ্গল্লবা) ওইবা শ্রীবিষ্ণুগী

ব্রহ্মণ্যং সর্ব্ব ধর্ম্মজ্ঞং লোকানা, কীর্ত্তি বর্ধনম্ ।
লোকনাথং মহদ্ভূতং সর্ব্বভূত ভবোদ্ভবম্ ॥ ৯
এষ মে সর্ব্ব ধর্ম্মাণাং ধর্ম্মোঽধিকতমো মতঃ ।
যদ্ভক্ত্যা পুণ্ডরীকাক্ষং স্তবৈ রর্চ্চেন্নরঃ সদা ॥ ১০

---

পূজা-ধ্যান, স্তুতি অমসুং খুরুমজহনা নিতি নুমিৎ খুদিংগী লৈজবা ঙম্লবদি আদি, মধ্য, অন্ত, (অহৌবা, ময়াই, অরোইবা) লৈতবা, মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈবা, লোক-পরলোক খুদিংমক্কী মবুংঙো ওইবিবা বিষ্ণু ভগবানগী পেম্নবা ওইবা স্তুতিবু তৌজরবদি মীওইবনচিংবা থরায় পানবা জীব পুম্নমক্না হকচাংনা, ওইদবা ডাংবনা অমদি পুক্লিংনা তৌহৈদবা খল্লুবনা ফংগ্রবা পাপশিংদগী কোকচরগা মোক্ষ হায়বদি—অরা-অনা, পোকপা-শিব, লৈত্রবা অরানবা শক্তম খুভম ফংই। ৬—৮

শ্রীবিষ্ণু ভগবানদি ব্রহ্মা অমদি ব্রাহ্মণ খিবিক্কী কান্নবা তৌবিবা হিতকারনি ধর্ম্ম পুম্নমক খংবিবা, থরায় পানবা জীবশিংগী মিংচৎ ফংহনবিবা লোক-পরলোক পুম্নমক্কী স্বামি ওইবিরিবনি, অতোপ্পগী কান্নবা খনবিবা, অচুম্বা-অশেংবা, অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক্কী থোরকফমনি হৌরকফমনি। বেদ পুম্নমক্না তাক্লিবা ধর্ম্ম খুদিংমক্কী মনুংদা অসিগুম্বা ধর্ম্ম সিমক্না ঐগী থোইদোক-হেন্দোক্না পামজবা ধর্ম্মনি মতুদি—মীওইবনা মতম পুম্নমক্তা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী গুণবু শকচরগা, শোঞ্জরগা ভক্তিনা মাংওইজরগা পুণ্ডরীকাক্ষ ওইবা শ্রীবিষ্ণুগী স্তুতি তৌহনতা লৈজবা অসিদনি মরমদি—বিষ্ণু পুরান্দা

পরমং য়ো মহত্তেজঃ পরমং যো মহত্তপঃ ।
পরমং যো মহদ্‌ব্রহ্ম পরমং যঃ পরায়ণম্ ॥ ১১

পবিত্রাণাং পবিত্রং যো মঙ্গলানাং চ মঙ্গলম্ ।
দৈবতং দেবতানাং চ ভূতানাং যোঽব্যয়ঃ পিতাঃ ॥ ১২

---

হায়রি — "ধ্যায়ন্ কৃতে যজন্ যজ্ঞৈস্ত্রেতায়াং দ্বাপরেঽর্চয়েৎ। যদাপ্নোতি তদাপ্নোতি কলৌ সংকীর্তনং কেশবম্ ॥" অদুগুম্বা মহৈ অদু সত্য যুগতা ধ্যান তৌবনা, ত্রেতা যুগতা যজ্ঞনচিংবনা, দ্বাপুর যুগতনা পূজানা ফংবা ওম্বা অদুগুম্বা মহৈ পুন্নমক অদু কলি যুগ অসিদদি পুন্নমক পুল্লগা নাম সঙ্কীর্তন তৌজবনা ফংবা ওম্মি । ৯-১০

নহাক্কী মঙাক্তনা সূর্য্য, চন্দ্র, (নুমিৎ, থা) থরান্মিচাকশিং-নচিংবা নক্ষত্র পুন্নমক্কা অহেনবা মঙান কয়া ফংজহনা অরেপ্পা লৈতনা লংনা থোক্লি অদুগা অমুকস্তু শ্রীবিষ্ণুদি পরম সত্য ওইবা স্বরূপনি পরব্রহ্মনি অমস্তুং পরায়ণ হায়বদি পরমধাম (অথোইবা শক্তমনি), মফম অদুদা লৈরগা মোক্ষবু পান্নবা মীশিংনা সংসারগী অরাবা থিবিক অসি থাদোক্লগা থোইদোক-হেন্দোক্না নুংঙাইবা মতৌবু শক্তমবু ফংহনবি। ১১ পবিত্র পুন্নমকপু অমুকস্তু পবিত্র ওইহনবিবা শেংদোকপিবা, মঙ্গল পদার্থ পোংশিংদা মঙ্গল অমুকস্তু পিনবিবা, ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংগীস্তু পূজা তৌনফম ওইরিবা উপাসনা তৌবদা মতিক চারবা লাইশিংনা অমদি অচৎ-চক্ত, সংসারগী লেংলি-পাল্লিবা জীব পুন্নমক্কী মফমদা অরেপ্পা নিয়ম

যতঃ সর্ব্বাণি ভূতানি ভবন্ত্যাদি যুগাগমে।
যস্মিন্ চ প্রলয়ং যান্তিপুনরেব যুগক্ষয়ে॥ ১৩

---

তাকপিরিবা, পুন্নমক্কী কর্ত্তা (মপু) ওইবা, অরেপ্পা মশক লৈতবা, জগৎ পুম্ববু ওাকপিরিবা পরমাত্মানি, অতুগুম্বা পরমাত্মময় শ্রীবিষ্ণুগী ধ্যান, কীর্ত্তন তৌজবদা তীর্থ পুন্নমক্কী মহৈ অদু পুন্না ফংই। ১২

ঈশিংগী কোঙ্গোন্না তাক্লগা (মাংলগা) ঈশিং মশাল্দা অতুম্মক তিনখিবগুম্না কল্‌পগী মমাংদা লৈরম্বা অচৎ-চত্ত জীব পানবা পুন্নমক্কা (চরাচর স্থাবর জঙ্গম) কল্‌পগী অরোইবদা হায়বদি মহা-প্রলয় লাক্লবদা অমুক পরমাত্মাগী শ্রীঅঙ্গদা তিনখি। ১৩

মন্তব্যঃ—শ্রীবিষ্ণু হায়বসি পরমাত্মাগী মশক্কি। সংসার অসিগী মনুংদা হেক লৈরিবা মঙ্গলগী মশক ওইবা পোৎ খুদিংমকপু বিষ্ণুনা অমুকস্থু হেন্না মঙ্গল ওইহনবিরি। শ্রীবিষ্ণুদি ইন্দ্র, বরুননচিংবা অথোইবা লাইশিংগীস্থু চংজফম্নি। থরায় পানবা জীবশিংদা অরেপ্পা নিয়ম কয়াবু তাকপিরিবস্থু শ্রীবিষ্ণুনি। মহাক্তি মশক অরেপ্পা লৈতবা পুন্নমক্কী কর্ত্তা ওইবা পরব্রহ্মগী মশক্কি। অসিগুম্বা অশেংবা মশক-মওান কয়ানা তিনবা ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু মতম খুদিংদা ধ্যান-কীর্ত্তন কচ্চরবদি, মফম মতম খুদিংমক্তা তীর্থ পুন্নমক্কী তুংনফম ওইরে। মরম অসিনা শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌজরবদি তীর্থ পুন্নমক কোইনা চত্তুনা স্নান তৌরুরবগী মহৈ পুন্নমক (জীব) মীহুনা ফংই।

তস্য লোক প্রধানস্য জগন্নাথস্য ভূপতে।
বিষ্ণো নামসহস্রস্য মে শৃণু পাপ ভয়াপহম্॥ ১৪

লোক-পরলোক খুদিংমক্কী আদিকারণ (হৌদোকপিরকপা) পুথোকপিরকপা মফম পুন্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবা ফত্তবা অমঙ্গল ওইবা কর্ম্মশিংবু মাংহনবিবা শ্রীবিষ্ণুনি অসিগুম্বা ভগবান শ্রীবিষ্ণুগী অমাং-অতা লৈব্রবা নাম ১০০০ (লিশিং অমা) অসিবু পুক্লিং চংনা ঐগোন্দগী নংনা তাজো, শকচো, শোঞ্জো। ১৪

মন্তব্যঃ—"পরমাত্মা" ঐখোয় মীওইবগী মায়াগী মিৎনা উনবা ফলিবা হকচাং অসিদগী ইন্দ্রিয়শিংনা তোঙাল্লি ইন্দ্রিয়শিং অসিদগী অমুক "মন" পুক্লিং অসিনা অমুক তোপ্লি, পুক্লিংদগী অমুকসু "বুদ্ধি" (লৌশিং) না অমুক পুংতোপ-তোপ্লি। বুদ্ধি অসিদগীসু অমুক ইতোপ-তোপ্পা অহেনবা পোৎ অমা লৈ অদুবু ঐখোইনা "আত্মা" হায়না খংনগনি। অস্তুম তৌদুনা হকচাংশিং অসি অমগী মথক্তা অতোপ্পা অমা মথং মথং লৈ। ঐখোইনা অশিবা হায়না লৌনরিবা অসি হকচাং লোয়নমক মাংদে। সুপ্নগী "স্থূল" কৌবা হকচাং মখল অমখক্তনি মাংলিবসি। "স্থূল" (মীওইবনা উরিবা হকচাং অসি স্থূল দেহ কৌই) অসিনা মাংবা মতমদা সূক্ষ্ম কৌবা হকচাং মখল অমা লেমহৌই। (সূক্ষ্ম—আত্মাবুনি)। কালান্তরদা হায়বদি মহা-প্রলয়গী মতম লাক্লবদা "সূক্ষ্ম" (আত্মা) অসিসু মাংই মতম অদুদা মনো দেহ নত্রগা কারণ-দেহ ফংই। অসিগী চাওরাকপা ভাবতি আত্মানা পরমাত্মাদা তিল্লিবসিনি ফংজখিববুনি।

যানি নামাণি গৌণানি বিখ্যাতানি মহাত্মনঃ।
ঋষিভিঃ পরিগীতানি তানি বক্ষ্যামি ভূতয়ে॥ ১৫
ঋষির্নাম্নাং সহস্রস্য বেদব্যাসো মহামুণিঃ।
ছন্দোঽনুষ্টুপ্ তথাদেবো ভগবান দেবকীসুতঃ॥ ১৬
বিষ্ণুং জিষ্ণুং মহাবিষ্ণুং প্রভবিষ্ণুং মহেশ্বরম্।
অনেক রূপং দৈত্যান্তং নমামি পুরুষোত্তমম্॥ ১৭

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মন্ত্র কয়াবু সাধন তৌদুনা খংলবা ঋষিশিংনা ভগবানগী নামবু, প্রভুগী গুণশিংবু শকথ্রে শোনখ্রে, মতুদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম মোক্ষগী অথোইবা মহৈশিংবু পিবা প্রসিদ্ধ ওইরবা নাম কয়াস্মু য়াওখ্রে, মহু পুন্নমক অদু ঐনা মীওইবগী মঙ্গল ওইননবগীদমক হায়রগে তারো। ১৫

মহর্ষি বেদব্যাসনা শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম অসিমক্কী ঋষিনি, ছন্দনা শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম অসিগী অনুষ্টুপ্‌নি অদুগা দেবকীগীমচা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণমক্না সহস্রনাম অসিমক্কী দেবতাগী মশক্নি। ১৬

মফম পুন্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবা য়েক্কবা পুম্বা মাংহনবিবা মহাবিষ্ণু, পুন্নমক্কী থোরকফম ওইবা ঈশ্বর পুন্নমক্কী মকোক ওইবা মখল-মখা কয়ামুক্কী শক্তম লৌবিরগা হিংচাবা কয়াবু সংহার তৌবিরিবা পুন্নমক্কী কর্ত্তা (থৌবু) ওইবিরিবা পুরুষোত্তম ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু নমস্কার তৌজে খুরুমজে। ১৭

ওঁ অস্য শ্রীবিষ্ণোর্দিব্য স্তোত্র সহস্রনাম মহামন্ত্রস্য শ্রীভগবান্ বেদব্যাস ঋষি রনুষ্টুপ্ ছন্দঃ শ্রীকৃষ্ণঃ পরমাত্মা দেবতা, আত্মযোনিঃ স্বয়ংজাত ইতি বীজম্, দেবকীনন্দনঃ স্রষ্টেতি শক্তিঃ উদ্ভবঃ ক্ষোভণো দেব ইতি পরমো মন্ত্রঃ, শঙ্খভৃন্নন্দকী চক্রীতি কীলকম্, শ্রীকৃষ্ণপ্রীত্যর্থে শ্রীবিষ্ণু সহস্রনাম স্তোত্র জপে বিনিয়োগঃ ॥

## অথ অঙ্গন্যাসঃ

(ক) ওঁ শিরসি শ্রীবেদব্যাস ঋষয়ে নমঃ ॥
ওঁ মুখে অনুষ্টুপ্ ছন্দসে নমঃ ॥
ওঁ হৃদি শ্রীকৃষ্ণ পরমাত্ম দেবতায়ৈঃ নমঃ ॥
ওঁ সর্ব্বাঙ্গে শঙ্খভৃন্নন্দকী চক্রীতি কীলকায় নমঃ ॥

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীবিষ্ণুগী অসিগুম্বা অমাং-অতা লৈত্রবা নাম ১০০০ অসিগী ঋষিশিংনা শ্রীবেদব্যাসনি, অনুষ্টুপ্ কৌবা ছন্দ (লাইরিক ময়েক ৮/৮ না শাবা) ছন্দগী মশক্তা পুন্নমক্কী আত্মা ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি, আত্মযোনিঃ স্বয়ংজাত (মশানা মশাগী থোরকফম ওইবা, মশা মতোমদা পোকচবা) পদ অসিনা বীজনি, দেবকী নন্দনঃ স্রষ্টা, পদ অসিনা শক্তিনি, উদ্ভবঃ ক্ষোভণো দেব, হায়রিবা অসিনা বিষ্ণু সহস্রনাম অসিগী মহামন্ত্রনি, শঙ্খভৃন্নন্দকী চক্রী হায়রিবা অসিনা কীলকনি, অসিগুম্বা মতিক মগুণ হেল্লবা পাপ কোক্লবা ওইবা শ্রীবিষ্ণুগী নাম ১০০০ অসিবু শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীনব-গীদমক ঐনা অহিং-নুংথিলদা পাঠ তৌজবনা বিনিয়োগনি।

(ক) ন্যাস মখল ৩ অসিগী চাওরাকপা কাম্লবদি অসিনি মহুদি পাঠ তৌগদৌরিবা মীনা সংকল্প তৌরগা শ্রীবিষ্ণুগী সহস্রনাম অসি

## অথ করণ্যাসঃ

(খ) ওঁ উদ্ভবায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ ॥
ওঁ ক্ষোভণায় তর্জনীভ্যাং নমঃ ॥
ওঁ দেবায় মধ্যমাভ্যাং নমঃ ॥
ওঁ উদ্ভবায় অনামিকাভ্যাং নমঃ ॥
ওঁ ক্ষোভণায় কনিষ্ঠিকাভ্যাং নমঃ ॥
ওঁ দেবায় করতলকরপৃষ্ঠাভ্যাং নমঃ ॥

## অথ হৃদয়াদি ন্যাসঃ

(গ) ওঁ বিশ্বং বিষ্ণুর্বষট্‌কারি ইতি হৃদয়ায় নমঃ ।
অমৃতাং শূদ্ভবো ভানুরিতি শিরসে স্বাহা ॥
ব্রহ্মাণ্যো ব্রহ্মকৃদ্‌ব্রহ্মেতি শিখায়ৈ বষট্‌-
সুবর্ণ বিন্দু রক্ষোভ্যঃ ইতি কবচায় হুঁ ॥
আদিত্যো জ্যোতিরাদিত্য ইতি নেত্রত্রয়ায় বষট্ ॥
শ্রাঙ্গধন্বা গধাধরঃ ইতি অস্ত্রায় ফট্ ॥

## অথ ধ্যানম্

শান্তাকারং ভুজগ শয়নং পদ্মনাভং সুরেশম্ ।
বিশ্বাধারং গগন সদৃশং মেঘবর্ণং শুভাঙ্গম্ ॥

---

পাঠ তৌবগা লোইননা ঐগী হকচাং পুন্নক অসি বিষ্ণুগী শ্রীচরন্দা কথোক্লি অসুম্না থনবা অসিনি । অতুগা অমরোমদা অসিগী কান্নবসু ঐগী হকচাং পুন্নমক ভগবান্দা কথোকপনা চিংকী বৃত্তি অসিসু অমত্তা ওইনা অঙ্গন্যাস করণ্যাস বিনিয়োগ তৌগনি ।

(ক) লক্ষ্মীকান্তং কমল-নয়নং যোগিভির্ধ্যান গম্যম্।
বন্দে বিষ্ণুং ভব ভয়হরং সর্ব্ব লোকৈক নাথম্॥ ১

**অথ বিষ্ণু সহস্রনাম প্রারম্ভঃ**

ওঁ বিশ্বং বিষ্ণুর্বষট্ কারো ভুত ভব্য ভবৎ প্রভুঃ।
ভূতকৃদ্ ভূতভৃৎ ভাবো ভূতাত্মা ভূত ভাবনঃ॥ ১

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—(ক) ফজরবা শক্তম লৌবিরিবা, লিন্দা য়াওনবিরিবা, খোইদোদা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা থম্বালনা ফগাইনা শাৎলিবা। লাই পুম্নমক্কীসু লাই ওইবিরিবা, জগৎ পুম্নমক্কী ভুংনফম ওইবা অহাংবা অতিয়াগী মতৌগুম্না শরা-শল্লিবা মুইনা হৌবা নোংগুম অমুবা কুচুনা নিংথিরিবা। ফজবা পুম্নমক্কা তিনবা শক্তম ওইবিবা। লক্ষ্মীগী মবুংঙো, থম্বাল-লকানা তমজবা, মিৎ-স্নানা লৈতেংবা, যোগিশিংগী ধ্যান্দনা উবা, লোক পুম্নমক্কী মপু, সংসারগী অরানা খুদিংমকপু কোকপিবা মফম পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা লৈবা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুবু খুরুমজে। (শ্লোক আসি ছন্দনি)

নফম পুম্নমক্তা মনুং মপাল অনসুং সংসার অসিদা ফোংদোকপিরিবা ইবুংঙো নং অসিমক্কা বিশ্ব (সংসার) অসিনক্কি। চরাচর (অচং-চক্ত য়োকপিরিবা) শিনবা থুংনা লৈবিবনা প্রভুবু "বিষ্ণু" হায়না শোম্নরিবনি। ইবুংঙো নংদি যজ্ঞনচিংবা ক্রিয়া (থবক খুদিংমক্কী) মরু ওইবা দেবতা ওইবনা অতোপ্পা নাম অমবু "বষট্-কার" হায়নসু থংনৈ। ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান মতম অহুম অসিগী স্বামী (মপু) ওইবিবনসু ইবুংঙোবু সাধুশিংনা "ভূতভব্যভবৎপ্রভু"

পূতাত্মা পরমাত্মা চ মুক্তানাং পরমা গতিঃ।
অব্যয়ঃ পুরুষঃ সাক্ষী ক্ষেত্রজ্ঞোঽক্ষর এব চ ॥ ২

অসুম্না চেৎনা নিংনৈ। প্রভু নশামক্ক জীবশিংবু পোকপিবা অসিমক্তুনা মরম ওইতুনা ইবুংঙোনা "ভূতকৃদ্" হায়বা মি অদু লৌবিরিবনি। প্রাণিশিংগী য়োকপি-থাকপিবা তৌবিবনসু ভগবানবু "ভূতভৃদ্" কৌই। "প্রপঞ্চ" রূপ ওইনা সংসার অসিবু ধারণ তৌবিরি, মরম অসিনা বিষ্ণুবু "ভাব" হায়না কৌই। প্রাণিশিংগী আত্মাগী অন্তর্য্যামি ওইবনা হে বিষ্ণো! ইবুংঙোগী নিং ভূতাত্মাগী নশক্নিদো। হে বিষ্ণো! ইবুংঙো নংনা থরায় পানবা জীবশিংদা প্রেরণা (তাকপি-তম্বি) অদুগা জীবশিংগী চাওখৎপা হেনগৎপা পিনবিরি, মরম অসিদগী প্রভো! নহাকপু সন্তশিংনা "ভূত-ভাবন" হায়বা মিং অসিনা মরম ওইতুনা শোন্নরি। ১

ইবুংঙো নংনা আত্মাবু মতম খুদিংদা পবিত্র ওইহল্লি, মরম অসিদগী নংগী নমিংবু "পূতাত্মা" হায়না খংনখি। কার্য কারণ অসিদগী তোঙান্না তাবা নিত্য-শুদ্ধ-জ্ঞানগী স্বভাবনা তিনবা পরম-আত্মা ওইবনা "পরমাত্মা" কৌবা নাম অসিমক জগত্তা শন্দোক্লখি, মুমূক্ষু (মোক্ষ পাম্লবা মী) শিংনা মফম অদুদগী অমুক হল্লকুনা সংসার অসিদা পোক্লদ্রে, মসিমক গীতাদা ভগবান্না অর্জ্জুন্দা হায়খি "মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে" বচন (ৱাহৈ'সিগী) মতুং ইন্না হে বিষ্ণো! ইবুংঙো নং অসিমক্না মুক্তি ফংলবশিংগী "পরম-গতি" ওইবিরিবনি। নহাক্তি মতম খুদিংদা অমাং-অতা লৈতে মরম অসিনা জগৎনা নংবু "অব্যয়" হায়না খংনৈ। থোং মাপনগী

যোগী যোগবিদাং নেতা প্রধানঃ পুরুষেশ্বরঃ।
নারসিংহ বপুঃ শ্রীমান্ কেশবঃ পুরুষোত্তমঃ ॥ ৩

পুরুগী মশক ওইবা হকচাংদা লেংদনা লৈবিবনা নহাকপু বেদ-নচিংবা শাস্ত্রশিংদা "পুরুষ" হায়না খংনৈ। সৃষ্টিগী মতুং চনবা পোৎ খুদিংমক অস্ত্রিবু তশেংনা উহনবা অসিমক্কা মরম ওইত্তুনা নহাক্কী মিং "সাক্ষী" হায়নসু খংনখি। শরির পুম্নমকপু তশেংনা খংবিবনা নংগী নমিংবু গীতানচিংবা উপনিষদশিংনা "ক্ষেত্রজ্ঞ" হায়না কৌখিদো। করিগুম্বা মতম অমদা নহাক অসি মেয়েং তাবা লৈতে মরম অসিনা নহাকপু ঋষিশিংনা "অক্ষয়" হায়না কৌখি। ২

জীব অমসুং পরমাত্মা অনিগী অপুনবা শক্তম (যোগ) ওইবিবা অত্তুনা ভগবানবু "যোগী" হায়না কৌই। ইবুংঙোদি প্রকৃতি অমদি পুরুষ অনিমক্কীসু ঈশ্বরনি, মরম অসিদগী অথং-অহৈশিংনা "প্রধানপুরুষেশ্বর" হায়না নিংনৈ। মীওইবা মপোক্কী পাপ, কর্ম্ম-নচিংবা মাংহনবিনবগী-দমক্তা ইবুংঙোনা "নরসিংহ" গী শক্তমবু লৌবিখি। থবাক্তা লক্ষ্মীগী লেংদবা শক্তম পিবিবনা ভগবানগী মিং "শ্রীমান" কৌখি। নিংথিবা মচোই-মচোই তারবা শমলাংনা ফজ-শক্তমনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর কৌবা লাই অহুম অসিগীসু প্রভু ওইবনা স্বামী মপুনি অমসুং 'কেশী' কৌবা হিংচাববু লানবিখি মরম অসিনা ভগবানগী মিংবু "কেশব" হায়না খংনখি। পুরুষ (নিপা) ময়ামগী মরক্তা অথোইবা উত্তম অথোইবনি, মরম অসিদগী ভগবান ওইবা নহাকপু "পুরুষোত্তম" হায়না খংনখি জগৎ পুম্নমক্কা নিংনরি শোন্নরি ফংনরি। ৩

সর্ব্বঃ শর্ব্বঃ শিবঃ স্থাণুঃ ভূতাদি নিধিরব্যয়ঃ।
সম্ভবো ভাবনো ভর্ত্তা প্রভবঃ প্রভুরীশ্বরঃ ॥ ৪

---

মতম পুম্নমক মফম খুদিংমক অমসুং সংসার-পুম্বগী হৌরকফম, তুংনফম, চংজকম ওইবনা ভগবানগী নাম "সর্ব্ব" হায়না কৌই। জীবশিংদা মঙ্গল পিনবিবা ঈশ্বরগী রূপ ওইবা মরমনা "শিব" হায়নসু খংনৈ। লেংদবা মউ লিংবা অমদি জগৎ শিনবা থুংনা লৈবনা ভগবান বিষ্ণুবু "স্থাণু" হায়নসু খংনৈ। ইবুংঙো নহাক্তি লেংলি-পাল্লিবা, অচৎ-চত্তা সংসারগী আদিকারণ (অজ্ঞানবা) নি। মরমসিনা "ভূতাদি" (ভূতনচিংবগী) তশেংবা মশক্তি খংনৈ। লেংজ্রবা পুকৈ-লক্লৈগী মশক্তি, মরম অসিনা ইবুংঙোগী মিং "নিধিরব্যয়" হায়না খংমখি। গর্ভনচিংবা কয়াগী অরাবা য়াওদনা অশেংবা ধর্ম্ম ঙাকপিনবগীদমক অপাম্বা মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা রূপ শংগনা কয়াবু লৌবিখি অদুনা মরম ওইদুনা "সম্ভব" কৌবা মিং অসিসু থোনখি। ফল (মহৈ) খুদিংমক পিবা ঙম্বনা নহাক্কী মিং "ভাবন" কৌই। সংসারসিবুসু ধারণ তৌবিবদুনা মরম ওইদুনা ভগবানগী মিংবু "ভর্ত্তা" হায়নসু খুরুমনৈ। ভগবান্দগী পোৎশক খুদিংমক থোকখি, হিরম অসিদগী ভগবান্না "প্রভব" হায়বা মিংথোল অদু ওইখিবনি। থবক খুদিংমক তৌবা ঙম্বা পাঙ্গনবনি মরম অসিদগী জগৎনা "প্রভু" হায়না শোন্নরকখি। উপাধি য়াওদবা, নাপন লৈতবা রাখলগী হৈনবি-লমচৎ ওইবনা মরম ওইদুনা জগৎ পুম্বনা ইবুংঙোবু "ঈশ্বর" অসুন্না নিঙ্গৌনখি খংনখিদো। ৪

স্বয়ম্ভূঃ শম্ভুরাদিত্যঃ পুষ্করাক্ষো মহাস্বনঃ।
অনাদি নিধনো ধাতা বিধাতা ধাতুরুত্তমঃ॥ ৫

মণিপুরী ব্যাখ্যা—ভগবান্! ইবুংঙো নংনা অথুপ্পা নশকপু ফোংদোকই অসিদগী "স্বয়ম্ভু" কৌখি। অত্তোপ্পা অমনা তেংবানবা পুন্নমক্তা মঙ্গল ওইহনবি মরম অসিনা নংগী নমিংবু "শম্ভু" হায়না খংনখিবনি। তশেংবদি ইবুংঙোগী রূপ অসি অমথক্তনি অহুবু যুগ যুগ খুদিংদা ইবুংঙো নংনা তোঙান-তোঙানবা শক্তম কয়ামরুম লৌখি। মরম অসিনা নহাক "আদিত্য" নি, মতম খুদিদা প্রভুনা জীবশিংবু য়াম্না থৌজাল-হৈবা নিংয়েংনা য়েংবি। মরম অসিদগী নমিংবু "পুষ্করাক্ষ" হায়নসু শোন্নরিবনি। শ্রীভগবানদি বেদগী স্বরূপ ওইবনা অচৌবা শব্দ (রাহৈ খোঞ্জেল) কয়ামুক লৈ। মরম অসিনা শ্রীবিষ্ণুবু "মহাস্বন" হায়তুনা নিংশিংজরি। পোকপা, শিবা অমসুং নিংবা কায়বা গুণশিং অসিনা নঙোন্দা চংবা ঙমদে অসিনা মরম ওইতুনা ভগবান নংগী মিংবু "অনাদি নিধন" অমুম্না ভক্তশিংনা শোন্নে। চাংদম-নিংঙাই লৈত্রব অচৌবা হবচাংবু লৌবিরগা "ব্রহ্মাণ্ড" অসিবু পুবিরি অসিমক্তনা নংবু "ধাতা" হায়বা উপাধি অসিনা সম্বোধন তৌনরিবনি। শেষনচিংবা পৃথিবীবু পুরিবশিংবুসু নথক্তা হাপ্লুনা পুরিবা 'সিমক্তনা ইবুংঙোনা "বিধাতা" হায়বা মিংথোল অতু ওইবিবনি। ব্রহ্মানচিংবা, ধাতু, অথোইবশিংদগীসু নংনা হেন্না মমল য়াম্মি। মরম অসিনা নংবু বেদনচিংবা কয়দা "ধাতুরুত্তম" অমুম্না হায়নৈ। ৫

অপ্রমেয়ো হৃষীকেশঃ পদ্মনাভোঽমরপ্রভুঃ।
বিশ্বকর্ম্মা মনুস্ত্বষ্টা স্থবিষ্ঠঃ স্থবিরো ধ্রুবঃ॥ ৬
অগ্রাহ্যঃ শাশ্বতঃ কৃষ্ণো লোহিতাক্ষঃ প্রতর্দনঃ।
প্রভূতস্ত্রিককুদ্ধামঃ পবিত্রং মঙ্গলম্ পরম্॥ ৭

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীবিষ্ণুদা অমুক অতোপ্পা অমগা প্রমাণ তৌনিংঙাই লৈতে, অদুনা ভগবানদি "অপ্রমেয়" নি। ইন্দ্রিয়শিংগী স্বামী (মপু) নি। মরম অসিনা ইবুংঙোদি হৃষীকেশনি, জগৎ অসিনা বিষ্ণুগী খোইদোংদগী থম্বাল পোকখিবনা নহাকপু সাধু-সন্ত খিবিক্না "পদ্মনাভ" হায়না কৌনখিবনি। লাইশিংদগী নহাক্তনা অমত্তা ঙাইরবা লাইনি, মরম অদুনা ইবুংঙোনা "অমরপ্রভু" ওইরিবনি। জগৎ অসি নংনা শেমখিবনি, মরম অসিদগী নংগী নামবু "বিশ্বকর্ম্মা" হায়না কৌখি। নহাকপু মননা (নিংশিংবদা) মতিক চাবা লাইনি, মরম অদুনা নহাকপু "মনু" কৌখিবনি। সংসারদা উরিবা পোৎ খুদিংদা নংগী নঙাল কয়ানা লেংদনা লৈ, মরম অসিনা নহাকপু বেদ-নচিংবা শাস্ত্রদা "ত্বষ্টা" অস্নুম্না খংনখিবনি। খ্বাইদগী হেন্না চাওবা সংসারগী মশক ওইবনা ইবুংঙোগী নাম (মিং) "স্থবিষ্ঠ" হায়রিবনি। ভগবান নহাক্তি মতম অহুম্মক্তা লেংদনা লৈ, মরম অসিনা নহাকপু লোক পুম্নমক্না "স্থবির" হায়না থাগৎনরিবনি। মতম খুদিংদা অমত্তুং পোৎ পুম্নমক্তা লেংদনা লৈ, মরম অসিনা নহাকপু "ধ্রুব" হায়না খংনরি অমদি কৌইদো। ৬

"যতো বাচো নিবর্ত্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহে" পুক্কিং অমত্তুং রাহৈনা ভগবান্ নহাকপু লৌশিনবা ঙমদে, মরম অসিনা নহাকপু

"অগ্রাহ্য" কৌই। ভূত, ভবিষ্যৎ অমদি বর্ত্তমান মতম অহুম্মক অসি নহাক্কী নফমদদা অমত্তনি (চপ মান্নে) মরম অসি লৈবনা শ্রীবিষ্ণুবু "শাশ্বত" হায়বা উপাধি অসিনা মরম ওইহনা খুরুমনৈ। শংবান্নবা কুচু হায়বদি শ্যামবর্ণ ওইবনা ইবুংঙো নহাক্কী মিংবু বৈষ্ণবশিংনা "কৃষ্ণ" হায়না নিংনৈ। "কৃষি" ভূ বাচক্কি (লৈবাক্কী অর্থ খংনবা রাহৈ) অহুগা "ণ" ময়েকসিনা নিবৃত্তি বাচক (অরা-অনা কোকপা) রাহৈনি। অসিগুম্বা তাইবং-পানবগী অরা-অনা কোক্নবা রাহৈ অনিমক্কা তিল্লি খংনরবসু সাধুশিংনা ইবুংঙো নংবু "পরব্রহ্ম কৃষ্ণ" হায়না শোন্নরি। সাধুশিংদা ওৎ-নৈবা পাপীশিংবু শাওনা অমসুং মিৎ ঙাংনা য়েংবি হায়বা খংনবগীদমক ভগবান নহাক্কী নাম (মিং) "লোহিতাক্ষ" হায়নসু খংনৈ। সংসারগী অরোইবা প্রলয়গী মতম লাক্লবদা জগৎ পুম্নমক অসি নংগী পুকনুংদা চিংশিন্দুনা থম্লগা পুম্মাং মাংহনখি, মরম অসিদগী নহাক্কী মিংবু "প্রতর্দন" কৌখিবনি। জ্ঞান অমসুং ঐশ্বর্যনচিংবা গুণ তরুক্কা ইবুংঙোদা লৈতেংই, মরম অহুনা নহাক অসি "প্রভূত" ওইরিবনি। নহাক্কী নঙান্তনা মরোল তহুম্মক্তা ঙাল্লবনি, অসিদগী নংগী নমিং "ত্রিককুদ্ধাম" কৌখিবনি। সংসারদা লৈরিবা অশেংবা খুদিংমকপু অমুক হন্না নংনা শেংদোকপি মরম অসিদগী নংগী মিং "পবিত্র" কৌই। মতম খুদিংদা মঙ্গলগী মশক ওইহনতা লৈবা অহুগুম্বা ব্রহ্মানন্দ হায়বা হুদগী তোঙান্না লৈবনা সাধুশিংনা নংবু "মঙ্গল পরম" হায়না শোন্নরি চংনরি। ৭

---

মন্তব্যঃ—বিষ্ণুবু নিংজবদা শেংজবদা, মিংকুপ্তা শান্তি ফংন্নিংঙাইগী মশক্কি, ইবুংঙো মহাক্কী নাম (মিং) অসি অর্থ লৈবমক্কনি। ইতি

ঈশানঃ প্রাণদঃ প্রাণো জ্যেষ্ঠঃ শ্রেষ্ঠঃ প্রজাপতিঃ।
হিরণ্যগর্ভো ভূগর্ভো মাধবো মধুসূদনঃ ॥ ৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—জীবশিংবু নখা-পোম্না থম্বদনা "ঈশান" হায়না খংনৈ, থরাই পানবা জীবশিংদা প্রাণ (থরাই) বু হাপ্লিরি। অমুকস্থু কাল-রূপ (মতম কৌবা শক্তম) বু লোই, মরম'সিনা নংবু জ্ঞানীশিংনা "প্রাণদঃ" হায়না শোন্নখি। থরাই পুন্নমক্কীস্থু নংনা থরাই ওইবিরি, অতুনা নহাক "প্রাণ" হায়রিবনি। জগৎ অসিগী মনুংদা নহাক্না খ্বাইদগী অহন্নি, মরম অতুনা পণ্ডিৎশিংনা "জ্যেষ্ঠ" কৌরিবনি। সংসারদা লৈরিবা লাইশিংগী মনুংদা থোইদোক-হেন্দোক্না নিংগদবা লাইদি নহাক্নি, মরম অসিনা নংবু বেদনচিংবা লাইরিকশিংদা "শ্রেষ্ঠ" হায়না ইরি। জগত্তা লৈরিবা প্রজা পুন্নমক্কী মপুনি নহাক্না, মরম অসিনা নহাকপু "প্রজাপতি" হায়না খুরুমনৈ। সংসার অসিদা লৈরিবা মঙান পুন্নমক অসি অমত্তা চিথদনা নংগী গর্ভ মনুংদা লৈ, হিরম অসিদগী নংগী গুণবু "হিরণ্য-গর্ভ" হায়না থাগৎনখি। পৃথিবী অসি নংগী গর্ভ-নুংদা লৈ, মরম অতুনা নহাকপু "ভূগর্ভ" হায়নস্থু খংনখি। লক্ষ্মীগী মপু ওই, 'মধু' কৌবা বিত্থাবুস্থু খংই, অতোপ্পা অমনা বৈষ্ণবশিংনা নংবু ৱা ঙাংদনা পুক্নিংদা ধ্যান তৌগদবা অরোনবা পোৎ ওইবনা নংগী মিং "মাধব" স্থু কৌই। মতিক লৈরবা 'মধু' কৌবা হিংচাববু হাৎলগা সাধুশিংগী শান্তি ঙাকপিখি অতুদগীস্থু ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু "মধুসূদনঃ" হায়না খংনখি শোন্নখি জগৎ জীবশিংনা। ৮

ঈশ্বরো বিক্রমী ধন্বী মেধাহী বিক্রমঃ ক্রমঃ।
অনুত্তমো দুরাধর্ষঃ কৃতজ্ঞঃ কৃতি রাত্মবান্॥ ৯

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীবিষ্ণুনা পুম্নমক্তগী থৌনা লৈবনা "ঈশ্বর" হায়না খংনরিবনি। ভগবানদি থোইদোকপা পাঙ্গল, গুণ কয়ানসু লৈতেং ওই, মরম অসিনা "বিক্রমী" হায়নসু কৌই। করিগুম্বা মতমদসু দিব্যধগুম্বঃ হায়বদি অথোইবা লিরুং-তেননচিংবা পায়তুনা শিজিন্নে—"রাম শস্ত্র ভৃতামহম্" বচন অসিমক ভগবান-মক্কীনি, অর্থদি অচৌবা লিরুং পায়বা খিবিক্কী মনুংদা 'রাম' হায়বতু ঐনি, রাহে অসি লৈবদগী বিষ্ণুবু "ধন্বী" কৌখি। ভগবানদা স্বাভাবিক জ্ঞানশিংগী তুংনকম ওই, অতুগা লাইরিক কয়ামুকসু ধারণ তৌবা ওম্বগী থৌনা লৈ, মরম অসিনা শ্রীবিষ্ণুবু "মেধাবী" হায়বা নাম অসিনা জপ তৌবসু য়াই। গরুড় বাহন ওইদ্রবসু সংসারগী মফম খুদিংমক্তা শিনবা থুংনা চৎলি অতুনা বিষ্ণুবু "বিক্রম" হায়না খংনৈ, সংসার পুম্বসি কুপশিন্দুনা থম্মি, মরম অসিদগী ইবুংঙোবু "ক্রম" হায়না খংনখি। শ্রীবিষ্ণুদগী অথোইবা কনাগুম্বা অমমুক লৈত্রে, ভগবানগী জ্ঞান্দি খুদিংমক্তগী থোইদোক-হেন্দে কই, মরম অতুনা শ্রীবিষ্ণুবু "অনুত্তম" কৌরিবনি। কনাগুম্বা অমনা ভগবান বিষ্ণুবু অরাবা পিবা ঙমদে অতুনা বিষ্ণুদি "দুরাধর্ষ" নি। থরাই পানবা জীব খুদিংমক্কী তোঙান-তোঙানবা মথৌশিং অসি বিষ্ণুনা পিব-রিবনি, মরম অসিদগী ভগবান অসিবু "কৃতজ্ঞ" হায়না শোন্নখি। কার্য্যগী রূপ (থবাক্কী মশক) ওইবনা "কৃতি" কৌই। হে বিষ্ণো! ইবুংঙো নংগী জীবাত্মা মখল কয়ামুক লৈবনা মরম ওইতুনা সাধু-সন্ত খিবিক্কা "আত্মবান্" হায়না নিংনরিএ। ৯

সুরেশঃ শরণং শর্ম্ম বিশ্বরেতাঃ প্রজাভবঃ।
অহঃ সম্বৎসরো ব্যালঃ প্রত্যয়ঃ সর্ব্ব দর্শনঃ ॥ ১০

মণিপুরী ব্যাখ্যা— দেবতাশিংগী স্বামী ওইরিবনা বিষ্ণু নহাক "সুরেশ" নি, অৱাবা তারবশিংগী অৱাবদগী কনবিবনা নহাক "শরণ" কৌই। পরমানন্দ স্বরূপ (পুম্নমক্কী হেন্না নুংঙাইবা) গী মশক ওইবনা ইবুংঙো নংগী নমিং "শর্ম্ম" হায়না কৌরিবনি। সংসারগী খ্বাইদগী অহানবা ওইখিবনা বিষ্ণু ইবুংঙোবু "বিশ্বরেতা" কৌই। জগত্তা শিনবা থুংনা লৈরিবা অচৎ-চত্তা জীবশিং অমদি প্রজাশিং অসি নঙোন্দগী লোইনা থোকখিবা মরমনা নংবু বেদ-নচিংবা লাইরিকশিংদা "প্রজাভব" হায়না খংনখি। ভগবান নংদি মঙানগী মশক্কি, মরম অদুনা নহাক্কী নমিং "অহঃ" কৌই। কাল কৌবা লাইগী মশক ওইনা লেংদনা মতম খুদিংদা লৈবনা নহাক্কী তোঙাম্বা নমিং অমনা "সম্বৎসর" হায়নসু খংনরিবনি, ফত্তবা অৱাবা কয়াগী মখলশিংনা নঙোন্দা চংবা, পকপা, ঙমদবনা প্রভু ভগবান! "ব্যাল" কৌই। থাজবা পোক্লিবশিংগী মফমদা নহাক্ক থাজববু অমুক হন্না পিবিরি, মরম অসিদগী নংবু "প্রত্যয়" হায়না খংনখি। নংগী সৃষ্টিগী ওইবা অশেংবা শক্তসু খুদিংমক্তা উবা ফংহনবিবা মরমদগী নহাক্তবু "সর্ব্ব দর্শন" ওইবিবনি হায়না নিংনরি। ১০

মন্তব্যঃ—"ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সংভবামি যুগে যুগে" হায়রিবশিং অসিমক নহাক্কী খোন্থোক্লি মতুংদি—ধর্ম্মবু য়োকখৎপিনব-গীদমক ভগবান ওইবা ঐনা যুগ যুগ খুদিংদা অবতার ধারণ তৌরিবনি। অসি ইবুংঙো নহাক্কী শ্রীমুখ-মনা ভাকপিখিবদাইনে। ইতি—

তজ্জঃ সর্ব্বেশ্বরঃ সিদ্ধঃ সিদ্ধিঃ সর্ব্বাদি রচ্যুতঃ।
বৃষাকপি রমেয়াত্মা সর্ব্বযোগ বিনিঃ সৃতঃ॥ ১১

মণিপুরী ব্যাখ্যা—বিষ্ণু মাগী ইচ্ছাগী মতুং ইন্না সাকার ওইনা অমুকস্তু প্রকট তৌই অতুগা অমুকস্তু মাংই, মরম অসিনা শ্রীবিষ্ণুবু "অজ্জঃ" (পোক্তবা) হায়না খংনৈ। প্রভো! নহাক্তি ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনস্তু উপাসনা তৌই, অতুদগী নংগী নমিং অসি "সর্ব্বেশ্বর" হায়না বেদনচিংবদা ইরি রস অমথক্তা ওইবনা নহাক 'সিদ্ধ' নি। স্বর্গনচিংবা অথোইবা মফমশিংবু ফংবনা নহাক সিদ্ধিগী মশক্তি। জগত্তা লৈরিবা প্রাণী (থরাই পানবা জীব) শিং অসিদগী নহাক্না খাইদগী মহাল্লে, মরম অতুনা যোগিশিংনা বিষ্ণু নহাকপু "সর্ব্বাদি" (পুম্নমক্তগী অহানবা) অস্তুম হায়না ধ্যান তৌজখি। করিগুম্বদস্তু ইবুংঙো নংঙোন্দা হেনগৎপা, ময়েং তাবা, হায়বা গুণ অতু লৈতে, মরম অসিদগী নংগী নমিংবু "অচ্যুত" হায়না থোনখিবনি। প্রভো! নহাক্তি সংসারগী 'কামনা' হায়বদি অপাম্বা খুদিংমক ফংহনবিবা অমদি 'রসাতল' দা লুপ্তুনা লৈখ্রবী পৃথিবীবু ঈশিং-ন্নুংদগী পুখৎপি-রক্তুনা জগৎ সৃষ্টিগী কারণ ওইবিখিবনা "বৃষাকপি" হায়না খংনখি। ইবুংঙোগী 'আত্মা' করিনো? হায়বসি জগৎ অসিদা কনা অমত্তনা খংবা ঙমদে, মরম অসিনা হে বিষ্ণো! নহাকপু "রমেয়াত্মা" অস্তুন্না কৌনখিবনি। সম্বন্ধ (মরি-মতা) থোক্লবশিংদগী তোঙান্না হন্দোক্তুনা লৈবা অতুগা যোগিশিংনা যোগ সাধনগী মতেংদনা ফংবা ঙম্বা তাংলবা প্রভু ওইবনা নহাক অসিবু বেদান্ত-নচিংবা শাস্ত্রগী লোন্দা "সর্ব্বযোগ বিনি সৃত" হায়না কৌরিবনি খংনব্রিবনি। ১১

বসুর্বসু মনাঃ সত্যঃ সমাত্মা সংমিতঃ সমঃ।
অমোঘঃ পুণ্ডরিকাক্ষো বৃষকর্মা বৃষাকৃতিঃ ॥ ১২

মণিপুরী ব্যাখ্যা—জীব খুদিংগী হকচাংদা আত্মা ওইনা লৈ, প্রাণীশিং অসিনা নঙোন্দা 'আধার' ওইনা হায়বদি তুংনফম ওইনা লৈ, মরম অসিদগী নহাকপু "বসু" হায়বা মিংসিনা মরম ওইত্নসু খংনখি। রাগ-দ্বেষ নচিংবা সংসারগী অরাবশিং অসিদগী নিষ্পাপ (পাপ লৈতবা) অমসুং প্রশস্ত ওইনা লৈ, মরম অসিনা ভগবান নহাক্তি "বসুমনা" কৌই। শ্রুতিনা হায়রি—"সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম" হায়বদি বিষ্ণু ওইবা নংগী জ্ঞানদি 'সত্য' (অচুম্বা) হায়বতুগী মশক্নি। শ্রুতিগী রাহৈ অসিগী মতুং ইন্না নহাকপু "সত্য" ওইনা খংনখি। পুন্নমক্তা চপ মান্নবা রাখন অমদি চপ মান্নবা আত্মা ওইনা উবিবনসু নহাকপু "সমাত্মা" হায়না খংনখি। ভগবান বিষ্ণু নংদি হিরম খুদিংমক্তা তোঙান-তোঙান তানসু লৈ অতুগা অমত্তা ওইনসু লৈ, মরমসিদগী "সংমিত" কৌই। উরিবা মখল খুদিংগী মশকশিং অসি লৈতবনা নংঙোন্দা অতুগা মতম পুন্নমক্তা লক্ষ্মীগদা লোয়নবিবনসু "সম" কৌই। পূজা, স্তুতি, স্মরণ তৌজবনা, তৌজরিবা মীশিংদা নহাক্না পাপ লৈতববু ওইহনবি, মরম অতুনা নহাকপু "অমোঘ" হায়না স্তুতি তৌনৈ। থম্বালগী মশক ওইবা হৃদয় (থম্মোয়) দা যোগিশিংদনা পূজা তৌনফম ওই অমসুং থম্বাললকানা তমজবা মিংসাসু ইবুংঙো নহাক্কী লৈতেংনি, মরম অতুনা ভগবান! নহাক্কী নাম (মিং) বু কনাগুম্বা যোগিশিংনা "পুণ্ডরিকাক্ষ" কৌরিবনি। ধর্ম্ম অসিমক নংগী কর্ম্মনি অতুনা নংবু "বৃষকর্মা"

রুদ্রো বহুশিরা বভ্রুঃ বিশ্বযোনিঃ শুচিশ্রবাঃ।
অমৃতঃ শাশ্বতঃ স্থাণুঃ বরারোহো মহাতপঃ॥ ১৩

কৌরিবনি। ধর্ম্ম'সিমক্না নংগী আকৃতি (মওং) নি, মরম অসিদগী নহাকপু "বৃষাকৃতি" হায়নস্সু কৌখি। ১২

প্রলয়গী মতমদা বিষ্ণু নহাক্না জগৎ পুম্নমক অসি সংহার তৌই অতুগা পুম্নমক্কী অরাবা কোকপিখি, মরম অতুনা নহাকসি "রুদ্র" হায়বা দেবতা তুমক্কী মশক্নি। "সহস্রশীর্ষা পুরুষঃ" অসিনচিংবা বেদগী মন্ত্র কয়ামুক লৈ, অসিগী আধারদা ইবুংঙো নংগী নকোক লিশিং অমনি, নখোং লিশিং অমমম পানবতুনা নমিং "বহুশিরা" কৌই। কোক-থক্তা লোক পুম্নমক অসিদু হাপ্তুনা পুই, মরম অতুনা নহাকপু যোগিশিংনা "বভ্রু" হায়নস্সু খংনখি। সংসার অসিনা নঙোন্দগী থোকখি, অসিগীদমক নহাকপু "বিশ্বযোনি" হায়না খংনৈ। নহাক্কী নমিং তাজবদা শোনজবদা জীবশিংগী পাপ কোক্নবা পাম্বৈ ওইরিবনি, অসুম্না প্রাণীশিংগী মঙ্গলগী কারণ ওইবিবনস্সু নহাক অসি "শুচিশ্রবা" হায়না সম্বোধন তৌরিবনি। মৃত্যু (অশিবা) দগী তোঙান্না নহাক্তি লাপ্পা লৈ, মরম অতুনা নহাক অসি "অমৃত" নি। মতম খুদিংদা থোংফম লেংদনা লৈবিবদগী "শাশ্বতঃ স্থাণু" হায়বা রাহৈ অসিমক্না নহাকপু শক-খংনখি। অথোইবা দেবতা নত্রগা ইবুংঙোগী নমিংবু শোঞ্জরগা জীবশিংগী লান্নবা পাম্বৈ হায়বদি শোকপা, শিবা, নাইবা সংসারগী ঈপাক অসিদগী লাম্হোকচবা ঙম্নবগী পাম্বৈ ওইনরি, মরমস্সিনা "বরারোহ"

সর্ব্বগঃ সর্ব্ববিদ্ ভানুঃ বিষ্বক্‌সেনো জনার্দ্দনঃ।
বেদো বেদবিদ্ ব্যঙ্গো বেদাঙ্গো বেদবিৎ কবিঃ॥ ১৪

কৌই। অচৌবা ঐশ্বর্য অমসুং তপোজ্ঞানগী মশেক-মঙান কয়াগী তুংনফম ওইবনা নংবু "মহাতপা" হায়না কৌনখি শোন্নখি। ১৩

মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা নহাক্না চৎপা ঙম্মি, মরম অসিনা নহাক "সর্ব্বগ" হায়বত্থু ওইরিবনি। জগৎ সিদা ইবুংঙোনা খংদবা অমত্তা লৈতে, মরম অসিদগী নহাক্কী নমিংবু "সর্ব্ববিদ্" (লোইনা খংবা) কৌখি। নুমিৎ-নচিংবদা নংগী নঙান য়াওই, মরম অদুনা "ভানু" সু কৌই। লান্দা খুজিন-থৌরাং হৈবা নংগী হৈ-শিংবা তু উরগা ফত্তবশিংনা চেল্লি, মরম অসিদগী নংবু "বিষ্বক্‌সেন" কৌখি। মীওইবশিংবু সংহার তৌই, মরম অসিদগী নংগী নমিং "জনার্দ্দন" কৌখিবনি। বেদ অসি নংগীদি অশেংবা জ্ঞানগী মশক্নি, মরম সিনা নহাকপু বেদমক্নি হায়না খংনরিবনি। বেদবু মমুৎ তানা খংবা মহাপুরুষ ওইবিবনসু নহাকপু "বেদবিদ্" কৌখি। জ্ঞান পুম্নমক্না তিনবা পুরুষ অমা ওইবনসু নংবু "অব্যঙ্গ" হায়না খংনৈ। বেদ অসি অঙ্গনি অর্থাৎ নংগী হকচাংগী শরুক অমনি; মরম তুনা নহাকপু "বেদাঙ্গ" ওইনা খংনখি। বেদবু বিচার তৌবিবনা অমদি কামনা (অপাম্বা) খুদিংমক মপুং ফানা ফংহনবিবা ঙম্বনসু মথংশিংনা "বেদবিৎ" অমসুং "কবি" হায়না কৌনরিবনিনে। ১৪

---

দক্ষিণা প্রদানম্—ওঁ সপ্তাস্যাসন্ পরিধয়স্ত্রিঃ সপ্তসমিধঃ কৃতাঃ।
দেবা যদ্ যজ্ঞং তন্বানা অবধ্নন পুরুষং পশুম্॥

লোকাধ্যক্ষঃ সুরাধ্যক্ষো ধর্ম্মাধ্যক্ষঃ কৃতাকৃতঃ।
চতুরাত্মা চতুর্ব্যূহ শ্চতুর্দংষ্ট্রঃ শতুর্ভুজঃ॥ ১৫

মণিপুরী ব্যাখ্যা—ভগবান নহাক অসি "লোকাধ্যক্ষ" কৌই অসিগী মরমদি লোক পুম্নমক সিবু নহাক্কা জ্ঞানগী মিৎয়েংনা য়েংবি। অমরোমদ। অমুকস্তু দেবতাশিংগী মফমদসু অমত্তা ওইনা ঙম্বিবনা নহাকপু দেবতাশিংনা "সুরাধ্যক্ষঃ" কৌনৈ। নিংজরিবা খুদিংমক্কী অপাম্বা ফল (মহৈ) শিং পিনবিবনসু, অশেংবা ধর্ম্ম, অধর্ম্মবু মচাতানা খংবিবনসু নহাকপু খুদিংমক্কা "ধর্ম্মাধ্যক্ষ" হায়নসু নিংনৈ। প্রবৃত্তিমার্গ অমদি নিবৃত্তিমার্গ-গী অরেপ্পা নিয়ম তাকপিবা ওস্বদগী "কৃতাকৃত" কৌবা ভগবান ওইনা খুরুম্নৈ। ব্রহ্মা, ত্রিকাল অমসুং জীব পুম্নমক্কী খুৎশেম অসি অসুম অসুম হেনগৎ-হনবিরকপা 'বিষ্ণু' হায়ব তুগী মুত্তি ওইনা পালন তৌবিবদনা জীব খুদিংমক্কা লেংদনা লৈবা ওমজরিবনি, মরম তুনা ইবুংঙো নহাকপু "চতুরাত্মা" হায়নসু সত্বজন খিবিক্কা শোন্নরি। সংকর্ষণ, বাসুদেব, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ-ব্যূহ মখল মরিথক লৈরি, মরিমক অসিগী মশক ওইবা 'প্রকট' তৌবিবনা নহাকপু "চতুর্ব্যূহ" হায়বা নাম অসি থোনখিবনি। নৃসিংহ অবতারদা নহাক্কা সুম্বগী 'য়া' মরিথক্কমক উৎখি, মরম তুনা নমিং "চতুর্দংষ্ট্র" কৌখি। বেদ মরিমক অসিনা ভগবান! নহাক্কী পাম্বোমগী মশক্কি, অদুনা নহাক্কী মুর্ত্তি "চতুর্ভুজ" ওইরিবনি। ১৫

মন্তব্যঃ—শ্রীবিষ্ণুদেবগী গায়ত্রীনি

ওঁ নারায়নায় বিদ্মহে বাসুদেবায় ধীমহী, তন্নো বিষ্ণু প্রচোদয়াৎ॥

ভ্রাজিষ্ণুঃ ভোজনং ভোক্তা সহিষ্ণুঃ জগদাদিজঃ।
অনঘো বিজয়ো জেতা বিশ্বযোনিঃ পুনর্ব্বসুঃ ॥ ১৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—খ্বাইদগী হেন্না ঙানবা নঙান্না লৈতেংলি, মরম অদুনা নহাকপু "ভ্রাজিষ্ণু" হায়না থংনখি। মায়ানা নহাক্কী ভোজননি, মরম অসিদগী নংবু "ভোজন" হায়বা নাম থোনখিবনি। করিগুম্বা মতমদসু নহাক্না জীবগী রূপ লৌবিখি, অসিনা মরম ওইদুনা বিষ্ণু নংগী নামবু "ভোক্তা" কৌখি। ফত্তবশিংগী করেম-কথাইনবা কয়াবু ইবুংঙো! নংনা চিংনদনা থংবিখি; মরম অদুনা "সহিষ্ণু" হায়বা মিং অসি কৌনখিবনি। জগৎ অসিগী ইহান-হানবদা নহাক নতোমদা ঙাইখি, মরম অদুনা মতম অদুদা নহাক্কী নমিংবু "জগদাদিজ" হায়না থংনখি। পাপ পক্তবনা "অনঘ" সু কৌই। সংসার অসি নংগী নখা পোন্না লৈ, মরম অসিনা নহাকপু "বিজয়" কৌই। স্বাভাবিক (হৈনবি) হায়বা গুণ অসিগী মখা-পোননা জীব খুদিংমক্কা লৈরি অদুবু নহাক্তি মদুদা লৈতে, মরম অদুনা বিষ্ণু! নহাকপু "জেতা" হায়না থংনখিবনি। জগৎ অসিগী অহানবা হৌরকফম ওইবনা, নহাক অসি "বিশ্বযোনি" কৌখি। ক্ষেত্র রূপ ওইনা হন্না হন্না হকচাং পুন্নমক্তা লৈবিবদগীসু "পুনর্ব্বসু" হায়না কৌখিদো। ১৬

শ্রীবিষ্ণু পূজা ধ্যানং—শান্তাকারং ভুজগশয়নং পদ্মনাভ সুরেশং, বিশ্বাধারং গগণ সদৃশং মেঘমর্ণং শুভাঙ্গং॥ লক্ষ্মীকান্তং কমলনয়নং যোগীভির্ধ্যান গম্যং, বন্দে বিষ্ণুং ভবভয় হরং সর্ব্বলোকৈক নাথং॥

উপেন্দ্রো বামনঃ প্রাংশু রমোঘঃ শুচিরূর্জিতঃ।
অতীন্দ্রঃ সংগ্রহঃ সর্গো ধৃতাত্মা নিয়মো যমঃ॥ ১৭

---

মনিপুরী ব্যাখ্যা—ইন্দ্রগী মনাও মুপা অমম্মুং মথক্তম্সু লৈবনা, নহাক্কী নমিং "উপেন্দ্র" হায়না কৌই। বামন (থিকনেম্বা) রূপ ওইনা পাঙ্গল থোনাগীদমক হায়জখি, মরম অসিনা নহাক "বামন" কৌবিখিদো। 'বামনদেব' অবতার তৌবিরগা মরোল অহুম্মক্কা নাম লৌজখি, অতুদগী শ্রীবিষ্ণুগী নাম (মিং) বু "প্রাংশু" হায়না খংনখি। জীবশিংগী মফমদা অমাং-অতা লৈতবা মহে পিনবিবনা "অমোঘ" কৌই। পূজক অমম্মুং উপাসনা তৌজরিবশিংগী থম্মোই শেংদোকপিবনা মরম ওইতুনা "শুচি" হায়না খংনখি॥ পাঙ্গল-থোনা মপুং ফানা লৈ, অসিদগী "উর্জিত" হায়না নাম থোনখি। জ্ঞান ঐশ্চর্য্য-নচিংবা গুণ খিবিওা (জ্ঞান লৈরবা খিবিক্কী মরক্তা অথোইবা) ইন্দ্রদগীম্সু নহাক্কা অথোইবনি, মরম অসিদগী নহাক্কী নমিংবু "অতীন্দ্র" হায়না খংনখি। প্রলয়গী মতমদা জগৎ পুম্নমক অসি নংগী নবুক মনুংদা হাপচিল্লি, মরম অসিনা নহাকপু জগৎনা "সংগ্রহ" হায়না উপাসনা তৌনৈ। সৃষ্টিবু শেম্বনা নহাক "সর্গ" নি খংনথ্রে। পোকপা, শিবা, লৈতবা রস অমথক্তগী মশক ওইবা আত্মা ওইবদগী নংগী নমিংবু "ধৃতাত্মা" হায়না কৌই। মুমিৎ, থা, থরাম্মিচাকশিংবু মাগী মাগী ধর্ম্মদা লেংদনা থম্বিবগীদমক নহাকপু "নিয়ম" হায়না খংনৈ। পাপ তৌবশিংবু দণ্ডি পিবিবনা নহাকসে "যম" হায়না খংনৈ অমদি লৌনরিবনি। ১৭

বেদ্যো বৈদ্যঃ সদাযোগী বীরহা মাধবো মধুঃ।
অতীন্দ্রিয়ো মহামায়ো মহোৎসাহো মহাবলঃ॥ ১৮
মহাবুদ্ধিঃ মহাবীর্য্যো মহাশক্তিঃ মহাদ্যুতিঃ।
অনির্দেশ্য বপুঃ শ্রীমান্ অমেয়াত্মা মহাদ্রি ধৃক্॥ ১৯

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—পুন্নমক্কী অফবা-ফত্তবা খংবনা "বেদ্য" কৌই। বিদ্যা পুন্নমক খংবদগী "বৈদ্য" কৌই। মতম পুন্নমক্তা নশক্ক ফোংনা লৈবনা "সদাযোগী" কৌই। ফত্তবশিংগী মাংহনবা কারণ ওইবনা "বীরহা" কৌই। মায়া অমসুং লক্ষ্মী অনিমক্কী মপুনি; মরম অসিনা ইবুংঙো নহাক্কী নমিং "মাধব" হায়না কৌখি। অতোপ্পগী পেম্নবা রাখল পোকহনবনা "মধু" কৌই। জ্ঞানগী ইন্দ্রিয় দগী তোঙানবা ওইবনা বিষ্ণু নহাকপু "অতীন্দ্রিয়" কৌই। মায়া লৈত্রগসু নহাক মতম অয়াম্বদা 'মায়া' তৌই, মরম অসিনা শ্রীবিষ্ণুবু "মহামায়া" হায়না খংনৈ। জগৎকী উৎপত্তি, স্থিতি, প্রলয়, (ওইরকখিবা, লেংদনা লৈবা, অরোইবা) মতম অহুম্মক অসিদা থৌনা ফবা উৎপনা নহাকপু জগৎনা "মহোৎসাহ" হায়না খংনরিবনি। পাঙ্গল থৌনা অহেনবা লৈবনা ইবুংঙো নহাকপু "মহাবল" হায়না কৌই। ১৮

বুদ্ধি-লৌশিং য়াম্না লৈবা খংদ-উদ লৈতবনা নহাক "মহাবুদ্ধি" কৌই। সংসার অসিদা পোকপিরবনা "মহাবীর্য্য" কৌই। থৌনা য়াম্না ফবদগী "মহাশক্তি" কৌই। ভগবান শ্রীবিষ্ণুদি মনুং-মপান অনিমক্তা ঙান্দুনদা লৈ, মরম অসিনা "মহাদ্যুতি" হায়নসু খংনৈ। চাংদম্নিংঙাই লৈতনা চাওবা হকচাংবু লৌরিবগীদমক বিষ্ণু নহাকপু

মহেশ্বাসো মহীভর্ত্তা শ্রীনিবাসঃ সতাংগতিঃ।
অনিরুদ্ধঃ সুরানন্দো গোবিন্দো গোবিন্দাং পতিঃ ॥ ২০

---

"অনির্দেশ্যবপু" হায়না কৌখি। ঐশ্বর্য পুন্নমক্না তিল্লি, মরম অসিনা নহাক "শ্রীমান্" নি। জীবশিংনা নংগী বুদ্ধি অমসুং আত্মাবু খংবা ঙমদে, মরম সিদগী ইবুংঙো নহাকপু "অমেয়াত্মা" হায়না খংনখি। অমৃত পুথোক্নবগীদক 'মন্দ্রাচল' চীংবু নংনা থাংগৎপিখি, অতোপ্পা অমনা ষণবী-ষন্নাওশিং অমসুং গোপশিংবু কনবিনবগীদমক গো-বর্দ্ধনবু থাংগৎখি, মরম অসিনা নংগী নমিং "মহাদ্রিধৃক্" কৌই। ১৯

অচৌবা লিরুংবু থুংশু ওই, মরম অতুদগী "মহেশ্বাস" হায়না কৌই। পৃথিবীগী মপু ওইবনা "মহীভর্ত্তা" কৌই। বিষ্ণু নহাক্কী থবাক্তা লক্ষ্মীগী লৈফম ওইবনা "শ্রীনিবাস" কৌই। বেদগী নিয়ম পাম্বশিংগী তেংবাংবিবনা ইবুংঙো নংবু "সতাংগতি" হায়না কৌই। নহাক্কী খোংচৎপু কনামতনা থিংবা ঙমদে, মরম অসিনা "অনিরুদ্ধ" কৌই। লাই পুন্নমকপু নুংঙাইহল্লি, মরম অসিনা নহাক্কী নমিংবু "সুরানন্দ" কৌখিবনি। পৃথিবী-বেদ-বাণীগী ঙাকপিবনা নমিং "গোবিন্দ" কৌখি। * বেদগী অর্থবু নিংথিনা খংবা ঋষিশিংগী মপু ওইবনা নহাকপু "গোবিন্দাংপতি" হায়না খংনখি। ২০

---

* মন্তব্যঃ—প্রথমে সপ্ত চত্বারি দ্বিতীয়ে দ্বি সপ্ততি তৃতীয়ে ত্রিণি চত্বারি চত্বারি চ চতুর্থকে ॥ পঞ্চমে বিংশতি নব ষষ্ঠে চত্বারি সপ্তকম্ বিংশতি সপ্তমে চৈব অষ্টাবিংশতি রাষ্টমে ॥

মরীচি দমনো হংসঃ সুপর্ণো ভুজ গোত্তমঃ।
হিরণ্যনাভঃ সুতপা পদ্মনাভঃ প্রজাপতিঃ ॥ ২১
অমৃত্যুঃ সর্ব্বদৃক্ সিংহঃ সংধাতা সন্ধিমান্ স্থিরঃ।
অজো দুর্মর্ষণঃ শাস্তা বিশ্রুতাত্মা সুরারিহা ॥ ২২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মঙান-মশা য়াম্না লৈবদগী শ্রীবিষ্ণুবু "মরীচি" হায়না কৌই। নাপন মাংহনবিবনা নংবু "দমন" কৌই। হকচাং খুদিংমক্তা লৈ, মরম অসিনা "হংস" হায়না খংনৈ। উচেকশিংগী মরক্তা 'গরুড়' অসি শ্রীভগবানগী বিভূতিনি হায়নৈ, মরম অসিনা শ্রীভগবান্দি "সুপর্ণ" নি। জগৎ অসি তুম্না মাংখ্রবসু শ্রীভগবান্দি লেমহৌগনি, মরম অসিনা শ্রীভগবানবু "শেষ" কৌই। শেষ-রূপ ওইবনা ভগবান্দি "ভূজ গোত্তম" নি। মঙান পুম্নমক নংগী খোই-দোদা লৈ, মরম অসিনা নহাকপু "হিরণ্যনাভ" কৌই। "সুতপা" কৌখিবগী মরমদি নর-নারায়ন রূপ ধারণ তৌরগা ফজরবা তপ তৌখি, মরম অসিদগীনি। খোইদোদগী থম্বাল শাৎখি, মরম'সিনা শ্রীবিষ্ণুগী নাম (মিং) বু "পদ্মনাভ" হায়না কৌখি। ব্রহ্মারূপতগী প্রজা পুম্নমকসি পুথোকখি, মরম'সিদগী "প্রজাপতি" কৌখি। ২১

অমাং-অতা (অশি-অনা) লৈতবনা "অমৃত্যু" হায়না কৌখি। স্বাভাবিক প্রাণিশিংগী কর্ম্মশিংবু য়েংবিবদগী "সর্ব্বদৃক" হায়না খংনৈ। পাপ পুম্নমকপু মাংহনবি, মরম অসিনা "সিংহ" কৌখি। প্রলয়গী মতমদা জগৎপু পুল্লপ পুনশিনবিখি, মরম অসিনা নহাকপু "সংধাতা" কৌখি। ফল-ভোগ তৌবদগী "সন্ধিমান" কৌখি।

গুরু গুরুতমো ধাম সত্যঃ সত্য পরাক্রম ।
নিমিষোহনিমিষঃ স্রগ্বী-বচস্পতি-রুদারধীঃ ॥ ২৩

---

মতম খুদিংমক্তা রস অমত্তা ওইনা লৈ. মরম অসিনা শ্রীভগবানবু "স্থির" হায়নস্থু থংনৈ। করিগুম্বদা 'জন্ম' ওইদে অতুনা ভগবানবু "অজ" কৌই। হিংচাবশিংনা নওোন্দা শাওবা ওমদে, মরম অসিনা "দুমর্ষণ" নি থংনরি। শ্রেষ্ঠ শিক্ষা পিবিবনস্থু নহাক "শাস্ত" নি। সত্য জ্ঞান-নচিংবগী লক্ষণ কয়ানা তিল্লি, মরম অসিনা নহাক্কী নাম "বিশ্রুতাত্মা" কৌই। রাক্ষস কয়াবু মাংহনবিবনস্থু ইবুংঙো নহাক্কী নাম (মিং) বু "সুরারিহা" হায়না কৌখিবনি। ২২

বিদ্যা পুন্নমক্কী উপদেশ পিবিবা অমস্থুং খুদিংমক্কী মপী-মপা ওইবিবনা "গুরু" নি হায়রি। ব্রহ্মবিদ্যাগী মরমদা পাউতাক পিবিবদগীস্থু নহাক্পু "গুরুতম" হায়না থংনখি। কামনা (অপাম্বা) খুদিংমক্কী মফম নল্লগা মঙানগী মশক ওইবনা "ধাম" কৌই। লেংদ্রবা নিয়মদা লেপ্লুনা লৈ হায়বগীদমক "সত্য" হায়নরিবনি। থোইদোক-হেন্দোক্না থোনা ফবগীদমক নহাকপু জগৎনা "পরাক্রম" হায়না কৌখি। অনন্ত-শয্যাদা যোগ-নিদ্রা তৌদুনা মিৎ উইশিন্দুনা লৈবনা নহাকপু "নিমিষ" কৌনখি। মতম খুদিংমক্তা চৈতন্য রূপ ওইবিদুনা লৈ, মরম'সিনা নহাকপু লোক পুন্নমক্তা "অনিমিষ" (মিৎ কুপ্তবা) হায়না থংনৈ। বৈজয়ন্তী মালা থোনবদগী "স্রগ্বী" কৌই। বাণী (সরস্বতী) গী মপু অমস্থুং উদার বুদ্ধি ওইবনা ইবুংঙো নহাকপু "বাচস্পতি-রুদারধী" হায়না ভক্তশিংনা কৌনরি। ২৩

অগ্রণী গ্রামিণীঃ শ্রীমান্ ন্যায়ো নেতা সমীরণঃ।
সহস্রমূর্দ্ধা বিশ্বাত্মা সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাত্ ॥ ২৪
আবর্ত্তনো নিবৃত্তাত্মা সংবৃতঃ সংপ্রমর্দনঃ।
অহঃ সংবর্তকো বহ্নিঃ অনিলো ধরণীধরঃ ॥ ২৫

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মোক্ষ পাস্লশিংবু লেংদ্রবা মফম ফংহনরিবনা "অগ্রণী" কৌই। জীবশিংগী নিয়ম তাকপিবনস্লু "গ্রামিণী" হায়না কৌখি। মঙান মশা য়াম্না লৈবনা "শ্রীমান্" কৌই। পাপ-পুন্যগী অরেপ্পা মহৈ পিবিবা ওম্বনা "ন্যায়" কৌরিবনি। জগৎ পুম্নমক অসিবু মশা মখাগী মথৌদা শিন্না পিবিবনি হায়বদগী প্রভু নহাকী মিং "নেতা" কৌখি। নুংশিৎকী শক্তম লৌরিবগা জীব পুম্নমকপু হিংহনবী হায়দুনা শ্রীবিষ্ণুবু "সমীরণ" হায়নস্লু খংনখি। মশিং থিঙমদ্রবা কোক ময়াম পাল্লি হায়দুনা "সহস্রমূর্দ্ধা" কৌখি। বিশ্ব পুম্নমকী আত্মা ওইবিবনা "বিশ্বাত্মা" কৌই। মশিং থিঙমদ্রবা শক্তম (মিৎ) ওইবিবনা "সহস্রাক্ষ" কৌই। মশিং থিঙমদ্রবা খোং কয়ানা লৈতেং ওইবিবনস্লু "সহস্রপাত্" হায়না খংনরি জগৎ জীব-পুম্বনা শ্রীভগবান বিষ্ণু নহাকপু। ২৪

সংসারবু মাপ্পী (বিষ্ণুগী) মায়াগী মথাদা কাওথোকুনা থম্মি, মরম অসিনা শ্রীভগবানবু "আবর্ত্তনঃ" কৌই। সংসারগী লৈরিবা বন্ধনশিং অসিদগী তোঙাল্লি, মরম অসিদগী "নিবৃত্তাত্মা" কৌই। মাইকৈ মরিমক্তা জীবশিংবু মায়ানা কোইশিন্দুনা থম্বা ওম্বনা

---

আবাহনম্—হরিঃ ওঁ সহস্রশীর্ষা পুরুষঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাৎ। স ভূমিং বিশ্বতো বৃত্বা ত্যতিষ্ঠদ্দশাঙ্গুলম্ ॥ (অসুম্না বেদনা হায়রি।)

সুপ্রসাদঃ প্রসন্নাত্মা বিশ্বধৃক্ বিশ্বভুক্ বিভুঃ।
সৎকর্তা সৎকৃতি সাধু র্জহ্নু নারায়ণো নরঃ॥ ২৬

ইবুংঙো নহাকপু "সংবৃত" হায়না খংনৈ। রুদ্রগী শক্তমদা প্রজাগী ময়াই কাবা নমথবনা "সংপ্রমর্দনঃ" কৌই। সূর্য্যগী শক্তম লৌরগা নুংথিলগী মঙাল ফংহনবিহুনা কালচক্রগী মখাদা জগৎপু থম্মি, মরম অসিনা নহাক "অহঃ সংবর্তকঃ" নি খংনরি। মৈগী মশক ওইবনা "বহ্নি" হায়না কৌই। নুংসাশ্বরগী মশক ওইবনা "অনিল" সু কৌই। পৃথিবীবু ধারণ তৌই, মরম অসিনা "ধরণীধর" কৌই। ২৫

ফত্তবা (ওক্তবা) শিংবুসু থৌজানবিবা ঈশ্বরনি অহুনা হে বিষ্ণো! ইবুংঙো নহাক্তি "সুপ্রসাদ" নি। মতম পুন্নমক্তা পেন্দুনা লৈবনা "প্রসন্নাত্মা" কৌরিবনি। সংসার অসি নংনা ধারণ তৌহুনা লৈ, অহুনা জগৎনা ইবুংঙোবু "বিশ্বধৃক্" কৌই। জগৎ অসি নংনা য়োকই, মরম অহুনা "বিশ্বভুক্" কৌই। ব্রহ্মা নচিংবা লাই ময়াম অসি বিষ্ণু নংগী নশক ঙাক্তনি খংননবগীদমক নহাকপু "বিভু" হায়নসু খংনৈ। সৎপুরুষশিংগী সৎকার তৌবিবনা "সৎকর্তা" নি। সৎপুরুষশিংনা পূজা তৌনবনা "সৎকৃতি" নি। পরকার্য পাংথোকপিবনা ভগবানবু "সাধু" নি খংনৈ। পুন্নমকপু সংহার তৌবিবনা "র্জহ্নু" নি। পঞ্চ তত্ত্বশিংদা লৈবনা বিষ্ণু নহাক "নারায়ণ" নি। পুন্নমক্তা নিয়ম তাকপিবনা ইবুংঙো নহাক অসি "নর" নি। ২৬

মন্তব্যঃ— পূর্ণমদা পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে। পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবা রশিষ্য তে॥ ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ।

অসংখ্যেয়া অপ্রমেয়াত্মা বিশিষ্টঃ শিষ্টকৃচ্ছুচিঃ।
সিদ্ধার্থঃ সিদ্ধসংকল্পঃ সিদ্ধিদঃ সিদ্ধি সাধনঃ॥ ২৭
বৃষাহী বৃষভো বিষ্ণুঃ বৃষপর্বা বৃষোদরঃ।
বর্ধনো বর্ধমানশ্চ বিবিক্তঃ শ্রুতি সাগরঃ॥ ২৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মশিং থিঙমদবা গুণনা তিনবনা ভগবান্! নহাকপু "অসংখ্য" নি। আত্মাগী প্রমাণ লৈতবনা নহাক অসি "অপ্রমেয়াত্মা" নি। গুণ কয়ানা তিনবনসু "বিশিষ্ট" নি খংনৈ। অথোইবশিংবু ঙাকপিবনা "শিষ্টকৃচ্ছুচি" নি। কামনা (অপাম্বা) পুন্নমক্পা তিনবনা ইবুংঙো নহাক "সিদ্ধার্থ" নি। অচুম্বা ঙাকপনা নহাক "সিদ্ধসঙ্কল্প" নি। সিদ্ধি কর্ম্মগী মহৈ পিবনা নংবু "সিদ্ধিদ" হায়না কৌই। সিদ্ধ পদার্থশিংগী সাধক ওইবনা নহাক অসিবু "সিদ্ধিসাধন" হায়না জগৎনা (কৌনরিবনি) শোন্নরিবনি। ২৭

ধর্ম্মগী মশেক-মঙাল ফংহনবনা নহাক "বৃষাহী" হায়না কৌই। ভক্তশিংদা অপাম্বা-পুম্বা শিন্থবিবনা (য়েন্থোকপিবনা) "বৃষভ" কৌই। লেংলি-পাল্লিবশিংদা শরা-শন্না লৈবনা ইবুংঙো নহাকপু "বিষ্ণু" হায়না খংনরি। ধর্ম্মতনা ননাক্তা য়োবা ঙাম্মি, অদুনা "বৃষপর্বা" নি। নবুক্তনা ধর্ম্ম-রূপ ওইবনা নংবু "বৃষোদর" কৌই। জীবশিংগী মশিং হেনগৎ-হনবনা নহাকসে "বর্ধন" হায়না কৌই। ভগবান্! নহাক্তি হেন্দুনদা লৈ, জ্ঞানীশিংবুসু হেনগৎহল্লি অদুনা "বর্ধমান" নি। পুন্নমক্তগী নংনা অহেনবা ওইরবসু জগত্তগী তোপ্পি অদুনা "বিবিক্ত" কৌরিবনি। শ্রুতিনচিংবশিং নঙোন্দগী থোকখি লোইনা শিংথাবদি ঙমদ্রে, অদুনা "শ্রুতি-সাগর" কৌনৈ। ২৮

## অথ মাহাত্ম্যম্

সুভুজো দুর্ধরো বাগ্মী মহেন্দ্রো বসুদো বসুঃ।
নৈকরূপো বৃহদ্রূপঃ শিপিবিষ্টঃ প্রকাশনঃ ॥ ২৯
ওজস্তেজো দ্যুতিধরঃ প্রকাশাত্মা প্রতাপনঃ।
ঋদ্ধঃ স্পষ্টাক্ষরো মন্ত্র-শ্চন্দ্রাংশু ভাস্কর-দ্যুতিঃ ॥ ৩০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—নিংথিরবা পাম্বোম্না জগৎ'সি ডাল্লি, অদুনা "সুভুজ" কৌই। অচেৎপা তপস্যানা ফংঙমদবা ওইবনা নমিং "দুর্ধর" কৌই। ব্রহ্মবানী শ্রীমুখদগী (নচিন্দগী) থোকখি, মরম অদুনা নহাকপু "বাগ্মী" কৌই। ইন্দ্রগীসু নহাক্না ইন্দ্রনি, অদুনা "মহেন্দ্র" কৌই। লন কয়াবু দান তৌথোকপা ওম্বনা নংবু "বসুদ" কৌই। ভুতশিংগী মক্রবা থম্মোইশিংদা লৈবনা "বসু" কৌই। নশক-নতৌ কয়ামুক লৈবনা নহাক্কী নাম (মিং) "নৈকরূপ" হায়না কৌই। বারাহনচিংবা রূপ ধারণ তৌবনা "বৃহদ্রূপ" কৌই। জীব পুম্নমক্তা পরমাত্মাগী মশক ওইনা লৈবনা "শিপিবিষ্ট" কৌই। পুম্নমক্তা মঙাল ফংহনবি, মরম অদুনা "প্রকাশন" কৌই। ২৯

থৱাই, থৌনা, পাঙ্গল, মিংচৎ অমসুং গুণনচিংববু লৌবিবনা "ওজস্তেজ-দ্যুতিধর" কৌখি। মঙান পুম্নমক্কী মশক ওইবা আত্মা ওইবনা "প্রকাশাত্মা" কৌই। নুমিৎকী মশক ওইনা জগৎপু মৈশা (লাংহনবনা) ফংহনবনা "প্রতাপন" কৌই। ধর্ম্ম, জ্ঞান, বৈরাগ্যমুক্ত ওইবনা "ঋদ্ধ" কৌই। স্পষ্ট, উদাত্ত, ওঁ কারগী মশক ওইবনা "স্পষ্টাক্ষর" কৌই। ঋক্, যজুঃ সাম বেদগী লক্ষণ মন্ত্ররূপ ওইবনা "মন্ত্র" কৌই। ত্রিবিধ-তাপনা চাক্লবা জীবশিংদা থাগুম্না অইংবা মঙাল পিবনা বেদ-শাস্ত্রনা "চন্দ্রাংশু" কৌই। মতম খুদিং নুমিৎকুম নঙাল লৈবনা "ভাস্কর-দ্যুতি" হায়না অসুম্না শোন্নরি। ৩০

অমৃতাংশূদ্ভবো ভানুঃ শশবিন্দুঃ সুরেশ্বরঃ।
ঔষধং জগতঃ সেতুঃ সত্যধর্ম্ম পরাক্রমঃ॥ ৩১
ভূতভব্য ভবন্নাথঃ পবনঃ পাবনোঽনলঃ।
কামহা কামকৃৎ কান্তঃ কামঃ কামপ্রদঃ প্রভূ॥ ৩২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—সমুদ্র নৈবদা চন্দ্র (থা) না প্রভুদগী থোকখি অদুনা প্রভুগী মিংসে "অমৃতাং-শুদ্ভব" কৌখি। নুমিৎকী মতৌগুম্না পুম্নমক্তা নঙানতনা লংলি, মরম অদুনা ইবুংঙোগী নাম (মিং) "ভানু" কৌখি। থাগুম্না ঔষধি থুদিংদা রস চেলহনবনা শ্রীবিষ্ণুগী নামবু জগৎনা "শশবিন্দু" হায়না খংনখি। দেবতাশিংগী ঈশ্বর ওইবনা "সুরেশ্বর" কৌখি। সংসার-রূপী রোগগী হিদাক ওইবনসু নমিং "ঔষধি" কৌখি। সংসারগী মশক ওইবা সমুদ্র লানবদা ইবুংঙোনা নৌ নি, মরম অদুনা জগৎনা "সেতু" হায়না কৌই। ধর্ম্ম, জ্ঞান-নচিংবা গুণশিং অমসুং থোইদোক হেন্দোকপা অচুম্বগী মশক ওইবনা ভগবান! নহাক্কী নমিং "সত্যধর্ম্ম-পরাক্রম" কৌই। ৩১

ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান মতম অহুম অসিগী ইবুংঙোনা মপুনি, মরম অদুনা "ভূতভব্য-ভবন্নাথ" কৌই। নুংশিৎকী মশক ওইবনা "পবন" কৌই। অমোৎপবু শেংদোকপিবনা "পাবন" কৌই। করিগুম্বদা পেনবা নাইদবনা নহাক্কী নামবু "অনল" হায়না কৌই। অরান খুভম পাম্বা ভক্তশিংগী কামবু মাংহনবিবনা বিষ্ণুবু "কামহা" কৌই। ইচ্ছা পুম্নমকপু পূর্ণ ওইহনবিবনা "কামকৃৎ" কৌই। ভক্তিশিংগী অপাম্বা থুংহনবিবনা "কামপ্রদ" কৌই। পুম্নমক্কী তৌবা ঙম্বা ওইবনা "প্রভু" নি হায়না মতম পুম্নমক্তা শোন্নরি। ৩২

যুগাদিকৃদ্ যুগাবর্তো নৈকমায়ো মহাশনঃ।
অদৃশ্যোঽব্যক্ত রূপশ্চ সহস্রজিৎ অনন্তজিৎ॥ ৩৩
ইষ্টো বিশিষ্টঃ শিষ্টেষ্টঃ শিখণ্ডী নহুষো বৃষঃ।
ক্রোধহা ক্রোধকৃৎ কর্তা বিশ্ববাহুঃ মহীধরঃ॥ ৩৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—নিংকুপ্তগী হৌনা যুগ কয়াগী মতম পুথোক-পিবন নহাকপু "যুগাদিকৃদ্" কৌনখি। যুগ যুগশিং অসিদু কয়ারক ওইহনবিবনা "যুগাবর্ত" হায়নখি। মায়াগী রূপ কয়ামুক লৌবিবনা "নৈকমায়া" কৌখি। প্রলয় মতমদা পুম্নমক পুনশিল্লগা নংঙোন্দা ত্তিনশিনবিবনা "মহাশন" কৌখি। বুদ্ধিমচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা থংবা ঙমদে মরম অসিনা "অদৃশ্য" কৌই। নশক উহন্দবনা "অব্যক্তরূপ" কৌই। মশিং থিঙমদনা লিশিং লিশিং জয় তৌবনা "সহস্রজিৎ" কৌই। শাস্ত্র-শাস্ত্রনা মপান নাইদ্রবা জগৎপু শুমাংপনা "বিশ্বজিৎ" হায়না জগৎনা ভগবান্! শ্রীবিষ্ণু নহাকপু কৌনরি। ৩৩

যজ্ঞনা পূজা তৌনফম ওইবনা "ইষ্ট" হায়না কৌই। পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইবনা নহাক অসে "বিশিষ্ট" নি। শ্রেষ্ঠ বিদ্বানশিংগী চংজফম ওইবনা "শিষ্টেষ্ট" কৌই। রাহোংগী চুড়া গোপ বেষ ধারণ তৌবনা "শিখণ্ডী" কৌনরি। নশাগী মায়ানা পুঞ্জবনা "নহুষ" কৌই। ধর্মগী মশক লৌবিবনা "বৃষ" কৌই। অশাওববু মাংহনবনা "ক্রোধহা" কৌই। ফত্তবশিংদা শাওবিবনা "ক্রোধকৃৎ" কৌই। মা-মানা তৌবা কর্মগী ফল ফংহনবনসু "কর্তা" কৌই। জগৎ পুম্নমক্কী পাম্বোম ওইবনা "বিশ্ববাহু" কৌই। পূজা অমদি পৃথিবীবু ধারণ তৌবিবনা সংসার অসিদা "মহীধর" কৌখিএ। ৩৪

অচ্যুতঃ প্রথিতঃ প্রাণঃ প্রাণদো বাসবানুজঃ।
অপাংনিধি রধিষ্ঠান মপ্রমত্তঃ প্রতিষ্ঠিতঃ॥ ৩৫

স্কন্দঃ স্কন্দধরো ধুর্যো বরদো বায়ুবাহনঃ।
বসুদেবো বৃহদ্‌ভানু রাদিদেবঃ পুরন্দরঃ॥ ৩৬

মণিপুরী ব্যাখ্যা—নশক নওং লৈতবনা ইবুংঙো নহাক অসে, "অচ্যুত" হায়না কৌই। জগৎ শেম্বা থবক্তা মিংচৎ লৈবনা "প্রথিত" কৌই। থরাই পানবশিংগী থরাই ওইবনা "প্রাণ" কৌই। হিংচাবগী থরাই মাংহনবনসু বিষ্ণু! নহাকপু "প্রাণদ" হায়না কৌই। ইন্দ্রগী মনাও ওইবনা "বাসবানুজ" হায়না কৌই। তুরেলশিংগী মথক্তা সমুদ্র ওইবনা "অপাংনিধি" কৌই। থরাই পানবশিংদা লেংদনা লৈবনা ভগবান্! নহাক্কী মিং "অধিষ্ঠান" হায়না কৌই। কর্ম্মগী মতুং ইন্না মহৈ পিবিবনা "অপ্রমত্ত" কৌই। অপূর্ব মহিমা কয়ানা তিনবনা "প্রতিষ্ঠিত" নি। ৩৫

অমৃত ওইনা চুথবিরকপনা ভগবান্! নহাক্কী মিং "স্কন্দ" হায়না কৌই। জীব পুম্নমক্কী লুচিংবা ওইবনা "ধুর্য" কৌই। অপাম্বা মহৈ পিবিবনা বিষ্ণুগী নাম (মিং) "বরদা" হায়না কৌই। নুংশিৎপু শিৎহনবনা "বায়ুবাহন" কৌই। বসুদেবগী মচা ওইবনা "বাসুদেব" কৌই। জগৎপু নহাক্না ঙালহল্লি অতুনা "বৃহদ্‌ভানু" কৌই। পুম্নমক্কগী অহানবা ওইবনা "আদিদেব" হায়না কৌই। লাইশিংগী (দেবতাশিংগী) য়েক্নবা 'পুরু' বু মাংহনবা (হাৎপা) না ভগবান্! নহাক্কী মিং "পুরন্দর" হায়না অসুম্না থংনরিবনি। ৩৬

অশোকঃ তারণঃ তারঃ শূরঃ শৌরি র্জনেশ্বরঃ।
অনুকূলঃ শতাবর্ত্তঃ পদ্মী পদ্ম-নিভেক্ষণঃ॥ ৩৭
পদ্মনাভো-ঽরবিন্দাক্ষঃ পদ্মগর্ভঃ শরীরভৃৎ।
মহর্দ্ধি ঋদ্ধো বৃদ্ধাত্মা মহাক্ষো গরুড়ধ্বজঃ

মণিপুরী ব্যাখ্যা—অরাবা লৈতবনা ইবুংঙোগী মিং "অশোক" কৌই। সংসার সাগরদগী লানবিবনা "তারণ" কৌই। অশিবদগী অরাবা কোকপিবনা "তার" কৌই। পুন্নমক্তগী পরাক্রমী কনবা ওইবনা "শূর" কৌই। শূরসেনগী শাগৈদা পোকপনা "শৌরি" কৌই। জীব-জন্তুশিংগী ঈশ্বর ওইবনা "জনেশ্বর" কৌই। পুন্নমক্কী অপাম্বা তৌবিবনা "অনুকল" কৌই। ধর্ম্ম রক্ষাগীদমক মপোক কয়ারক পোকপনা "শতাবর্ত" কৌই। থম্বাল পায়বনা "পদ্মী" কৌই। থম্বালনা তমজবা মিৎ ওইবনা "পদ্মনিভেক্ষণ" কৌই। ৩৭

ভগবান্! নহাক্কী খোইদোদা থম্বালনা থোগঞ্জবনা "পদ্মনাভ" হায়না কৌই। মিৎম্না-থম্বালনা নিংথিজবনা বিষ্ণুবু "অরবিন্দাক্ষ" কৌই। থম্মোইগী মশক ওইবা থম্বাল-লকাদা যোগীশিংগী উপাসনা তৌফম ওইবনস্থ "পদ্মগর্ভ" হায়না কৌই। মহৈ-মরোংনচিংবা-শিংনা জীবশিংবু য়োকপিবনা ভগবান ওইবা ইবুংঙোগী নাংবু "শরীরভৃৎ" হায়না কৌনরি। ঐশ্বর্য্য কয়ানা তিনবনা "মহর্দ্ধি" কোবা নাম (মিং) থংনৈ। প্রপঞ্চ কয়াদগী হেনবনা তব নাম "ঋদ্ধ" কৌই। খ্বাইদগী লিরবা আত্মা ওইবনা "বৃদ্ধাত্মা" কৌই। মিৎ লাওবনা "মহাক্ষ" কৌই। ইবুংঙোগী ফিরালদা গরুড য়েকপনা বিষ্ণু! নহাকপু "গরুড়ধ্বজ" হায়না কৌনরিবনি। ৩৮

অতুলঃ শরভো ভীমঃ সময়জ্ঞো হবির্হরিঃ ।
সর্ব্ব-লক্ষণ-লক্ষণ্যো লক্ষ্মীবান্ সমিতিঞ্জয়ঃ ॥ ৩৯
বিক্ষরো রোহিতো মার্গো হেতুঃ দামোদরঃ সহঃ ।
মহীধরো মহাভাগো বেগবান মিতাশনঃ ॥ ৪০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—কনাগুম্বগা চাংদম্নিংঙাই লৈতবনা "অতুল" কৌই। জীর্ন শরীরদা প্রকাশ (ঙান্দূনা) লৈবনা "শরভ" কৌই। অচৎ-চত্তা জীবশিংনা বিষ্ণু ! নহাকপু কি, অদুনা "ভীম" কৌই। পোকপা, হিংবা, শিবগী মতম থংবনা "সমযজ্ঞ" কৌই। যজ্ঞগী ভোগশিংবু পিবিবনা "হবির্হরি" কৌই। প্রমাণ কয়ামুক্তা থংবা ঙম্বনা ভক্তশিংনা "সর্ব্ব-লক্ষণ-লক্ষণ্য" কৌই। লক্ষ্মীগী হকচাংদা লৈবনা "লক্ষ্মীবান্" হায়না কৌই। লান কয়াবু ঙম্বিবা, জয় ওইবিবনা বিষ্ণু নহাক্কী নামবু "সমিতিঞ্জয়" কৌনরি। ৩৯

অমাং-অত্তা লৈতবনা "বিক্ষর" কৌই। ঙাগী রূপ লৌবিখিবনা "রোহিত" কৌই। অরান-খুভম পাম্বশিংনা ভগবান্ ! নহাকপু থিনৈ, অদুনা "মার্গ" কৌই। উপাদানগী নিমিত্ত মাত্র ওইবনা "হেতু" কৌই। যশোদানা মচাবু (কৃষ্ণবু) থৌরিনা পুনখি, অদুনা "দামোদর" কৌই। পূম্নমক্কী মরালশিংবু ঙাকপিবনা "সহ" কৌই। চীংগী মশক লৌবিবনা "মহীধর" কৌই। ঐশ্বর্য কয়াবু ফোংদোকপিবনা "মহাভাগ" কৌই। পুক্নিংদগীসু হেন্না য়াংবনা ভগবান্ ! বিষ্ণু নহাকপু "বেগবান" হায়না কৌনরি। প্রলয়গী মতমদা সংসারবু য়োৎপনা (উহন্দবনা) "অমিতাশন" কৌই। ৪০

উদ্ভবঃ ক্ষোভণো দেবঃ শ্রীগর্ভঃ পরমেশ্বরঃ।
করণং কারণং কর্ত্তা বিকর্ত্তা গহনো গুহঃ॥ ৪১
ব্যবসায়ো ব্যবস্থানঃ সংস্থানঃ স্থানদো ধ্রুবঃ।
পরর্দ্ধিঃ পরমস্পষ্টঃ স্তুষ্টঃ পুষ্টঃ শুভেক্ষণঃ॥ ৪২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—উৎপত্তি নাশ পালন তৌবিবনা "উদ্ভব" হায়না কৌই। প্রকৃতি পুরুষবু লাংতকনহনবনা "ক্ষোভণ" কৌই। অমত্তা ঙাইরবা লাই ওইবনা "দেব" কৌই। জগৎপু পুবা 'গর্ভ' ওইবনা "শ্রীগর্ভ" কৌই। পরম ঐশ্বর্যবান ওইবনা "পরমেশ্বর" কৌই। সংসারগী সাধক স্বরূপ ওইবনা "করণ" কৌই। জগৎ-পুম্বসি পোকপিবদা উপাদান ওইবিখিবনা নমিং "কারণ" কৌনখি। জগৎ পুম্নকপু শেম্বিবনা "কর্ত্তা" কৌই। অঙকপা লোক কয়বু শেম্বিবনা "বিকর্ত্তা" কৌই। কনামতনা খংবা ঙম্দে অতুনা "গহন" কৌই। মায়া রূপ ওইবনা বিষ্ণু নহাকপু "গুহ" হায়না কৌই। ৪১

অহেনবা রূপ ওইবনা "ব্যবসায়" কৌই। ব্যবস্থা শক্তি লৈ অতুনা "ব্যবস্থান" কৌই। প্রলয়গী মতমদা প্রাণিশিংগী তুংনফম ওই মরম অতুনা "সংস্থান" কৌই। কর্ম্মগী মতুং ইন্না মফম পিবনা "স্থানদ" কৌই। শিদবা, লেংদবা, ওইবনা "ধ্রুব" হায়না কৌই। পুম্নমগী তোপ-তোপ্পা ওইবনা "পরর্দ্ধি" কৌই। অনন্তসিদ্ধি ওইবনা "পরমস্পষ্ট" কৌই। মতম খুদিংদা পরমানন্দ ওইবনা "পুষ্ট" কৌই। পুক্নিংগী অপাম্বা মহৈ পিবিবা মিৎ ওইবনা নহাকপু জগৎনা "শুভেক্ষণ" হায়না অস্থুম্না কৌনরিবনি। ৪২

রামো বিরামো বিরজো মার্গো নেয়ো নয়োঽনয়ঃ ।
বীরঃ শক্তি-মতাং-শ্রেষ্ঠো ধর্ম্মো ধর্ম্ম বিদুত্তম ॥ ৪৩
বৈকুণ্ঠঃ পুরুষঃ প্রাণঃ প্রাণদঃ প্রণবঃ পৃথুঃ ।
হিরণ্যগর্ভঃ শত্রুঘ্নো ব্যাপ্তো বায়ু রধোক্ষজঃ ॥ ৪৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—যোগিশিংগী ভুংনফম ফুংঙাইবনা "রাম" কৌই। প্রাণিশিংদা নহাক্না খুদোংচাবা পিবনা "বিরাম" কৌই। রজোগুণ য়াওদবনসু "বিরজ" কৌই। অরান-খুভম পাম্বশিংগী স্থাননি, অদুনা "মার্গ" কৌই। ভক্তশিংবু অফবা লম্বীদা চৎহনবনা "নেয়" কৌই। জীবশিংবু নশামক্নি খনবনা 'নয়" কৌই। করিগুম্বদা লুচিংবা ভাব লৈতে, অদুনা "অনয়" কৌই। থোইদোক-হেন্দোক্না থৌনা ফবা ওইবনা "বীর" কৌই। ব্রহ্মানচিংবদগীসু হেনবনা "শক্তি-মতাং-শ্রেষ্ঠ" কৌই। অচুম্বা ধর্ম্ম ঙাক্নবা আরাধনাগী মফম ওইবনা "ধর্ম্ম" কৌই। ধর্ম্ম লৈবশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইবনা ভগবান্! নহাকপু "ধর্ম্ম-বিদুত্তম" কৌই। ৪৩

মথল কয়াগী ফত্তবা লমচৎশিংবু মাংহনবনা "বৈকুণ্ঠ" কৌই। পুরু (স্বর্গ) দা হিপ্পনা "পুরুষ" কৌই। ক্ষেত্রজ্ঞ ওইনা পুন্নমক্কী থরাই ওইবনা "প্রাণ" কৌই। প্রলয়দা পুন্নমক্কী মাংনবা মরম ওইবনা "প্রাণদ" কৌই। পুন্নমক্না খুরুমনৈ, মরম অদুনা "প্রণব" কৌই। সংসারগী মশক ওইনা শরা-শনবা নগুণনা তিল্লি থংনবনা "পৃথু" কৌই। ব্রহ্মানা নংগী খোইদোদগী পোকখি, অদুনা নহাক "হিরণ্যগর্ভ" কৌই। লাইশিংগী য়েক্নববু মাংহনবিবনা "শত্রুঘ্ন"

ঋতুঃ সুদর্শনঃ কালঃ পরমেষ্ঠী পরিগ্রহ ।
উগ্রঃ সম্বৎসরো দক্ষো বিশ্রামো বিশ্বদক্ষিণঃ ॥ ৪৫
বিস্তারঃ স্থাবরঃ স্থাণুঃ প্রমাণং বীজমব্যয়ম্ ।
অর্থোঽনর্থো মহাকোশো মহাভোগো মহাধনঃ ॥ ৪৬

---

কৌই । থবক থুদিংদা শিনবা থুংনা লৈবনা, তব নাম নহাক্কী মিং "ব্যাপ্ত" হায়না কৌই । নুংশিংকী মশক ওইবনসু নমিং "বায়ু" কৌই । ইবুংঙোগী নফমদা চংজখিবা কনামতনা ঙসি ফাওবদা লৈখা তাখিদ্রে, মরম অদুনা "অধোক্ষজ" হায়না কৌনরিবনি । ৪৪

ঋতু কয়াবু পুথোকপিবনা ভগবানগী নাম (মিং) "ঋতু" কৌই । ভক্তশিংদা দর্শন পিবিবনা নির্বাণ ওইহল্লি অদুনা "সুদর্শন" ন । মতম খোংচৎ মতুং ইন্না জীবশিংবু মশিং থিবনা "কাল" কৌই । থম্মোইগী মশক ওইবা আকাশ ওইবনা "পরমেষ্ঠী" হায়না কৌই । ভক্তশিংনা কৎপা পত্রপুষ্প, নহাক্না লৌবিবনা "পরিগ্রহ" কৌই । নুমিৎ-থা নচিংববু কিহনবিবনা "উগ্র" কৌই । প্রাণীশিংনা ইংনা-নুংঙাইনা ননাক্তা লৈজেবনা "সম্বৎসর" কৌই । তাইবংপান অসি য়েংশিনবিবনা "দক্ষ" কৌই । সংসার সমুদ্রদা লুপলবা জীবশিংবু অরাবদগী কনবিদুনা থোজানবিবনা "বিশ্রাম" কৌই । জগৎ অসি শেম্বদা হৈ-শিংবনা নহাকপু "বিশ্বদক্ষিণ" হায়না কৌনরি । ৪৫

জগৎ পুম্নমক অসি শিনবা থুংনা শন্দোকপিবনা সংসারনা নবু "বিস্তার" হায়না খংনৈ । অচৎ-চত্তা জীবশিংনা নংঙোন্দা লৈবনা "স্থাবর" কৌই । মতম অহুম্মক্তা শক্তম অমত্তা ওইনা লৈবনা

অনির্বিণ্ণ: স্থবিষ্ঠো ভূঃ ধর্ম্মযূপো মহামখঃ।
নক্ষত্রনেমির্নক্ষত্রী ক্ষমঃ ক্ষামঃ সমীহন ॥ ৪৭

"স্থাণু" কৌই। পোৎ খুদিংমক্কী প্রমাণ ওইবনা নংবু "প্রমাণ" কৌই। চরা-চর (অচৎ-চত্তা) শিংগী মরুগী মশক ওইবনা তব নাম "বীজমব্যয়" কৌই। নুঙাইবগী মশক লৌবিবনা "অর্থ" কৌই। অন্নচিংবগী অচৌবা কোষ ওইবনা "মহাকোষ" হায়না কৌই। নুংঙাইবগী মশক ওইবা অচৌবা ভোগ কয়াবু ভোগ তৌবা ঙম্বা ওইবনা "মহাভোগ" হায়না খংনরি। ভোগকী সাধন রূপ ওইবা লন ওইবনা ভগবান্! নহাকপু "মহাধন" হায়তুনা খংহনবি। ৪৬

কামনা (অপাম্বা) পুন্নমক্না মপুং ফাবা ওইবদগী "অনির্বিণ্ণ" কৌই। বিরাট রূপ ওইবিবনা প্রভু! নহাক্তি "স্থবিষ্ঠ" হায়না খংনৈ। পোকপা, শিবা, লৈতবনা "ভূ" কৌই। ধর্ম্মগী যূপ্বী ওইবিবনা "ধর্ম্মযূপ" কৌই। বিষ্ণু নহাক্কীদমক অচৌবা যজ্ঞ কয়া তৌনবনা (পাংথোক্নবনা) "মহামখ" কৌই। থরাম্মিচাক-শিংগী উংনবা (ধোরা) ওইবনা * "নেমি" কৌই। নক্ষত্রশিংগী মপু চন্দ্রমাগী মশক ওইবনা নহাক "নক্ষত্রী" নি। পৃথিবীগুম্না খুদিংমক খাংবা ঙম্বনা "ক্ষম" হায়না খংনৈ। আত্মাগী মশক ওইনা প্রাণী খুদিংদা লৈবনা "ক্ষাম" কৌই। সৃষ্টি শেম্নবগী তিরম পুথোক-পিবনা বিষ্ণু! নহাক্কী তব নাম "সমীহন" হায়না কৌই। ৪৭

---

* মন্তব্যঃ—নবমে চ চতুঃ ত্রিংশৎ দ্বি চত্বারি দশঃ। একাদশঃ পঞ্চমং চ সংখ্যা বিংশতি দ্বাদশে ॥ (অসুম্না অহোবস্নু লোইবস্নুনি)।

যজ্ঞ ইজ্যো মহেজ্যশ্চ ক্রতুঃ সত্রং সতাং-গতিঃ।
সর্ব্বদর্শী বিমুক্তাত্মা সর্ব্বজ্ঞো জ্ঞানমুত্তমম্॥ ৪৮
সুব্রতঃ সুমুখঃ সূক্ষ্মঃ সুঘোষঃ সুখদঃ সুহৃৎ।
মনোহরো জিতক্রোধো বীরবাহুঃ বিদারণঃ॥ ৪৯

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—যজ্ঞগী মশক লৌবনা ভগবান্! শ্রীবিষ্ণুবু * "যজ্ঞ" হায়না কৌনরি। শ্রীবিষ্ণু যজ্ঞ তৌনফম ওইবা শক্তমনি, অতুনা "ইজ্য" হায়না খংনরি। যজ্ঞগী মতিক চাবা দেবতা ওইবনা "মহেজ্য" হায়না খংনরি। যজ্ঞগী য়ুম্বীগী মশক ওইবনা ** "ক্রতু" হায়না খংনরি। যজ্ঞশিংবু ঙাকপিবনা "সত্র" কৌই। মহাত্মাশিংগী নহাক্না পাঙ্গলনি, অতুনা "সতাং-গতি" হায়না কৌনখি। পুম্নমকপু ভগবান্! বিষ্ণু নংনা চপ-মান্নবা য়েংবি, মরম অসিনা "সর্ব্বদর্শী" কৌই। স্বাভাবিক ওইনা ননিং-নখা তম্না লৈবনা ইবুংঙো নহাক্কী তব নাম "বিমুক্তাত্ম" হায়না কৌনরি। পুম্নমকপু খংবিবা ওম্বনা "সর্ব্বজ্ঞ" কৌই। খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞানবান ওইবনা নহাকপু জগৎ অসিদা "জ্ঞানমুত্তমম্" হায়না কৌনখি। ৪৮

কিদববু পিবিবনা (কিহন্দবনা) মিং "সুব্রত" হায়না কৌই। ভগবান্। শ্রীবিষ্ণুগী মাইথোং মকা-লামতুনতা লৈবনা ইবুংঙোবু "সুমুখ" হায়না কৌনখি। য়াম্না কুপ্পা মশক লৌবিবনা *** "সূক্ষ্ম"

---

টিপ্পনি—* যজ্ঞেন যজ্ঞ ময়জন্ত দেবাস্তানি ধর্ম্মাণি প্রথমান্যাসন্, তে হ নাকং মহিমানঃ সচন্ত, যত্র পূর্ব্বে সাধ্যাঃ সন্তি দেবাঃ॥

** ক্রতু হায়বদি যজ্ঞগী য়ুম্বী পশুবলী তৌরিঙৈদা শা-পুম্নবা য়ুম্বীবু খংনগনি। অতোপ্পা অমনা 'বিজয় স্তম্ভ' হায়নসু খংনগনি।

স্বাপণঃ স্ববশো ব্যাপী নৈকাত্মা নৈক-কর্ম্মকৃৎ।
বৎসরো বৎসলো বৎসী রত্নগর্ভো ধনেশ্বরঃ॥ ৫০

কৌনরি। তপ্পা (ইংনা মেংলবা) খোঞ্জেল নিংথিজবনা "সুঘোষ" কৌনরি। ভক্তশিংবু নুংঙাইহল্লি মরম অতুনা নহাকপু "সুখদ" হায়না কৌথি। রাখল স্বভাব ফজবনা "সুহৃৎ" (মরূপ) কৌনৈ। খুদিংমক পুক্নিং হুনা সুম্মৎপনা নংবু "মনোহর" কৌই। অশাওববু লাকশিনবিবা ওম্বনা মিং "জিতক্রোধ" হায়না কৌনখি। পাম্বোম-থৌনা লৈবনা "বীরবাহু" কৌই। ধর্ম্ম লৈতবশিংবু লাকশিনবিবনা বিষ্ণু নহাক্কী নাম (মিং) "বিদারণ" হায়না কৌনরিবনি। ৪৯

প্রাণীশিংবু সুমত্থনা থম্বনা ভগবান্! ইবুংঙোগী মিং "স্বাপণ" হায়না অতুম্না থংনৈ। মনিং-মথা তম্না লৈবনা "স্ববশ" কৌই। মফম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈবনা "ব্যাপী" কৌই। রূপ (শক্তম) কয়ামুক থোকপনা "নৈকাত্মা" কৌই। জগৎকী থবক কয়ামুক তৌবিবনা (পাংথোকপিবনা) বিষ্ণুবু "নৈক-কর্ম্মকৃৎ" হায়না কৌই। পুম্নমক্কা ভগবান্! নংঙোন্দা লেংদনা লৈজরুবনা "বৎসর" কৌই। ভক্তশিংবু চানবিবনা "বৎসল" থংনরি। বৎসগী (থৌজানগী) রূপ ওইবনা তব নাম "বৎসী" হায়না কৌনরি। গুণ পুম্নমক্কা নহাক্কী গর্ভদা লৈবনা ইবুংঙোগী তব নাম (মিং) "রত্নগর্ভ" হায়না কৌই। ধর্ম্মগী মশক 'লন' খুদিংমক্কী মপু ওইবনা "ধনেশ্বর" কৌই। ৫০

***সূক্ষ্ম—মতু থংগে হায়বদি মিৎনা য়েংদ্রবদি উবা ওমদবা বস্তু। 'অর্থাৎ পরমাত্মা' অসিসু সূক্ষ্ম ওইবা য়াম্না কুপ্পা মশক্নি।

ধর্ম্মগুগ্ ধর্ম্মকৃদ্-ধর্ম্মী সদসৎ-ক্ষর-মক্ষরম্।
অবিজ্ঞাতা সহস্রাংশুঃ বিধাতা কৃতলক্ষণঃ॥ ৫১

মণিপুরী ব্যাখ্যা—ধর্ম্ম রক্ষা তৌবনা ভগবান বিষ্ণুবু "ধর্ম্মগুগ্" হায়না কৌই। ধর্ম্মগী সংস্থান কয়া শেম্বিবনা তব নাম "ধর্ম্মকৃত্" কৌনরি। ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইনা লৈবিবনা বিষ্ণু নহাক্কী মিং "ধর্ম্মী" হায়না কৌই। *আত্মা অমদি দেহরূপ লৌবনা, সত্য অমসুং অসত্য ওইবিবনসু ভগবান ওইবা নহাকপু "সদসৎ" হায়না কৌই। প্রাণীশিংগী দেহ মাংনবনি, মরম অদুনা "ক্ষয়" হায়না খংনরিবনি। ভগবান শ্রীবিষ্ণুদা খেন্নবগী ভাব লৈতে অদুনা মহাক "অবিজ্ঞাতা" হায়না কৌই। নুমিৎকুম্মা (সূর্য্য) মণ্ডাল-মৈশা লৈবনা "সহস্রাংশু" কৌই। প্রাণী পুম্নমকপু নোংদম্বিবনা ইবুংঙো নহাক্কী মিং "বিধাতা" হায়না কৌনরি। ভগবানদি চৈতন্য রূপ ওইবনা "কৃতলক্ষণ" হায়না মনাই ভক্ত কয়ানা অসুম্না বিষ্ণুবু খংনরিবনি। ৫১

*টিপ্পনি—শ্রুতিঃ—যদাপ্নোতি যদাদত্তে যচ্চাস্তি বিষয়ানি হ। যচ্চাস্য সন্ততো ভাবঃ তস্মাৎ আত্মেতি কীর্ত্ত্যতে॥

শ্রুতিনা হায়রি—আত্মানা ফংলিবা লৌরিবা বিষয় তোঙান্না খংনরিবা পুম্নমক্কী ভাবতগী ওইরিবশিংদো আত্মা কৌই। অপানি পাদো জবণো গ্রহীতা, পশ্যত্যচক্ষঃ স শৃনোত্য কর্ণঃ, স বেত্তা বিশ্বং ন হি তস্য বেত্তা, তমাহু রাত্ত্যং পূরুষ-পুরাণং॥ *আত্মাদি মখোং পান্দে, য়ৌনিংবা য়োই; মমিৎ পান্দে, উদবা লৈতে; না পান্দে, তাদবসু লৈতে; খংই লোইনা খংদবসু লৈতে। সংসারনদি খংদে উদে; মরমসিনা আত্মাবু ইহান-হানবা 'পুরাণ পুরুষ' নি হায়রি।

গভস্তি-নেমিঃ সত্ত্বস্থঃ সিংহো ভূতঃ মহেশ্বর।
আদিদেবো মহাদেবো দেবেশো দেবভৃদ্-গুরুঃ॥ ৫২
উত্তরো গোপতিঃ গোপ্তা জ্ঞানগম্যঃ পুরাতনঃ।
শরীর-ভূতভৃদ্-ভোক্তা কপীন্দ্রো ভূরি-দক্ষিণঃ॥ ৫৩

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—সূর্য্যগুম্না লেংদনা লৈবনা "গভস্তি-নেমি" কৌই। সত্ব গুণগী মঙাল পিবিবনা "সত্বস্থ" কৌই। নোংশাগুম্না পাঙ্গলবনা (কনবনা) "সিংহ" কৌই। থরাই পানবশিংগী ঈশ্বর ওইবনা "ভূত-মহেশ্বর" গী মশক্কি থংনৈ। পুম্নমক্তগী অহানবা দেবতা ওইবনা "আদিদেব" কৌই। বিষ্ণুদগী হেনবা ঈশ্বর অমা লৈত্রে, অরম অছুনা সংসারসিদা "মহাদেব" কৌনরিবনি। দেবতাশিংগী মরক্তা প্রধান ওইবনা "দেবেশ" কৌই। জগৎপু য়োকপিথাকপিবনা "দেবভৃদ্" কৌই। পুম্নমকপু তাকপি-তম্বিবনা বিষ্ণুবু "গুরু" নি হায়না থংনরি। ৫২

পুম্নমক্তগী পুমহেন-হেনবনা "উত্তর" হায়না কৌই। ষণশিংবু শেনবিবনা "গোপতি" কৌই। জীবশিংবু ঙাকপিবনা "গোপ্তা" হায়না থংনরি। জ্ঞাননা মরম ওইহুনা থংগদবা ওইবনা নহাকপু "জ্ঞানগম্য" কৌই। ইহান-হানবনা নংবু "পুরাতন" হায়না কৌই। দেহ (হকচাং) বু য়োকথংপিবনা ভগবানগী মিং "শরীর-ভূতভৃদ্" কৌই। পরমানন্দবু ভোগ তৌবনা "ভোক্তা" হায়না কৌই। বানরশিংগীস্ু লাই ওইবনা "কপীন্দ্র" কৌই। ধর্ম্মগী মর্যাদা লৈবনা ভগবান শ্রীবিষ্ণুবু "ভূরি-দক্ষিণ" হায়না থংনরি। ৫৩

সোমপো ঽমৃতপঃ সোমঃ পুরুজিৎ পুরুসত্তমঃ ।
বিনয়ো জয়ঃ সত্যসন্ধো দাশার্হঃ সাত্বতাং পতিঃ ॥ ৫৪
জীবো বিনয়িতা সাক্ষী মুকুন্দো ঽমিত বিক্রমঃ ।
অম্ভোনিধিঃ অনন্তাত্মা মহোদধিশয়ো ঽন্তকঃ ॥ ৫৫

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—লাই ওইরগনসু 'সোম' থকপনা ভগবান্ ! নহাকপু "সোমপ" হায়না কৌনরিবানি। মোহিনী রূপ লৌরগা অমৃত পিথকপনা "অমৃতপ" হায়না কৌই। পুম্নমকপু চাওখৎহনবনা বিষ্ণুগী মিং "সোম" কৌই। পুম্নমকপু ঙম্বমা "পুরুজিৎ" কৌই। বিশ্বরূপ ওইবিবমা "পুরুসত্তম" কৌই। ফত্তবশিংবু দণ্ড পিবিবনা ইবু ঙোগী তব নাম "বিনয়" হায়না কৌই। ফত্তবশিংবু লাকশিনবিবনসু "জয়" কৌই। অচুম্বা রাশক ভাকপিবমা বিষ্ণুগী মিং "সত্যসন্ধ" হায়না কৌই। দান তৌফম মতিক চাবা ওইবনা "দাশাহ" হায়রুনা জগৎ পুম্বনা খংনখরে। যাদবশিংগী মপু ওইবনা বিষ্ণু নহাকপু "সাত্বতাং-পতি" হায়না কৌনরি। ৫৪

প্রাণশিংবু ধারণ তৌবনা ভগবানবু "জীব" হায়না কৌই। থোইদোক্না নোল্লুকপনা "বিনয়তা" কৌই। পুম্নমক্কী ধর্ম্ম, অধর্ম্ম, য়েংবিবনা "সাক্ষী" কৌই। পুম্নমক্তা মুক্তি পিবনা ইবুংঙোগী নামবু "মুকুন্দ" হায়না কৌই। থৌনা ফবনা নহাকপু "অমিত বিক্রম" কৌই। দেবতাশিংগী নিবাসস্থান ওইবনা "অম্ভোনিধি" সু কৌই। জীব খুদিংমক্তা শিনবা থুংনা লৈবনা "অনন্তাত্মা" হায়না কৌই। ক্ষীর সাগরদা তুম্বনা বিষ্ণু মাগী তব নাম "মহোদধি-শয়" কৌই। প্রাণী পুম্নমকপু মাংহনখিবনা "অন্তক" হায়না ভগবানবু খংনৈ। ৫৫

অজো মহার্হঃ স্বাভাব্যো জিতামিত্রঃ প্রমোদনঃ।
আনন্দো নন্দনঃ ধর্ম্ম-সত্যধর্ম্মাঃ ত্রিবিক্রমঃ॥ ৫৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—পোকপা লৈতবনা ভগবানগী মিং "অজ" হায়না কৌই। অচৌবা পূজা তৌনফম ওইবনা বিষ্ণুবু "মহার্হ" হায়না কৌনরি। নিত্য মতম খুদিংদা 'সিদ্ধ রূপ' ওইবনা "স্বভাব্য" কৌই। রাগ-দ্বেষনচিংববু জয় তৌবনা ইবুংঙোবু "জিতামিত্র" হায়না থংনৈ। জ্ঞানিশিংবু নুংঙাইবা ফংহনবনা মহাকপু "প্রমোদন" কৌই। মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইবা স্বরূপ ওইবনা ভগবান্! নংবু "আনন্দ" হায়না কৌই। পুন্নমকপু পেলহনবনা তব নাম "নন্দন" কৌই। ধর্ম্ম জ্ঞাননচিংবগী হিরমদা অশেংবা ওইবনা "ধর্ম্ম-সত্যধর্ম্ম" কৌই। * বামন-দেবগী রূপ (শক্তম) লৌবিবনা "ত্রিবিক্রম" হায়না শ্রীবিষ্ণুবু ভক্ত কয়ানা থংনরি কৌনরি। ৫৬

---

মন্তব্যঃ—তথাহি ১০।৬।২৯ ভাগবতে। * বলিগী মচনুপী রত্নমালানা মবুং বলিগী যজ্ঞমালাদা লেংঙক্লিবা ভগবান বামনবু রত্নমালানা উজরগা, মচাগী মতৌগুম ভগবান বামনবু 'অমৃত দান' তৌনিংখি। অন্তর্য্যামি ভগবাননা মাগী ইচ্ছা পূরণগীদমক ত্রেতাদা 'দশরথ মধ্যমা মহারাণী' কেকয়-রাণীনা রামবু চহী ১৪ বন চৎননবা শিল্লুরগা চৎহনখ্রে। অসুম্না রাম চহী ১৪ মপুং ফারদুনা হল্লক্লবদা অপোকপি মমা কৌশল্যাবু খুরুমলুদনা কেকয়দা হান্না খুরুমখি। রামনা হায়জখি—ইমা! ইমাগী কৃপানা নচা চহী ১৪ বন সেবা ফংজরুরে হায়না মমাগী মখোং শোক্না খুরুমজখি। কেকয় রাণীনা

মহর্ষিঃ কপিলাচার্যঃ কৃতজ্ঞো মেদিনী পতি।
ত্রিপদ স্ত্রিদশা ধ্যক্ষো মহাশৃঙ্গঃ কৃতান্তকৃৎ ॥ ৫৭
মহাবরাহো গোবিন্দঃ সুষেণঃ কনকাঙ্গদী।
গুহ্যো গভীরো গহনো গুপ্তশ্চক্রিঃ গদাধরঃ ॥ ৫৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—বেদশিংবু খংই মরম অতুনা "মহর্ষি-কপিল" হায়না কৌই। ধর্ম্ম খজিক্তং লৌবিবনা তব নাম "কৃতজ্ঞ" কৌই। পৃথিবীগী রক্ষক (ঙাকপিবা) ওইবনা "মেদিনীপতি" হায়না কৌই। ভগবান বিষ্ণুনা খোংফম অহুম্না মরোল অহুম্বু শক্তম লৌখিবনা "ত্রিপদ" কৌই। দেবতাশিংগী স্বামী ওইবনা "ত্রিদশাধ্যক্ষ" কৌখি। বারাহগী রূপ লৌবিখিবনা "মহাশৃঙ্গ" কৌই। সৃষ্টি অসি অমুক সংহার তৌবিবনা বিষ্ণুবু "কৃতান্তকৃৎ" হায়না কৌনরি। ৫৭

শ্রীবিষ্ণু ভগবাননা অচৌবা বরাহগী শক্তম (রূপ) লৌবিবনা ভক্ত খিবিক্না ইবুংঙো নহাক্কী তব নাম "মহাবরাহ" হায়না কৌই। বেদান্ত বাক্যগী বাণীনা খংবা ঙমগদবা ওইবনা নহাকপু "গোবিন্দ" কৌই। শেংলবা গুণশিংগী মশক ওইবিবনা নংবু "সুষেণ" হায়না খ্যাইনা কৌনখি। সনাগী ভুষননা লৈতেং ওইবনা "কনকাঙ্গদী" কৌই। মতম খুদিংদা য়াম্না থুপ্পা লৈবনা "গুহ্য" হায়না কৌনখি। জ্ঞান, ঐশ্বর্য্য কয়ানা তিনবনা বিষ্ণু মহাকপু "গভীর" কৌরিবনি।

---

থম্মোই নুংগী মৈচাক খাংঙমদনা (খংহৌদনা) পি তাখি। রাণীনা হায়—ইমাগী ইবুংঙো ! ইমা পেল্লে, লাও ইমা কোনগে। অসুম্না মচা রামবু চেজেৎ কোনতুনা খনখি 'রাম নংবু ইচা ওইনা ফংজগে' মরমশিংসিদগী দ্বাপুরদা "পুতনা" ওইতুনা কৃষ্ণদা অমৃত দান তৌগ্রে।

বেধাঃ স্বাঙ্গো-ঽজিতঃ কৃষ্ণো দৃঢ়ঃ সংকর্ষণো-ঽচ্যুতঃ।
বরুণো বারুণো বৃক্ষঃ পুষ্করাক্ষো মহামনাঃ॥ ৫৯

ভগবান্! শ্রীবিষ্ণুগী পাল্লেপফম থংবা অমদবনা মখিং "গন্ধন" হায়না কৌই। ভগবান্! অসি পুখিং অমসুং বাণীনা মরম ওইহনা ফংবা ঙম্ব। বস্তু (পোং) ওইদে, অহনা মহাকপু "গুপ্ত" হায়না কৌই। গদা অমসুং চক্র পায়বিবনা শ্রীবিষ্ণুবু "চক্রি-গদাধর" কৌখি। ৫৮

সৃষ্টিগী ধারণ তৌরিবনা নহাক্কী নাম (মিং) "বেধা" হায়না কৌই। নশক-নতৌ য়াম্বনা "স্বাঙ্গ" কৌই। কনা'মতনা নংবু লাকচবিনবা লৈতবনা "অজিৎ" হায়না কৌই। শ্যামবর্ণ ওইবনা অমসুং হকচাংগী কুচু শংবাম্বনা নহাকপু "কৃষ্ণ" হায়না কৌখি। ময়েং তাবা লৈতবা শক্তম ওইবনা "দৃঢ়" কৌই। প্রজা পুম্নমকপু ননাক্তা চিংশিন্দুনা থম্বনা ভগবান্! শ্রীবিষ্ণুগী মিং "সংকর্ষণ-অচ্যুত" হায়না থংনৈ। ঈশিংগী মরুন পুম্নমক্তা অধিষ্ঠাতৃ-দেবতা ওইবনা "বরুণ" কৌখি। *বশিষ্ঠগী রূপ লৌবিখিবনা নহাকপু "বারুণ" হায়না কৌই। উগী মতৌগুম্না লেংদনা লৈবনা "বৃক্ষ" কৌই। জীবশিংগী থম্মোইদা মঙাল ফংহনবিবনা ইবুংঙো বিষ্ণুগী তব নাম "পুষ্করাক্ষ" হায়না কৌখি। পুরিং মরুনা উৎপত্তি পালন, নাশ ওইহনবিরনা ভগবান্! নহাক্কী মিং "মহামনা" কৌনরিবনি। ৫৯

*মুনি বশিষ্ঠগী রূপ লৌবিহনা, অযোধ্যাপতি দশরথগী মরুমদা শনি ঠাকুরনা য়েংশিল্লকপদগী প্রতিকার তৌনবা তাকপিখিবা—"ত্বরে প্রজানাং রক্ষচ্ছ তস্মিন্‌ভিন্নে কুতঃ প্রজাঃ·····॥ অহুগুম্নবা শক্তম ওইখিবা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনি।

ভগবান্ ভগহা নন্দী বনমালী হলায়ুধঃ।
আদিত্যো জ্যোতি রাদিত্যঃ সহিষ্ণুঃ গতিসত্তমঃ ॥ ৬০
সুধন্বা খণ্ড-পরশুঃ দারুণো দ্রবিণপ্রদঃ।
দিবিস্পৃক্ সর্ব্বদৃগ্ ব্যাসো বাচস্পতি রয়োনিজঃ ॥ ৬১

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—পুন্নমক্কী পূজা তৌনফম ওইবনা "ভগবান" হায়না খংনরিবনি। প্রলয়গী মতমদা লোইনমক মাংহনবিবনা নহাকপু "ভগহা" হায়না কৌনথি। মুংঙাইবগী শক্তম (মশক) লৌবিবনা তব নাম "নন্দী" কৌই। বৈজন্তী মালা থোনবনা নম্নিং "বনমালী" কৌই। লাঙ্গোলবু খুৎলাই ওইনা পায়বনা "হলায়ুধ" হায়না কৌই। অদিতিগী মচা ওইনা পোকখিবনা নহাক অসি "আদিত্য" হায়না কৌনরি। মুমিত্তা মঙাল ফংহনবিবনা (পিবিবনা) শ্রীবিষ্ণুবু "জ্যোতিরাদিত্য" নি খংনরি। অরাবা, মুংঙাইবা কয়াবু খাংবিবনা "সহিষ্ণু" হায়না কৌই। পুন্নমক্তা অফবা লম্বী তাক-পিবনা ভগবান্! নহাকী নাম "গতিসত্তম" হায়না কৌই। ৬০

লিরুং পায়বনা বিষ্ণুবু "সুধন্বা" হায়না কৌই। পরশুরামগী শক্তি লৌবিবনা নহাকক্কী মিং "খণ্ডপরশু" কৌই। মতম পুন্নমক্তা তনৌ-তনৌনা লৈবনা ভগবানগী তব নাম "দারুণ" হায়না কৌই। পুক্লিংগী অনিংবা থুংহনবিবনা "দ্রাবিণপ্রদ" কৌই। স্বর্গগী মশক লৌবিবনা বিষ্ণুইবুংঙোগী নাম (মিং) "দিবিস্পৃক" হায়না কৌই। বেদ মরিমকপু শন্দোকপিবনা "সর্ব্বদৃগ্ব্যাস" কৌই। বিদ্যাগী মপু ওইবনা "বাচস্পতি" হায়না কৌই। যোনিদগী পোকপা নত্তবনা ভগবান্! বিষ্ণু নহাকপু "আয়োনিজ" নি হায়না খংনরি। ৬১

ত্রিসামা সামগঃ সাম-নির্বাণং ভেষজং ভিষক্ ।
সন্ন্যাস-কৃচ্ছমো শান্তো নিষ্ঠা শান্তিঃ পরায়ণঃ ॥ ৬২
শুভাঙ্গঃ শান্তিদঃ স্রষ্টা কুমুদঃ কুবলেশয়ঃ ।
গোহিতো গোপতিঃ গোপ্তা বৃষভাক্ষো বৃষপ্রিয়ঃ ॥ ৬৩

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—বেদ অহুমগী মন্ত্রনা স্তুতি তৌনফম ওইবনা ভগবান্ ! নহাকী মিং "ত্রিসামা" হায়না কৌই। সামবেদনা মরম ওইদুনা কির্তন পাংথোকবনা (তৌনবনা) নহাকপু "সামগ" কৌই। মতম পুম্নমক্তা পরমানন্দ ওইনা লৈবনা মিং "সাম-নির্বাণ" কৌই। ঔষধি (হিদাক) গী মশক ওইবনা শ্রীবিষ্ণুগী নাম "ভেষজ" কৌই। লাইয়েংবা মাইবগী রূপ (শক্তম) লৌবিবনা শ্রীভগবানবু "ভিষক" হায়না থংনরি। সন্ন্যাসগী আশ্রম লিংখৎপিবনা মিং "সন্ন্যাস-কৃত্" হায়না কৌই। খুদিংমক্তা শান্তি পিনবিবনা বিষ্ণু নহাকপু "শম" কৌই। অয়াম্বা মতমদা শান্তি রূপ ওইনা লৈবনা "শান্ত" কৌই। পুম্নমকী নহাক্তা (নংঙোন্দা) তুংনফম্মি, মরম অদুনা "নিষ্ঠা" কৌই। শান্ত স্বভাব ওইবনা শ্রীবিষ্ণুগী নামবু "শান্তি" হায়না থংনরিবনি। খুদিংমক্তা ফংবা য়াবা ওইবা শ্রীভগবান্ ! বিষ্ণু নহাকী তব নাম "পরায়ণ" হায়না অসুম্না কৌনখি। ৬২

ফজবা শক্তম ওইবনা ভগবান্ ! নহাক অসিগী মিং "শুভাঙ্গ" হায়দুনা খ্বাইনা থংনখি। জীব খুদিংদা শান্তি পি, মরম অদুনা "শান্তিদঃ" হায়না কৌখি। প্রজা পুম্নমকপু শেম্বিবনা নমিং "স্রষ্টা" কৌই। লীলা মথল কয়া শান্নবিবনা (পুথোকপিবনা) "কুমুদ" হায়না কৌখি। লীনগী মথক্তা হিপ্পনা "কুবলেশয়" হায়না কৌই।

অনিবর্ত্তী নিবৃত্তাত্মা সংক্ষেপ্তা ক্ষেম-কৃচ্ছিবঃ।
শ্রীবৎস-বক্ষাঃ শ্রীবাসঃ শ্রীপতিঃ শ্রীমতাম্বরঃ॥ ৬৪

শ।-বণশিংবু লুনা-চানমা থন বিবনা বিষ্ণু নহাকপু "গোহিত" হায়না কৌই। পৃথিবীগী মপু ওইবনা ভব মাগ (মিং) "গোপতি" কৌই। লোন্না য়াম্না থুপ্পা লৈবনা নহাকপু "গোপ্তা" হায়না কৌই। থোজাল য়াম্না লৈবনা "ঃষভাক্ষ" কৌখি। ধর্ম্মপ্রিয় ওইবনা নংবু "বৃষপ্রিয়" হায়না ভক্তশিংনা কৌনখিবনি। ৬৩

লাই, হিংচাবা, অনিগী লান্নফম তম দি ধর্ম্মদগী নহাক্না করিগুম্বা মতমদা মাই ওন্থোকখিদে, মরম অতুনা "অনিবর্ত্তী" হায়না কৌই। বিষয়-বাসনা খিবিক্তগী তোঙান্না লৈবনা মিং "নিবৃত্তাত্মা" কৌখি। সংসারবু য়াম্না কুপ্না থম্বিবনা শ্রীবিষ্ণুবু "সংক্ষেপ্তা" হায়না খংনরি। পুথোকশ্রবা বস্তু (পোৎ) শিংবু ঙাকপিবনা "ক্ষেমকৃত" কৌই। স্মরণনা পুন্নমকপু শেংদোকপনা "শিব" কৌই। থবাক্তা শ্রীবৎসগী চিহ্ন লৈবনা বিষ্ণু নহাক্কী মিং "শ্রীবৎস-বক্ষা" হায়না কৌনখিবনি। থম্মোই নুংদা লক্ষ্মীবু লেংদনা থম্বিবনা নহাকপু "শ্রীবাস" কৌখি। লক্ষ্মীগী চান্নথোইবা মবুংঙো ওইবনা "শ্রীপতি" কৌখি। সম্পত্তি পুন্নমক্কী অমদি ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্না ভিনবনম্ব অনম্বুং পুন্নমক্তগী হেনবা (অথোইবা) ওইবনা "শ্রীমতাম্বর" হায়বা মিংথোন্না জগৎ পুম্ববু খংহনবিখি অমদি নুংশি চানবিখি। ৬৪

উপনিষদনা ভাক্তি—প্রাক্ কর্ম্মফল পাকেনাবর্ত্তান্তর কীটবদ্ বিশ্রান্তিং নৈব গচ্ছতি। সৎ কর্ম্ম পরিপাকতো বহুনাং জন্ম নামন্তে নৃনাং মোক্ষেচ্ছা জায়তে॥ লাইবক ফবগী পুক্রিদা ভক্তি ৎৌনংই।

শ্রীদঃ শ্রীশঃ শ্রীনিবাসঃ শ্রীনিধিঃ শ্রীবিভাবনঃ।
শ্রীধরঃ শ্রীকরঃ শ্রেয়ঃ শ্রীমন্-লোকত্রয়াশ্রয়ঃ ॥ ৬৫
স্বক্ষঃ স্বঙ্গঃ শতানন্দো নন্দির্জ্যোতির্গণেশ্বরঃ।
বিজিতাত্মা বিধেয়াত্মা সৎকীর্ত্তিঃ ছিন্ন-সংশয়ঃ ॥ ৬৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—লনগী মবেম্মা লক্ষ্মীবু পিনবিবনা (পুথোক-পিবনা) তব নাম "শ্রীদঃ" হায়না কৌই। লক্ষ্মীগী কান্ত (চ.ন্নবা) ওইবনা "শ্রীশ" কৌই। লক্ষ্মীগী থম্মোইদা লেংদনা লৈবনা নমিং "শ্রীনিবাস" কৌই। লক্ষ্মীগী লৈফম ওইবনা নহাকপু "শ্রীনিধি" কর্ম্মগী মতুং ইন্না বৈভব পিবিবনা "শ্রীবিভাবন" হায়না কৌই। জগৎ-মাতা লক্ষ্মীবু ধারণ তৌবিবনা ভগবান্! বিষ্ণুবু "শ্রীধর" হায়না কৌই। উপাসনা তৌবশিংদা মঙ্গল পিবিবনা "শ্রীকর" কৌই। জীবশিংবু থৌজানবিবনা শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী মিং "শ্রেয়" হায়নসু থংনখি। লক্ষ্মীবান্ ওইবনা ভগবানগী তব নাম "শ্রীমান্" কৌই। মরোল অহুম্মকী মপু ওইবিবনা "লোকাশ্রয়" কৌই। ৬৫

নয়ন থম্বাল (মিত্তা) ফজবনা "স্বক্ষ" কৌই। শাওং-শাদা (মুর্ত্তি) চাবনসু "স্বঙ্গ" কৌই। শক্লোন-শক্তম য়াম্বনা, "শতানন্দ" কৌই। পরমানন্দ রূপ ওইবনা "নন্দি" কৌই। নক্ষত্রনচিংবা গ্রহশিংগী ঈশ্বর ওইবনা "জ্যোতির্গণেশ্বর" কৌই। বনবু বিজয় তৌবনা "বিজিতাত্মা" কৌই। নহাক্কী আত্মাস্বরূপ কনামত্তনা খংবা ঙমদে মরম'তুনা "বিধেয়াত্মা" কৌখি। অশেংবা, অচুম্বা, মিংচৎ ফংবনা "সৎকীর্ত্তি" কৌখি। জীবশিংগী চিংনবা মাংহনবনা, ভগবান্! বিষ্ণু নহাক্কী তব নাম (মিং) "ছিন্ন-সংশয়" হায়না কৌনখিবনি। ৬৬

উদীর্ণঃ সর্ব্বত-শ্চক্ষু ঃ হনীশঃ শাশ্বতঃ স্থিরঃ।
ভূশয়ো ভূষণো ভূতি বিশোকঃ শোক-নাশনঃ॥ ৬৭
অর্চিষ্মান্ অর্চিতঃ কুম্ভো বিশুদ্ধাত্মা বিশোধনঃ।
অনিরুদ্ধো হপ্রতিরথঃ প্রত্যুম্নো হমিত-বিক্রমঃ॥ ৬৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—থোইদোক-হেন্দোকপা ওইবনা "উদীর্ণ" কৌই। পুম্নমকপু উবি-থংবিবনা "সর্ব্বত-শ্চক্ষু" কৌই। কনাগুম্বা অমদা চংজফম লৈতবনা "অনীশ" কৌই। নশক হোংদবনা "শাশ্বত-স্থির" কৌই। লৈপাক্তা হিপ্পনা "ভূশয়" কৌই। পৃথিবীবু লৈতেংবিবনা "ভূষণ" কৌই। অচৎ-চত্তা জীবশিংদা বিভূতি ওইনা লৈবনা শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী মিং "ভূতি" হায়না কৌনরি। অরা-অনা লৈতবনা "বিশোক" কৌই। ভক্তশিংগী অরাবা কয়া ইরাই-লাইনা নহাক্না কোকপিবনা "শোক-নাশন" হায়না কৌই। ৬৭

মুমিৎ, থানচিংবগী মঙাল ওইবিবনা বিষ্ণু নহাকপু "অর্চিষ্মান্" কৌই। ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা ইবুংঙো নহাকপু পূজা তৌনবনা (পাংথোক্লবনা) "অর্চিত" হায়না কৌই। শ্রীবিষ্ণু ওইবা নঙোন্দা পদার্থশিংনা তিনফম ওইবনা "কুম্ভ" কৌই। বিশুদ্ধ আত্মা ওইবনা ভগবান নহাকপু "বিশুদ্ধাত্মা" হায়না কৌই। পাপ মাংহনবিবনা তব নাম "বিশোধন" কৌই। য়েক্লবনা নহাকপু অপনবা পিবা ঙমদবনা "অনিরুদ্ধ" কৌই। সংসারদা নহাক্কী য়েক্লবা অমত্তা লৈতবনা "অপ্রতিরথ" কৌই। লন লৈবনা "প্রত্যুম্ন" কৌই। চাংদম্লিংঙাই লৈতবনা "অমিত-বিক্রম" হায়না কৌনরিবনি। ৬৮

কালনেমি-নিহা বীরঃ শৌরিঃ শূরজনেশ্বরঃ।
ত্রিলোকাত্মা ত্রিলোকেশঃ কেশবঃ কেশিহা-হরিঃ ॥ ৬৯
কামদেবঃ কামপালঃ কামী-কান্তঃ কৃতাগমঃ।
অনির্দেশ্য-বপুঃ বিষ্ণু-বীরো হনন্তো ধনঞ্জয়ঃ ॥ ৭০

মণিপুরী ব্যাখ্যা—কালনেমি কৌবা হিংচাবা হাৎপনা নংবু "কালনেমি-নিহা" হায়না কৌই। পাঙ্গল থৌনা ফবনা, জগৎনা "বীর" হায়নসু খংনরি। থৌনা ফবা শাগৈদা পোকপনা "শৌরি" কৌই। অকুন-অথৌ পুম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবনা "শূর-জনেশ্বর" হায়না কৌই। ময়োল অহুম্মক্কী ভগবান্দি অন্তরাত্মানি, মরম অদুনা বিষ্ণু নহাকপু "ত্রিলোকাত্মা" কৌই। ময়োল অহুম্মক্কী ঈশ্বর ওইবনা "ত্রিলোকেশ" কৌই। নুমিৎ থাগী মঙান্না ইরুংঙোগী শরম ওইবনা "কেশব" কৌই। কেশী কৌবা হিংচাবা হাৎপনা "কেশিহা" কৌই। সংসারবু হরণ তৌবনা (শুক্ষাৎপনা) "হরি" কৌই। ৬৯

অপাম্বা কয়ানা তিনবনা "কামদেব" কৌই। কামীশিংগী (পামজবশিংগী) অপাম্বা খুদিংমক ফংহনবি মরম অদুনা "কামপাল" কৌই। কামনা (অপাম্বা) খুদিংমক থুংহনবনা "কামী" কৌই। গোপীনাথ ওইবিবনা "কান্ত" কৌই। শ্রুতি-স্মৃতিগী মশক ওইবা শক্তম ওইবনা "কৃতাগম" কৌই। শিংথাবদা লোইবা নাইদ্রবা অঙকপা হকচাংনা দিব্য শরীর ওইবনা "অনির্দেশ্য-বপু" কৌই। মফম খুদিংদা লৈবনা "বিষ্ণু" কৌই। পরাক্রমী (কনবনা) "বীর" কৌই। মফম, মতম, পোৎ, খুদিংমক্তা লৈবনা "অনন্ত" কৌই। মপান নাইদ্রবা লনশিংবু জয় তৌবনা নমিং "ধনঞ্জয়" কৌই। ৭০

ব্রহ্মণ্যো ব্রহ্মকৃদ্ ব্রহ্মা ব্রহ্ম ব্রহ্মবিবর্ধনঃ।
ব্রহ্মবিদ্ ব্রাহ্মণো ব্রহ্মী ব্রহ্মজ্ঞো ব্রাহ্মণপ্রিয়ঃ॥ ৭১
মহাক্রমো মহাকর্ম্মা মহাতেজা মহোরগঃ।
মহাক্রতুঃ মহাযজ্বা মহাযজ্ঞো মহাহবিঃ॥ ৭২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—তপ-বেদ, জ্ঞানগী অধিকারী ওইবনা নমিং "ব্রহ্মণ্য" কৌই। তপনচিংবা কয়াবু তৌবিবনা "ব্রহ্মকৃদ্" কৌই। ব্রহ্মগী মশক লৌরগা জগৎ শেম্বিবনা "ব্রহ্মা" কৌই। সত্যনা তিনবা বৃহৎ রূপ ওইবনা "ব্রহ্ম" কৌই। তপনচিংবা কয়াবু হেনগৎহনবিবনা "ব্রহ্মবিবর্ধন" কৌই। বেদ অমসুং বেদার্থবু খংবিবনা "ব্রহ্মবিদ্" কৌই। বেদগী পাউত্তাক পিবিবনা "ব্রাহ্মণ" কৌই। বেদনচিংবশিং অসি মহাক্কী মশক্কি, অদুনা "ব্রহ্মী" কৌই। আত্মাগী তত্ত্ব-জ্ঞান তাকপিবনা "ব্রহ্মজ্ঞ" কৌই। বেদ খংবশিংনা মহাকপু লুনা তৌই, মরম অসিনা লোকনা "ব্রাহ্মণপ্রিয়" হায়না কৌই। ৭১

বামনদেব ওইনা খোংনেৎ পিখিবনা মহাক্কু "মহাক্রম" কৌই। অচৌবা কর্ম্ম কয়া তৌবা ওম্বনা "মহাকর্ম্মা" কৌই। নুমিৎনচিংবাশিংনা ইবুংঙোগী তেজ (মঙান) ওইবনা "মহাতেজা" হায়না কৌই। করিগুম্বদা শেষ-রূপ ওইবনা মহাক্কী তব নাম (মিং) "মহোরগ" হায়না খংনরিবনি। অচৌবা যজ্ঞশিংগী মশক ওইরমগু মহাকপু "মহাক্রতু" হায়না কৌনৈ। অশ্বমেধনচিংবা তৌরুনবনা শ্রীবিষ্ণুবু "মহাযজ্বা" কৌই। যজ্ঞগী মশক ওইবনা বিষ্ণুবু "মহাযজ্ঞ" কৌই। প্রলয়গী মতমদা জগৎ পুম্নমক অসি মংগী মবুক্তা লোইনা থম্বনা ভগবান! মহাকপু জগৎনা "মহাহবি" হায়না কৌনরিবনি। ৭২

স্তব্যঃ স্তবপ্রিয়ঃ স্তোত্রং স্তুতিঃ স্তোতা রণপ্রিয়ঃ।
পূর্ণঃ পুরয়িতা পুণ্যঃ পুণ্যকীর্তি-হনাময় ॥ ৭৩
মনোজীবঃ তীর্থকরো বসুরেতা বসুপ্রদঃ।
বসুপ্রদো বাসুদেবো বসু র্বসুমনা হবিঃ ॥ ৭৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—স্তুতি তৌবদা অথোইবা লাই ওইবনা "স্তব্য" কৌই। স্তুতি অসি নংগী পামজবনি, অতুনা "স্তবপ্রিয়" কৌই। স্তুতি পাঠনা মরম ওইহনা স্তুতি তৌফম থোকপসি নংনি, মরম অসিদগী জগৎনা "স্তোত্র" কৌনখি। স্তুতি তৌরিবতুসু নংনি, অতুনা "স্তোতা" কৌই। খুৎলাই মঙানা প্রাণী শংবু কনবি, অতুনা "রণপ্রিয়" কৌই। থবক অনাদি শক্তি কয়ানা তিনবনা "পূর্ণ" কৌই। মীওইবগী অপাম্বা থুংহনবিবনা মিং "পুরয়িতা" কৌই; পাপ মাংহনবিবনা "পাপনাশক" কৌই। অশেংবা মিংচৎ লৈবনা ভগবান্! বিষ্ণু নহাক্কী তব নাম "পূর্ণ্যকীর্তি" কৌই। নংগী ওইবা শক্তি য়াওদবনা ইবুংঙোগী মিং "অনাময়" হায়না কৌই। ৭৩

পুক্নিংগুম্বা লমজেল য়াংবনা নমিং "মনোজীব" হায়না খংনৈ। বেদনচিংবা বিদ্যাবু তীর্থরূপ ওইহনবনা "তীর্থকর" হায়না কৌই। সনাগুম্বা বীর্যনা নহাক্কী ওইবনা "বসুরেতা" কৌই। লন পিবা ঙম্বা ওইবনা "বসুপ্রদ" কৌই। মোক্ষ পিবা ঙম্বা ওইবনসু নমিং "বসুপ্রদ" হায়না কৌনৈ। বসুদেবগী মচা ওইবনা মিং "বাসুদেব" কৌই। চরা-চর (অচৎ-চত্তা) জীবশিংনা নংঙোন্দা লৈবনা "বসু" কৌই। পুন্নমক্তা নংগী পুক্নিং থম্বিবনা ভগবান নহাকপু "বসুমনা" হায়নসু কৌনরিবনি। যজ্ঞনচিংবা হিরম খিবিক্তা থরাই য়াম্না য়াওবিবনা বিষ্ণু নহাক্কী তব নাম (মিং) "হবি" হায়না কৌই। ৭৪

সদ্গতিঃ সৎকৃতিঃ সত্ত্বা সদ্ভূতিঃ সদ্পরায়ণঃ।
শূরসেনো যতুশ্রেষ্ঠঃ সন্নিবাসঃ সুয়ামুনঃ॥ ৭৫
ভূতাবাসো বাসুদেবঃ সর্ব্বাসু নিলয়ো-ঽনলঃ।
দর্পহা দর্প-দৃপ্তো দুর্ধরো-ঽপরাজিতঃ॥ ৭৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মহাত্মাশিংদা মোক্ষ পিবিবনা "সদ্গতি" কৌই। জগৎপু ঙাকপিবনা "সৎকৃতিঃ" কৌই। অচৌ-অপিক খাইদবনা "সত্ত্বা" কৌই। পুম্নমক নহাক্কী নশক ঙাক্তা ওইবনা "সদ্ভূতি" কৌই। তাংলবা মতম্গী শরুক ওইবনা শ্রীবিষ্ণুগী মিং মিং "সদ্পরায়ণ" কৌই। থৌনা ফবা কয়ামুক্কী লাম্মীনা তিনবনা "শূরসেন" কৌই। যতু শাগৈদা অথোইবা ওইবনা "যতুশ্রেষ্ঠ" কৌই। বিদ্বানশিংগী চংজফম ওইবনা "সন্নিবাস" কৌই। যমুনা মপান্দা ইবুংঙোনা শান্নবনা তব নাম "সুয়ামুন" হায়না কৌই। ৭৫

প্রাণী পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবনা "ভূতাবাস" কৌই। জগৎ পুম্বসে নহাক্কী মায়ানা কুপ্পুনা থম্বনস্থু "বাসুদেব" হায়না খংনরি। শ্রীবিষ্ণুদা জীবাত্মাশিংগী শক্তি লৈবনা মিং "সর্ব্বাসু নিলয়ো-ঽনল" হায়না কৌই। নাপন খুদিংমক মাংহনবিবনা "দর্পহা" কৌই। ধর্ম্ম লৈত্তবশিংগী নাপন মাংহনবনা "দর্প" কৌই। নসাগী অমৃতবু আস্বাদন তৌবনস্থু "দৃপ্ত" হায়না কৌইদো। য়াম্না রানা থম্মোইদা ধ্যান তৌফম ওইবনা, মরম অদুনা জগৎনা তব নাম (মিং) "দুর্ধর" হায়না কৌনখি। কনাগুম্বা অমনা নহাকপু খক মাইথিবা পিবা ঙমখিদে, মরম অসিনা ভগবান্। বিষ্ণুবু "অপরাজিত" কৌই। ৭৬

বিশ্বমূর্ত্তি মহামূর্ত্তিঃ দীপ্তমূর্ত্তি-রমূর্ত্তিমান্।
অনেকমূর্ত্তিঃ অব্যক্তঃ শতমূর্ত্তিঃ শতাননঃ॥ ৭৭
একো নৈকঃ সর্ব্বকঃ কিম্-যত্তৎ পদমনুত্তমম্।
লোকবন্ধুঃ লোকনাথো মাধবো ভক্তবৎসলঃ॥ ৭৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—পুম্নমক্কী আত্মা ওইবনা "বিশ্বমূর্ত্তি" কৌই। পাক-চাওবা মূর্ত্তি ওইবনা "মহামূর্ত্তি" কৌই। নতিক-নত্তাল লৈবা মূর্ত্তি ওইবনা "দীপ্তমূর্ত্তি" কৌই। মফম খুদিদা শরা শনবনা নমিং "মূর্ত্তিমান্" কৌই। অবতার কয়া লৌবনা "অনেকমূর্ত্তি" কৌই। শক্তম কয়া পুথোকপনা "অব্যক্ত" কৌই। মশিং থিত্তমদ্রবা মূর্ত্তি কয়া লৌবনা "শতমূর্ত্তি" কৌই। মাইথোং কয়া মরুম পানবনা মিং "শতানন" হায়না ভক্তশিংনা (লৌনরিবনি) খংনরিবনি। ৭৭

অমর ওইবনা বিষ্ণু নহাক্কী মিং "এক" কৌই। মখল-মথা কয়ামুক থোকপনা "নৈক" কৌই। সোম (থা) গী রূপ লৌবিবনা অমদি মুংঙ্গাইবা শক্তক লৌবিবনসু বিষ্ণু নহাকপু "সর্ব্বক" হায়না কৌনখি। পুরুষার্থ পুম্নমক্কী মশক ওইবনা "কিম" হায়না কৌই। ফংফম থোকপা স্বতসিদ্ধ ওইবনা মিং "যত" কৌখি। জ্ঞান কয়াবু হেনগৎ-হনবিবনা "তন" হায়না খংনরি কৌনরি। খ্বাইদগী হেনবা মফম ওইবনা "পদমনুত্তম" কৌখি। পুম্নমক্কী মরুপ ওইবনা বিষ্ণু নহাক্কী মিং "লোকবন্ধু" কৌখি। লোইনমক্কী মপু ওইবনা তব নাম "লোকনাথ" কৌখি। শ্রীলক্ষ্মীগী পতি (মপুরোইবা) ওইবনা নমিং "মাধব" কৌনরিবনি। ভক্তশিংগী মথা পোনবনা (ভক্ত ধ্রুববু চানবিখিবনা) "ভক্তবৎসল" হায়না ভগবান্! বিষ্ণুবু কৌনৈ। ৭৮

সুবর্ণ-বর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গঃ চন্দনাঙ্গদী।
বীরহা বিষমঃ শূন্যো হধৃতাষী হচলঃ চলঃ॥ ৭৯
অমানী মানদো মান্যো লোকস্বামী ত্রিলোকধৃক্।
সুমেধা মেধজো ধন্যঃ সত্যমেধা ধরাধরঃ॥ ৮০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—সনাগী কুচুনা তমজবনা তব নাম "সুবর্ণবর্ণ" কৌইনে। সনা অহিংবগী মচু মানবা হকচাং ওইবনা মিং "হেমাঙ্গ" কৌইদো। অথোইবা হকচাং ওইবনা "বরাঙ্গ" কৌই। চন্দননা হকচাংগী লৈতেং ওইবনা "চন্দনাঙ্গদ।" কৌই। নমাংদা অকনবা লৈতবনা "বীরহা" কৌই। প্রমাণ লৈতবা, উবা ফংদবনা "বিষম" কৌই। দোষ পিকম লৈতবনা "শূন্য" কৌইনে। নশামক্রা সিদ্ধ ওইবনা "অধৃতাষী" কৌনরি। মতম খুদিংমক্তা রস অমত্তা ওইনা লৈবনা "অচল" কৌই। নুংশিৎকী মশক লৌবিবনা (লেংবা চৎপনা) ভগবান্! বিষ্ণু নহাক্কী মিং "চল" হায়না থংনরি। ৭৯

নাপন য়াওদবনা "অমানী" কৌই। নাপন মাংহনবা ওস্বনা "মানদ" কৌই। পূজা তৌনফম ওইবনা "মান্যঃ" কৌই। মরোল অহুম্মকপু ঙাকপিবনা বিষ্ণু ইবুংঙোবু "লোকস্বামী" হায়না কৌই। মরোল অহুম্মকপু পুবিবনা "ত্রিলোকধৃক্" হায়না কৌনৈ। বুদ্ধি লৌশিং চঙ্খোনবনা নহাক্কী মিং "সুমেধা" কৌই। যজ্ঞনচিংবা মফমদা প্রকট তৌবিবনা "মেধজ" কৌই। ভগবান্! নংঙোন্দগী পুথোকখিবশিংবু চংজফম পিবনা "ধন্য" হায়না কৌই। তৌবিমল খংবিবনা তব নাম "সত্যমেধা" হায়না কৌনখি। শেষকী মশক লৌবিরগা পৃথিবীবু ধারণ তৌবিবনা "ধরাধর" হায়না কৌই। ৮০

তেজোবৃষো দ্যুতিধর সর্ব্বঃ শস্ত্রভৃতাং-ববঃ।
প্রগ্রহো নিগ্রহো ব্যগ্রো নৈকশৃঙ্গো গদাগ্রজঃ ॥ ৮১
চতুর্মূর্তিঃ চতুর্বাহুঃ চতুর্ব্যূহঃ চতুর্গতিঃ।
চতুরাত্মা চতুর্ভাবঃ চতুর্বেদ বিদেকপাৎ ॥ ৮২

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—অদিত্য মশ (নুমিৎকী মশক) ওইবনা মিং "তেজোবৃষ" হায়না কৌই। তেজপুত্র (মঙানগী মচা) ওইবনা ভগবান্। শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী নামবু "দ্যুতিধর" হায়না কৌইলে। খুৎলাই পাযবশিংগী মবক্ত অথোইব্বা ওইবনা মিং "শস্ত্রভৃতাম্বর" হায়না কৌই। ভক্তশিংগী পুজা লৌবিবনা নহাকপু "প্রগ্রহ" কৌই। পুম্নমক লাকশিনবিবনা অব নাম "নিগ্রহ" হাযনা কৌই। পুক্লিংগী অপাম্বা মহৈ পিবিবনা ইবুংঙো নহাকপু "ব্যগ্র"ক্ত যম্না কৌই। নচি য়াম্না লোৎবনা নমিং "নৈকশৃঙ্গ" হাযনা কৌইদো। বলদেবগী শক্তম লৌবিবনা বিষ্ণু নহাকপু "গদাগ্রজ" কৌই। ৮১

শক্তম মবি শুবনা বিষ্ণু নহাক্কী নাগ অসি "চতুর্মূর্তি" কৌই। পাম্বোম মবি পানবনা ভগবান্! নংগী নমিং "চতুর্বাহু" হাযনা কৌনবি। মশ (শক্তম) মবি থংবনা নহাকপু "চতুর্ব্যূহ" কৌই। বেদ মবিমক্কী খোংচৎ ওইবনা ইবুংঙোগী মিং "চতুর্বেদ" হাযনা কৌই। য়ম্না হৈথোই-শিংথে ইব ওইবনা "চতুরাত্ম" কৌই। ভাবনা (রাখল) মবি শুবনা শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী মিং "চতুর্ভাব" হাযনা কৌনৈ। বেদ মবি থংবিবনা নমিং "চতুর্বেদবিৎ" হায়না কৌই। খোংফম খুদাফম অনত্তা ওইবনা "একপাত" হাযনা কৌই। ৮২

সমাবর্ত্তো নিবৃত্তাত্মা দুর্জ্জয়ো দুরতিক্রমঃ।
দুর্লভো দুর্গমো দুর্গো দুরাবাসো দুরারিহা ॥ ৮৩
শুভাঙ্গো লোকসারঙ্গঃ সুতন্তুঃ তন্তুবর্দ্ধনঃ।
ইন্দ্রকর্ম্মা মহাকর্ম্মা কৃতকর্ম্মা কৃতাগমঃ ॥ ৮৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—সংসার অসি নহাক্না ওইহল্লিবনি, অদুনা তব নাম "সমাবর্ত্ত" হায়না কৌই। পুম্নমক্কী তোঙানবনা নমিং "নিবৃত্তাত্মা" কৌই। কনানাতনা লাকচবা ঙমদে অদুনা "দুর্জয়" কৌই। পুম্নমকসি নহাক্কী নথা পোন্না থাখিবনা নমিং "দুরতিক্রম" হায়না কৌনরি। ভগবান্! শ্রীবিষ্ণু নহাকপু য়াম্না রানা ফংবনা "দুর্লভ" কৌই। য়াম্না রানা চৎলি, মরম অদুনা ইকুংঙোম্মী নমিং "দুর্গম" হায়না খংনরিবনি। থম্মোইগী মশক ওইবা জানবদা নহাক্না লৈ, মরম অদুনা "দুর্গ" হায়না খংনখি। সমাধিনা মরম ওইদুনা ফংনবা তাম্নবদা য়াম্না রানৈ, মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণুগী নামবু "দুরাবাস" হায়না খংনৈ। ফত্তরবা মীশিংবু মাংহনবিরম্না নমিং "দুরারিহা" হায়না অস্নুম্না কৌনখি, হে ভগবান্! নহাকপু। ৮৩

নিংথিবা শক্তম লৌবিরবনা "শুভাঙ্গ" কৌই। ওঁ কারগী মশক ওইবনা "লোকসারঙ্গ" কৌই। লোক কয়ামুকপু পোস্থিবনা নমিং "সুতন্তু" কৌই। সংসার অসিবু চাওথহনবিবনা নমিং "তন্তুবর্দ্ধন" কৌরিবনি। অচৌ-অচৌব থবক কয়া পাংথোকপনা "ইন্দ্রকর্ম্মা" কৌই। তৌঙমদবা থবক তৌওমবনা নমিং "মহাকর্ম্মা" কৌখি। থবক থৌরম কয়ামুক তৌরিখিবনা "কৃতকর্ম্মা" হায়না কৌনখি। বেদশিং অসি নহাক্না পুথোকপিরম্না "কৃতাগম" কৌখিয়ে। ৮৪

উদ্ভবঃ সুন্দরঃ সুন্দো রত্ননাভঃ সুলোচনঃ।
অর্কো বাজসনঃ শৃঙ্গী জয়ন্তঃ সর্ব্ব বিজ্জয়ী॥ ৮৫
সুবর্ণবিন্দুঃ অক্ষোভ্যঃ সর্ব্ববাগী সুরেশ্বরঃ।
মহাহ্রদো মহাগর্তো মহাভূতো মহানিধিঃ॥ ৮৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মমল য়াম্লবা (তাংলবা) পুন্সি লোঁবিবনা "উদ্ভব" হায়না খংনৈ। শক-হেনবা শকফম ওইবনা (তিনবনা) নহাক্কী মিং "সুন্দর" (শক-হেনবা) হায়দুনা কৌনৈ। থুদিংমক্তা থৌজালগী মিংয়েং তাবিবনা নাম "সুন্দ" কৌখি। মণি-মুক্তাগুম নিংথিজরবা খোইদৌনা, ভগবান্! নহাক্কী ওইবন জগৎ জীবনা "রত্ননাভ" হায়না নমিং থোনখিদো। ফজরবা (তরু-তরুরবা) মিংসা থম্বালগুম ওইবনা "সুলোচন" হায়না থোনখিবনি। ব্রহ্মা-নচিংবা লাইশিংনা পুজা তৌনবনসু "অর্ক" কৌখি। জীবশিংদা অন্ন-দান তৌবিবনা "বাজসন" হায়না কৌই। ঙাগী অবতার তৌবিখিবনা "শৃঙ্গী" কৌই। ফত্তবশিংবু জয় তৌবিবনা তব নাম "জয়ন্ত" হায়না খংনখি। জ্ঞানবান ওইবিবনা "সর্ব্ব" কৌনরি। হিংচাবশিংবু জয় তৌবিবনা নহাকপু "বিজ্জয়ী" হায়না কৌই। ৮৫

চুং-ফিরান চাবনা "সুবর্ণবিন্দু" কৌই। মতম পুম্নমক্তা য়াবা লৈতবনা "অক্ষোভ্য" কৌই। ব্রহ্মানচিংবা লাই পুম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবিবনসু "সর্ব্ববাগী সুরেশ্বর" কৌই। তীর্থগী মশক ওইবিবনা "মহাহ্রদ" কৌখি। মায়াগী মপু ওইবনা "মহাগর্ত" কৌখিবনি। খ্বাইদগী চাওবা ওইবনা "মহাভূত" কৌখি। অয়াম্বা লনগী লঙ্কে ওইবনা শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী তব নাম "মহানিধি" হায়না কৌনখি। ৮৬

কুমুদঃ কুন্দরঃ কুন্দঃ পর্জন্যঃ পবনো-ঽনিলঃ।
অমৃতাংশো-ঽমৃতবপুঃ সর্ব্বজ্ঞঃ সবর্তোমুখঃ॥ ৮৭
সুলভঃ সুব্রতঃ সিদ্ধঃ শত্রুজিদ্ শত্রুতাপনঃ।
ন্যগ্রোধো ঽডুম্বরো শ্বত্থঃ চাণূরান্ধ্র নিষুদনঃ॥ ৮৮

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—পৃথিবীগী অরুম্বা কোকপিবনা, বিষ্ণুগী মিং "কুমুদ" হায়না কৌখি। কুন্দপুষ্পগা মাননা নিংথিজবনা "কুন্দর" কৌই। য়াম্না ফজবা লুবা হকচাং ওইবনা নমিং "কুন্দ" কৌই। ইন্দ্রগী অরাবা কোকহনবিখিবনা তব নাম "পর্জন্য" হায়না কৌই। নুংশিংকী মশক লৌবিবনা "পবন" কৌই। কনাগুম্ববু থবক্তা পুক্রিং চংহনবনা "অনিল" কৌই। অমৃত পান তৌবনা (থকপনা) "অমৃতাংশ" কৌই। শিবা নাইদবা হকচাং ওইবনা (লৌবিবনা) "অমৃতবপূ" কৌই। পুম্নমকপু থংবিবা ওম্বনা ইবুংঙোগী মিং "সর্ব্বজ্ঞ" হায়না থংনরিবনি। মাইকৈ খুদিংমক্তা, মাই ওইনবনা ভগবান্! বিষ্ণু নহাক্কী মিং "সবর্তোমুখ" হায়না কৌনরিবনি। ৮৭

ভক্তিনা মরম ওইদুনা লাইনা ফংবা ওম্বনা "সুলভ" কৌই। ফজবা বিচার রাখল তৌবিবনা মিং "সুব্রত" হায়না কৌনখিবনি। নিংখা তম্বনা "সিদ্ধ" কৌই। য়েক্লবশিংবু লাকশিনবা ওম্বনা নাম "শত্রুজিত" কৌই। য়েক্লবশিংবু লাংতকনহনবনা "শত্রুতাপন" কৌই। নহাক্কী মায়ানা জগৎ শিনবা থুংবনা "ন্যগ্রোধ" কৌই। চেং-চাকনচিংবা চিঙ্গাক্না য়োকপিবনা "উডুম্বর" কৌই। পুম্নমক্তগী কুইরবা ওইবনা মিং "অশ্বত্থ" কৌই। অন্ধ্রদেশকী চাণুর ওইবনা "চাণুরান্ধ্র-নিষুদন" হায়না ভগবান নহাকপু খংনরিবনি। ৮৮

সহস্রার্চিঃ সপ্তজিহ্বঃ সপ্তৈধাঃ সপ্তবাহনঃ ।
অমূর্ত্তিঃ অনঘোঽচিন্ত্যো ভয়কৃদ্ ভয়নাশনঃ ॥ ৮৯
অণু-র্বৃহৎ কৃশঃ স্থূলো গুণভৃ-নির্গুণো-মহান্ ।
অধৃতঃ স্বধৃতঃ স্বাস্যঃ প্রাগ্বংশো বংশবর্দ্ধনঃ ॥ ৯০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা--মশিং থিঙ্গমদ্রবা নুমিৎকী মঙান কয়ানা তিনবনা "সহস্রার্চিঃ" হায়না কৌই । কালী, করালী, মনোজবা, সুলোহিতা, ধুম্রবর্ণা, স্ফুলিংগনী, বিশ্বরুচি অমিনচিংবা লৈয়েং তরেৎ অমি ভগবান্ ! বিষ্ণুগী লৈয়েংনি অদুনা মিং "সপ্তজিহ্বঃ" কৌই । যজ্ঞগী শিংলম তরেৎ ওইরনা "সপ্তৈধাঃ" কৌই । সপ্ত কৌবা শগোল নত্রগা মৈগী মশাক ওইবা বাহন তরেৎ তোংবনা বিষ্ণুবু "সপ্তবাহনঃ" কৌই । মওং মতৌ মূর্ত্তি (শক্তম) লৈতবনা নমিং "অমূর্ত্তি" কৌই । পাপ পক্তবনা বিষ্ণুগী নাম "অনঘ" কৌই । ভগবান্ ! শ্রীবিষ্ণুগী মরমদা জীব কনামতনা খংবা উবা ঙমদে, মরম অদুনা "অচিন্ত্য" হায়নসু কৌই । ধর্ম্ম লৈতবশিংবু কিহনবনা "ভয়কৃত্" কৌইদো । ভক্তশিংগী অকিবা মাংহনবিবনা নহাকী মিং "ভয়নাশন" হায়না খংনরিবনি । ৮৯

শক উবা ঙমদবনা শ্রীভগবানগী নাম "অণু" কৌই । ব্রহ্মাণ্ড অমিদা শিনবা ঙম্না লৈবনা "বৃহৎ" কৌই । খাংবা (লুমদবা) পোং ওইবনা "কৃশ" কৌই । পুম্নমকী আত্মা ওইবনা মিং "স্থূল" সত্ব, রজ, তম, গুণ অহুমসি লৌবিবনা "গুণভৃত" কৌই । গুণ রহিত ওইবিবনসু "নির্গুণ" কৌই । খ্বাই পুম্নমকী পূজা তৌনফম

ভারভৃৎ কথিতো যোগী যোগীশঃ সর্ব্বকামদঃ।
আশ্রমঃ শ্রমণঃ ক্ষামঃ স্থপর্ণো বায়ুবাহনঃ॥ ৯১

ওইবনা "মহান্" কৌই। নিরাধারনি (তুংনফম লৈতবা) অতুনা "অধৃত" কৌই। বিষ্ণুনা আত্মাবু ধারণ তৌবনা "স্বধৃত" কৌই। ফজবা মাইথোং অমদি বেদগী মশক ওইবা শ্রীমুখদগী (চিন্দগী) থোকখিবন ভগবানগী নাম "স্বাস্থ" হায়না কৌই। ব্রহ্মানচিংবা লাই ময়াম ভগবান্দগী থোকখিবনা মিং "প্রাগ্বংশ" হায়না কৌই। বংশ কয়ামুকপু শন্দোকপিবনা "বংশবর্দ্ধন" হায়না কৌই। ৯০

পৃথিবীগী ভারবু ধারণ তৌবিবনা "ভারভৃত্" হায়নসু কৌই। বেদ পুম্নমক্না বিষ্ণুগী গুণবু শকলি, অতুনা "কথিত" হায়না কৌই। যোগদা মশাগী (বিষ্ণুগী) আত্মাবু ধারণ তৌবনা "যোগী" কৌই। যোগীশিংগী মপু ওইবিবনসু "যোগীশ" কৌই। কামনা (অপাম্বা) খুদিংমক প্রদান তৌবিবনা "সর্ব্বকামদ" হায়না কৌই। জীবশিংগী আশ্রয় তৌফম ওইবনা "আশ্রম" হায়নসু খংনৈ। জ্ঞান লৈতবা পাপীশিংবু লাকনবী, অতুনা নহাকী নমিং "শ্রমণ" হায়না কৌই। আত্মাগী মশক ওইনা প্রাণী খুদিংদা লৈবিরগা, অহেনববু ময়েং তাহনবনসু ইবুংঙোগী মিং "ক্ষাম" হায়না খংনখিবনি। সংসারগী মশক ওইবা উপালগী, নহাক্না ফজরবা বেদগী মশক ওইবা উনানি, মরম অতুনা "স্থপর্ণ" হায়না কৌনরি। শ্রীভগবান বিষ্ণুবু কীবদগী সুংশিংপু লেপ্তুনা, স্বর হোন্দোক-হোজিন তৌনা হিংহনবা মরমনা, বিষ্ণুগী মিংবু "বায়ুবাহন" হায়তুনসু জগৎ পুম্বনা কৌনরি। ৯১

ধনুর্ধরো ধনুর্বেদো দণ্ডো দময়িতা দমঃ।
অপরাজিতঃ সর্ব্বসহো নিয়ন্তা-২নিয়মো-২য়মঃ ॥ ৯২
সত্ত্ববান্ সাত্ত্বিকঃ সত্যঃ সত্যধর্ম্ম পরায়ণঃ।
অভিপ্রায়ঃ প্রিয়া-র্হোহর্হঃ প্রীতিবর্দ্ধনঃ ॥ ৯৩

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—রামগী রূপ লৌবিরগা লিরুং পায়বনা নমিং "ধনুর্ধর" কৌই। ধনুর্বেদবু নিংথিনা থংবিবনা ভগবানবু "ধনুর্বেদ" কৌই। ফত্তবশিংগী মফমদা দণ্ডগী মশক ওইবনা "দণ্ড" কৌই। পাপীশিংবু লাক্লবনা "দময়িতা" কৌনরিবনি। দণ্ডনা থবক্কী মশক তাকপনা "দম" কৌই। য়েক্লবনা লাকচবা ঙমদবগীসু "অপরাজিত" কৌই। য়েকরশিংনা মাংদা থাংবা ঙম্বনা "সর্ব্বসহ" কাল্লনা কৌই। মীপুম খুদিংমকপু শিন্থা পিবিবনা "নিয়ন্তা" কৌই। বিষ্ণুদা শিন্থা পিবা ঙমদবনা "অনিয়ম" কৌই। পাপ তৌবশিংবু দণ্ডি পিবদা নত্তনা শিরা নাবা লৈতবনা, বিষ্ণুগী মিংবু "যম" হায়না কৌই। ৯২

শৌর্যনচিংবা সত্ত্ব কয়াম্লুক লৈবনা "সত্ত্ববান্" কৌই। সত্ত্বগুণদা লেংদনা লৈবনা "সাত্ত্বিক" কৌই। থবক থৌরম পাংথোকপিবা, লেংদনা লিয়নদা লৈরিবদুদমকসু "সত্য" কৌনৈ। বেদদা ইরিবা সত্য ধর্ম্ম ঙাকপিবনা "সত্যধর্ম্ম পরায়ণ" কৌই। পুরুষার্থ পামজবশিংবু চানরিবা, প্রলয়গী মতমদা জগৎসি পুম্নপা তিলহনবিখিবনা "অভিপ্রায়" কৌই। মঙ্গল লৈবা পোৎকী পাল্লা ওইবনা "প্রিয়া" কৌই। জীবশিংগী মপু ওইবনা "অর্হ" কৌই। পুজা তৌজবিবশিংবু পেনজনবিবনা "প্রিয়কৃৎ" কৌই। পুজা তৌজরিবা শিংবু অদুপনরা ওইজনবনসু ইকুংঙোবু "প্রীতিবর্দ্ধন" কৌই। ৯৩

বিহায়স-গতি়ঃ জ্যোতিঃ সুরুচিঃ হুতভুগ্-বিভূঃ।
রবি-র্বিরোচনঃ সূর্য্যঃ সবিতা রবি-লোচনঃ ॥ ৯৪
অনন্তো হুতভুগ্-ভোক্তা সুখদো নৈকজো-ঽগ্রজঃ।
অনির্বিণ্ণঃ সদামর্ষী লোকা-ধিষ্ঠান-মদ্ভুতঃ ॥ ৯৫

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—সূর্য্যগী মশক লোয়রগা আকাশতা ঙানরবনা "বিহায়স-গতি" কৌই। নশাগী নঙাল্না নখস্তা ঙাঙ্গবনা "জ্যোতি" কৌই। নিংথিরবা নঙান কয়া তিনবনা "সুরুচি" হায়না কৌই। যজ্ঞনচিংবদা কৎলিবা পোৎ (হবি) বু মৈগী মুর্ত্তি ওইদুনা চাকই, মবম অতুনা "হুতভুগ্" কৌই। মতম লৈবা খিবিক্তা নৌতুনতা লৈবনা "বিভু" কৌই। পৃথিবীদা তুংলিবা মহিলাংবা পোৎশি বু চুপখৎপনা "রবি" কৌই। মতম লৈবা খিবিক্তা ঙান্দুনতা লৈবনা "বিরোচন" কৌই। লক্ষ্মী (লন) বু পিবিবনসু "সূর্য্য" কৌই। জগৎ শেম্বিবনা "সবিতা" কৌই। মুমিংনা মিং ওইবনা বিষ্ণুগী নান "রবি-লোচন" হায়না ভক্ত কয়ানা শেম্নরিবনি। ৯৪

নিত্য শুদ্ধরূপ (মতম খুদিংদা অশেংবা শক্তম) ওইনা লেংদনা লৈবা মরমনা "অনন্ত" কৌই। হোমদা কৎপা পদার্থ শংবু চাবনসু "হুতভুগ্" কৌই। হৈপাল লৈপালশিংবুসু নংনা মচিঞ্জাক পিবিবনা "ভোক্তা" কৌই। ভক্তশিংদা মোক্ষগী মশক ওইবা নুংঙাইবা মহৈ পিবিবনা "সুখদ" কৌই। ধর্ম্ম ঙাক্‌বগীদমক শক্লোন কয়া লৌবনা "নৈকজ" কৌই। শ্রুতিনা তাক্লি—পুম্নমতগী হান্না পোকখিবনা নমিং "অগ্রজ" কৌই। থবক খুদিংমক্তা মপুং ফাবা মুর্ত্তি ওইবনা "অনির্বিণ্ণ" কৌই। সাধু-সন্ত খিবিকী মরালবু তত্তনা ঙাকপিবনা

সনৎ সনাতন-তমঃ কপিলঃ কপি-রব্যয়ঃ।
স্বস্তিদঃ স্বস্তিকৃৎ স্বস্তি স্বস্তিভুক্ স্বস্তি-দক্ষিণঃ॥ ৯৬

---

"সদামর্ষী" হায়নস্সু কৌই। লোক-পরলোক পুম্নমক্কী অমত্তা ভাইরবা আধারনা ওইনা তৌবনা "লোকা-ধিষ্ঠান" হায়না কৌই। ভগবান শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী অঙকপা কয়না তিল্লিবনি, মরম অদুনা ইবুংঙোগী তব নাম (মিং) "অদ্ভুত" হায়না কৌনরিবশিনি। ৯৫

মতম খুদিংদা রস অমত্তা ওইনা লৈবনা শ্রীভগবান নহাক্কী মিং "সনৎ" হায়না খংনরিবনি। ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংদগী হেন্না নংনা কুইরবা (অরিবা) ওইবনা তব নাম "সনাতন-তম" হায়না কৌই। বড়বানল (সমুদ্র মনুংদা লৈবা মৈ অমুবা মখল অমা) গা মান্নবা মৈগী মশক লৌবিবনা ইবুংঙোগী মিং "কপিল" হায়দুনা কৌনখি। নঙান কয়ানা ঈশিংনচিংবা রস থিবিকপু থকপনা (ময়েং তাহনবনা) "কপি" হায়না কৌই। প্রলয়গী মতমদস্সু নশক নওং কাইদবনা (মাংদবনা) শ্রীবিষ্ণুগী নাম "অব্যয়" হায়না কৌই। ভক্তশিংদা মঙ্গল প্রদান তৌবিবনস্সু "স্বস্তিদ" কৌই। জীব পুম্নমক্তা মঙ্গল পিনবিবনা "স্বস্তিকৃৎ" হায়না খংনৈ। মশামক মঙ্গলগী মশক ওইনা লৈবিবনা "স্বস্তি" কৌই। মঙ্গলগী মশক ওইবা আনন্দবু ভোগ তৌবিবনা "স্বস্তিভুক্" কৌই। মঙ্গলগী মশক ওইবা ধর্ম্মবু হেনগৎহনবিবা মরমনা, শ্রীবিষ্ণু নহাকপু "স্বস্তি-দক্ষিণ" হায়না কৌই। ৯৬

---

টিপ্পনি—বেদনা প্রমান তৌরম্লবা হায়বসিদি বিধি লৈররোই খংগনি। আচার (চৎনবি) হায়বসিদি স্মৃতিনি হায়না লৌগনি।

অরৌদ্রঃ কুণ্ডলী চক্রী বিক্রম্যূর্জ্জিত-শাসনঃ।
শব্দাতিগঃ শব্দসহঃ শিশিরঃ সর্ব্বরীকরঃ॥ ৯৭
অক্রূরঃ পেশলো দক্ষো দক্ষিণঃ ক্ষমিণাম্বরঃ।
বিদ্বত্তমো বীতভয়ঃ পুণ্য শ্রবণ কীর্ত্তনঃ॥ ৯৮

মণিপুরী ব্যাখ্যা—অপাম্বা খুদংমক মপুং ফাবা লৈবা অমসুং রাগদ্বেষনচিংবা অমত্তা য়াওদবনা "অরৌদ্র" কৌই। অনন্তগী মশক লৌবিবনা "কুণ্ডলী" কৌই। লোক রক্ষাগীদমক চক্র পায়বিবনা "চক্রী" কৌই। বামন রূপ লৌবিবনা অমদি মপান নাইত্রবা বীর্য্য কয়ানা তিমবনা "বিক্রমী" কৌই। * শ্রুতি, স্মৃতিগী মশক ওইবা আজ্ঞাগী রূপ লৌবিবনা "উর্জ্জিত-শাসন" কৌই। খোঞ্জেল্লা মরম ওইতুনা থাগৎপগী লোইবা নাইবা লৈতে, মরম অসিনা "শব্দাতিগ" কৌই। বেদনা থাগৎলি, মরমতুনা "শব্দসহ" কৌই। অম্নাবা মখল অক্ষয়া অরাবা তারবা জীবশিংগী চংজফম পিবনা "শিশির" কৌই। সংসারিশিংদা আত্মজ্ঞানগী মশক ওইবা নিশা, জ্ঞানিশিংদা সংসারগী মশক ওইবসু নিশা পিবিবনা নমিং "সর্ব্বরীকর" হায়না কৌই। ৯৭

সামগ্রি (পোৎ পুম্নমক্কী তুংনফম) ওইবনা "অক্রূর" কৌই। কর্ম্ম, মন অমদি য়াথংনা মরম ওইতুনা হকচাংবু নিংথিহল্লি, মরম অসিদগী "পেশল" কৌই। হৈশিংবনা "দক্ষ" কৌই। কৈশিংবা-শিংগী মরক্তসু থোইদোক-হেন্দোকপনা "দক্ষিণ" হায়না কৌনরি।

টিপ্পনি—* শ্রুতি স্মৃতি বিরোধে তু শ্রুতিরেব গরীয়সি। সামান্য শাস্ত্রাৎ বিধি শাস্ত্রং প্রামান্যং॥ বেদগা স্মৃতি শাস্ত্রগা পন্নরক্লবদি শ্রুতি (বেদ) না অথোইবনি।

উত্তারণো দুষ্কৃতিহা পুণ্যো দুঃস্বপ্ন-নাশনঃ।
বীরহা রক্ষণঃ সন্তো জীবনঃ পর্য্যবস্থিতঃ॥ ৯৯

ঙাকপি-হৈবা যোগীশিংগী ১স্নুং পৃথিবীদা লৈরিবশিংদগীসু অথোই-অহেনবা ওইবনা "ক্ষমিণাম্বর" কৌই। মতম খুদিংমক্তা পুম্নমক্না উবা ফংনব্না বস্তু (পোৎ) ওইনা লৈবনা "বিদ্বত্তম" হায়না কৌই। সংসারগী অকিবনা চংবা ঙমদবা মফম ওইবনসু "বীতভয়" কৌই। ভগবান শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী চরিত্র অমদি নামবু শক-শোঞ্জরগা পূণ্য ফংবা ঙম্মি, মরম অসিনা তুব নামবু "শ্রবণ-কীর্ত্তন" কৌই। ৯৮

তাইবংপানবদা লৈরিবা জীবশিংবু, (সংসার সমুদ্রদগী) নহাক্না লানবিবা মরমনা, শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী মিং "উত্তারণ" হায়না কৌই। জীবশিংগী পাপপু মাংহনবিবনা "দুষ্কৃতিহা" কৌই। নহাক্কী নামবু শোঞ্জরিবশিংদা পুণ্য ফংহনবনা "পূণ্য" কৌই। মীওইবগী মং-হাদা ফত্তনা উরবা-পুবা মাংহনবিবা ঙম্বনা "দুঃ স্বপ্ন-নাশন" কৌই। নপাঙ্কল নথৌনাশিংবু অমুক লৌশিনবা মরম্না, হে ভগবান! বিষ্ণু ইবুংঙো নহাক্কী নাম (মিং) বু ভক্তশিংনা "বীরহা" হায়না কৌই। সত্ব গুণদা লেংদনা লৈরগা জীবশিংবু রক্ষা তৌবিখি, মরম অদুনা "রক্ষণ" কৌখি। অফবা লম্বীদা চৎপা সাধু-সন্ত ওইনা বিদ্যা অমসুং বিনয়বু হেনগৎ-হনখি, মরম অদুনা ভগবান নহাকপু "সন্ত" হায়না থংনখিবনি। প্রাণগী মশক ওইনা জীবশিংগী হকচাংদা লৈবিরগা হিংহল্লি, মরম অদুনা ইবুংঙোগী মিং "জীবন" কৌই। মাইকৈ খুদিংদা শিনবা থুংনা (জগৎ শিনবা থুংনা) লৈ, মরম অদুনা শ্রীভগবান নহাক্কী নাম (মিং) "পর্য্যবস্থিত" হায়দুনা শোম্নরি। ৯৯

অনন্তরূপো ঽনন্ত-শ্রী র্জিতমন্যুঃ ভয়াপহঃ।
চতুরস্রো গম্ভীরাত্মা ব্যাদিশো দিশঃ॥ ১০০

অনাদির্ভূর্ভুবো লক্ষ্মীঃ সুবীরো রুচিরাঙ্গদঃ।
জননী জনজন্মাদি ভীমো ভীম-পরাক্রমঃ॥ ১০১

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—চাংজো নাইত্রবা শক্তম লৌবিরগা সংসারগী মাইকৈ খুদিংমক্তা লেংদনা লৈবিবনা "অনন্তরূপ" কৌই। চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা শক্তিনা তিনবা শক্তম অমা ওইবনসু শ্রীভগবানগী মিং "অনন্ত শ্রী" কৌখি। অশাওবমু লাকশিনবা ওম্বনা তব নাম "জিতমন্যু" কৌইদো। সংসারগী অকিবা খুদিংমক মাংহনবিবনা "ভয়াপহ" কৌই। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষবু প্রদান পিনবিখি, মরম অতুনা "চতুরস্র" কৌইদো। ব্রহ্মামক্কা নহাক্কী চিং-লম্লবা আশ্রয়বু খংবা ঙমখিদবনা "গম্ভীরাত্মা" কৌখি। অধিকারিশিংগী মফমদা মখল-মখাগী ফল পিবিখিবনা "বিদিশ" কৌইনে। নহাক্কা মাইকৈ ১০০গী শক ওইবিবনা "দিশ" হায়না কৌনরিবনিনে। ১০০

শ্রীবিষ্ণুদগী অহানবা লৈতবনা "অনাদি" কৌই। পৃথিবীগী তুংনফম (আধার) ভূঃ ভুব স্ব মরোল অহুম্মক্কী লঙ্গৈ ওইবিবনসু "লক্ষ্মী" কৌখি। অফবা ময়াথং ওইবনা "সুবীর" হায়না কৌই। ফজরবা লৈতেং বাজুবন্দ (ফিজেৎ) থোনবনা "রুচিরাঙ্গদ" কৌই। জীবশিংবু পোকপিবনা "জননী" কৌখি। জীবশিংদগী মীওইবগী জন্মগীসু আদিকারণ ওইবনা "জনজন্মাদি" কৌই। ফত্তবা লীচৎ চৎপশিংগী মফমদা অকিবা ফংহনবনসু "ভীম" কৌই। হিংচাবাশিংবু অকিবা ফংনা লাকশিনবনা "ভীম-পরাক্রম" কৌই। ১০১

আধার নিলয়ো ধাতা পুষ্পহাসঃ প্রজাগরঃ।
উর্দ্ধগঃ সৎপথাচারঃ প্রাণদঃ প্রণবঃ পণঃ॥ ১০২
প্রমাণং প্রাণ-নিলয়ঃ প্রাণভৃৎ প্রাণজীবনঃ।
তত্ত্বং তত্ত্ব বিদেকাত্মা জন্মমৃত্যুঃ জরাতিগঃ॥ ১০৩

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—পঞ্চভূতশিংগী তুংনফম (আধার) পী মশক ওইবিবনা "আধার-নিলয়" কৌই। ভগবানগী দি আধার লৈতে নিরাধারনি, মরম অসিদগী "অধাতা" কৌই। লৈগুম্না সংসার অসি ফুগাইনা শাক্কাইজনবিবনা "পুষ্পহাস" কৌই। মতম পুম্নমক্তা জাগ্রৎ অবস্থাদা লৈবনা "প্রজাগর" কৌথি। পুম্নমক্কী রাংনা লৈবনা "উর্দ্ধগ" কৌই। সত্য পুরুষগী মার্গদা চৎলি, মরম অসিনা "সৎপথাচার" কৌই। মৃত্যুদা অমুক প্রাণ হাঙ্গা ওইনা "প্রাণদ" হায়নসু খংনরি। ওঁ কারগী মশক ওইবনসু বিষ্ণুবু "প্রণব" কৌই। মতিক চাবা ব্যবহার ঙাকপনা নমিং "পণ" হায়না কৌনরি। ১০২

বেদগী মশক ওইবা প্রমাণ কংবনসু বিষ্ণুবু "প্রমাণ" কৌই। ইন্দ্রিয়শিংগী তুংনফম ওইবনা "প্রাণ-নিলয়" কৌই। প্রাণ পুম্নমক য়োকখৎপিবনা "প্রাণভৃৎ" কৌই। জীবশিংবু প্রাণগী মশক ওইবা নুংশিৎনা হিংহনবিবনা "প্রাণজীবন" হায়না কৌই। ব্রহ্মাগী মশক ওইবিবনা "তত্ত্ব" কৌই। ভগবান্! নশানা নশাবু খংজবা ওইনা "তত্ত্ববিৎ" কৌই। অমত্তা ঙাইরবা আত্মাগী মশক ওইবনা নমিং "একাত্মা" কৌই। পোকপা, শিবা অমসুং অহল ওইবা মতৌদগী লাপ্না লৈবনা (উবা ফংবা লৈতবনা) ভগবান্! শ্রীবিষ্ণু নহাক্কী তব নাম "জন্মমৃত্যু-জরাতিগ" হায়না কৌনরিবনিনে। ১০৩

ভূর্ভুবঃ স্বস্ত-রুস্তারঃ সপিতা প্রপিতামহঃ।
যজ্ঞো যজ্ঞপতিঃ যজ্বা যজ্ঞাঙ্গো যজ্ঞ-বাহনঃ ॥ ১০৪
যজ্ঞভৃদ্ যজ্ঞকৃদ্-যজ্ঞী যজ্ঞভুগ্ যজ্ঞসাধনঃ।
যজ্ঞান্তকৃৎ যজ্ঞগুহ্য-মন্ন-মন্নাদ এব চ ॥ ১০৫

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—প্রাণীশিংবু পাপ কয়াদগী লানবিবনা নমিং "ভূর্ভুবস্বস্তার" হায়নৈ। নাম সংকীর্ত্তন তনা সংসারবু লানবিবনা "তার" কৌই। জীব পুন্নমক্কী মপী-মপা ওইবিবনা মিং "সপিতা" কৌই। ব্রহ্মাগীসু পিতা ওইবনা "প্রপিতামহ" কৌনৈ। মতম খুদিংমক্তা যজ্ঞগী মশক ওইতুনা লৈবিবনা "যজ্ঞ" কৌইদো। যজ্ঞ পুন্নমকপু ঙাকপিবনা "যজ্ঞপতি" কৌই। যজমানগী মশক ওইনা লৈবিখিবনসু "যজ্বা" কৌই। যজ্ঞ হায়বা অসিমক নহাক্কী অঙ্গ ওইবনা "যজ্ঞাঙ্গ" কৌইদো। ফল (মহৈ) পুন্নমক্কী মরু ওইরিবা যজ্ঞশিংগী থৌবু ওইবিবনা বিষ্ণুবু "যজ্ঞবাহন" হায়না কৌই। ১০৪

যজ্ঞ পুন্নমক ঙাকপিবনা নাম "যজ্ঞভৃত্" কৌই। যজ্ঞ পুন্নমক তৌবিখিবা মপু ওইবিবনা "যজ্ঞকৃত্" কৌই। যজ্ঞ তৌরিবশিংগী ঙাকপি-শেনবিবনসু "যজ্ঞ" কৌই। যজ্ঞদা হোম তৌরিবা পুন্নমক চাবনা "যজ্ঞভুগ্" কৌই। যজ্ঞগী সাধন পুন্নমক ফংবনা শ্রীবিষ্ণুবু "যজ্ঞসাধন" কৌই। যজ্ঞগী অরোইবা দেবতাগী মশক ওইবিবনসু "যজ্ঞান্তকৃত্" কৌই। জ্ঞানগী মশক ওইবা যজ্ঞ পাংথোকপিবনা "যজ্ঞগুহ্য" কৌইদো। জীব পুন্নমক অন্ন ভোগ তৌরগা হিংহল্লি, মরম অসিনা "অন্ন" কৌই। অন্ন ভোগ তৌবিবনা হে ভগবান্! বিষ্ণুদেব ইবুংঙোবু "অন্নাদ" হায়না জগৎনা থংনরিবনিদো। ১০৫

আত্মযোনিঃ স্বয়ং-জাতো বৈখানঃ সামগায়নঃ।
দেবকী-নন্দনঃ স্রষ্টা ক্ষিতীশঃ পাপ-নাশনঃ॥ ১০৬
শঙ্খভৃত্ নন্দকী চক্রী শার্ঙ্গধন্বা গদাধরঃ।
রথাঙ্গ-পাণি-রক্ষোভ্যঃ সর্ব্ব প্রহরণায়ুধঃ॥ ১০৭
সর্ব্ব প্রহরণায়ুধঃ হরি ওঁ নমো নমঃ॥

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীভগবান বিষ্ণু ইবুংঙো দি মশা মতোমতা চোংথোকচরকখিবনি, মরম অদুনা মহাক্কী নাম (মিং) "আত্মযোনি" হায়না কৌইদো। প্রকৃতিগী মশক ওইনা জন্ম ওইবিবনা বিষ্ণুবু "স্বয়ম্-জাত" হায়না খংনরিবনি। পৃথিবী লৈন্নুংদা 'হিরণ্যাক্ষ' কৌবা হিংচাববু বধ তৌখিবনা শ্রীভগবানগী নাম "বৈখান" হায়না কৌনরিবনি। সামবেদ অসি ভগবানগী শ্রীমুখদগী শকখিবনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মিং ভক্তশিংনা "সামগায়ন" হায়না খংনখি। দেবকীগী মচা ওইবিখিবনা "দেবকী-নন্দন" হায়না কৌনরিবনি। লোক পুম্নমকপু শ্রীভগবান মহাক্না শেম্বিখি, মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণুবু "স্রষ্টা" হায়না কৌখিদো। পৃথিবীগী নিংথৌ (মপু) ওইবিখিবনা "ক্ষিতীশ" হায়না কৌখি। ইবুংঙোগী নাম স্মরণ অমদি ধ্যান্তনা পাপ পুম্বা কোক্লবা ওইবনা তব নাম "পাপ-নাশন" কৌই। ১০৬

বিষ্ণুদেব! মহাক্তি পাঞ্চজন্য শঙ্খ ধারণ তৌবি, মরম অসিনা মহাক্কী মিং "শঙ্খভৃত" হায়না কৌখিবনি। বিদ্যাময় নন্দক কৌবা থাংবু ধারণ তৌবিবনা তব নাম "নন্দকী" হায়না কৌখিদো। মনস্তত্বাত্মক ওইবা সুদর্শণ-চক্র ধারণ তৌবিবনা শ্রীভগবান মহাক্কী নাম (মিং) "চক্রী" হায়না কৌখি। ইন্দ্রিয়নচিংবা অহংকারাত্মক

ওইবা লিরুং পায়বিবনা ভগবানগী নাম "শার্ঙ্গধন্বা" হায়না কৌই। বুদ্ধি তত্ত্বাত্মক ওইবা কৌমোদকী কৌবা গদা পায়খিবনা নহাকপু "গদাধর" হায়না কৌইদো। রথাঙ্গ (চক্র) ধারণ তৌবনা নমিং "রথাঙ্গ-পাণি" হায়না কৌখিদো। মফম অমদগী মফম অমা ফাওবা চথোক-চৎশিন তৌদবনা (লেংদবনা) বিষ্ণুদেবগী মিং "অক্ষোভ্য" হায়না কৌনখি। খুংগুং-খুৎলাই পুম্নমক শুমা পায়বিবনা নহাক্কী নমিং "প্রহরণায়ুধ" হায়না জগৎনা শোন্নরি। ১০৭

হৌজিক আয়ুধ ধারণ তৌবিরিবা মহাপুরুষ ওইবা শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু হন্না হন্না থুরুমজরি। মথক্তা নাম লিশিং অমা (১০০০) গী সমাপণ ওইনবগীদমক অরোইবগী নামবু অমুক হন্না ইজরি। ওঁ কারগী মঙ্গল বাচী ওইবনা মরম ওইহুনা স্মরণ তৌজগে অমদি মমৈদা শ্রীভগবানবু নমস্কার তৌজরি। হরি ওঁ তৎ সৎ ॥

---

ইতিদং কীর্ত্তনীয়স্য কেশবস্য মহাত্মণঃ।
নাম্নাং সহস্রং দিব্যানা মশেষেণ প্রকীর্তিতম্॥ ১০৮
য ইদম্ শৃণুয়ান্নিত্যং যশ্চাপি পরিকীর্ত্তয়েৎ।
নাশুভং প্রাপ্নুয়াৎ কিঞ্চিৎ সোমুত্রেহ চ মানবঃ॥ ১০৯
বেদান্তগো ব্রাহ্মণঃ স্যাৎ ক্ষত্রিয়ো বিজয়ী ভবেৎ।
বৈশ্যো ধনসমৃদ্ধঃ স্যাৎ শূদ্রঃ সুখমবাপ্নুয়াৎ॥ ১১০
ধর্ম্মার্থী প্রাপ্নুয়াৎ ধর্ম্ম মর্থার্থী চার্থমাপ্নুয়াৎ।
কামা নবাপ্নুয়াৎ কামী প্রজার্থী প্রাপ্নুয়াৎ প্রজাম্॥ ১১১

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—মতৌ অসুম্না কীর্ত্তন তৌবদা থোইদোক্না মতিক চারবা অসিগুম্বা মহাত্মা কেশব ভগবান্না বিষ্ণুগী সহস্রনাম অসি মপুং ফানা বর্ণন তৌখ্রে। অদুগুম্বা সাধু-সন্ত খিবিক্না অসিগুম্বা সহস্রনাম অসি মতম পুন্নমক্তা লেপ্তনা পাঠ অমসুং শ্রবণ তৌজবা ওমজরবদি, অসিগুম্বা লোক অমদি পরলোক অনিমক্তা অফবা মহামঙ্গল ফংবা ওমজগনি। ব্রাহ্মণশিংনা শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম পাঠ তৌজরবদি বেদান্তী ওইবা ওম্মি, অদুগা ক্ষত্রিয়শিংনা পাঠ তৌজরগনা শা-লান্দা বিজয়ী (লান-ওম্বা) ওইজরিবনি, বৈশ্যশিংনা পাঠ তৌজরগা লন-থুম মরাং কাইনা তাগ্রবা ওম্মি, শূদ্রশিংনা পাঠ তৌজরগা পুন্সিদা নুংঙাই-য়াইফবা ওইজবা (ফংজরগনি) ফংগনি। কনাগুম্বনা পাঠ তৌজরবদি হায়বদি ধর্ম্ম পাম্বশিংনা ধর্ম্ম ফংজে, কামী ওইবশিংনা মশা-মশাগী অপাম্বা থুদিংমক থুংজে অদুগা মচা-মশু পামজবশিংনা মচা-মশু ফংজে। ১০৮—১১১

ভক্তিমান্ য় সদোত্থায় শুচিঃ তদ্ গত-মানসঃ।
সহস্রং বাসুদেবস্য নাম্না মেতৎ প্রকীর্ত্তয়েৎ॥ ১১২
যশঃ প্রাপ্নোতি বিপুলং জ্ঞাতি প্রাধান্য মেব চ।
অচলাং শ্রিয় মাপ্নোতি শ্রেয়ঃ প্রাপ্নোত্য মুত্তমম্॥ ১১৩
ন ভয়ং ক্বচি দাপ্নোতি বীর্য্যং তেজশ্চ বিন্দতি।
ভবত্য রোগো দ্যুতিমান বলরূপ গুণান্বিতঃ॥ ১১৪
রোগার্ত্তো মুচ্যতে রোগী বদ্ধো মুচ্যেত বন্ধনাৎ।
ভয়ান্মুচ্যেত ভীতস্তু মুচ্যেতাপন্ন আপদঃ॥ ১১৫
দুর্গাণ্যতি তরত্যাশু পুরুষঃ পুরুষোত্তমম্।
স্তুবন্নাম সহস্রেণ নিত্যং ভক্তি সমন্বিতঃ॥ ১১৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীহরিদা ভক্তি লৈবা ভক্তশিংবিরা হুকচাং শেংদোক্লগা বিষ্ণুসহস্রনাম অসি পাঠ তৌজগদবনি। লেপ্তুনা পাঠ তৌজবনা অফবা, অরাংবা, থোইদোক-হেন্দোকপা থাক্তী মিংচৎ ফংজৈ, শ্রীলক্ষ্মীনসু নাক্লা লেংদুনা লৈবী। বাসুদেবগী সহস্রনাম অসিবু পাঠ তৌজবিব মীতুদি করিগুম্বদা, কনাদগীসু অকিবা ফংদে, মঙাল-মশক লৈবা, অনা-অয়েক লৈতবা, পাঙ্গল-থৌনা লৈবগা লোইননা মতিক-মগুণ কয়ানা তিনবা মীশক অমা ওইজবা ওম্মি। লাইনা লৈবা মীনা তাজবগা নত্রগা পাঠ তৌজরগা লাইনা অতুদগী ইরাই-লায়না কোক্লচৈ, বুদ্ধ ওইরবা মীওইশিংনা সংসারগী বন্ধন অসিদগী ল্যান্থোকচবা ওম্মিবনি, অকিবা মীশিংনা অকিবদগী অতুগা অরাবা তাববা মাশিংনা অরাবদগী লায়না (লান্থোকই) কোকচৈ। ভক্তিনা মাংওইনরগা পাঠ তৌজরবা, স্তুতি তৌজরবা মহাক অতুনা সংসারগী মশক ওইবা অরাবা ল্যানবন্দগী লান্থোকই। ১১২—১১৬

বাসুদেবা শ্রয়ো মর্ত্যো বাসুদেব পরায়ণঃ।
সর্ব্বপাপ বিশুদ্ধাত্মা যাতি ব্রহ্ম সনাতনম্॥ ১১৭
ন বাসুদেব ভক্তানা মশুভম্ বিদ্যতে ক্বচিৎ।
জন্মমৃত্যু জরাব্যাধি ভয়ংনৈবোপ জায়তে॥ ১১৮
ইমং স্তব মধীয়ানঃ শ্রদ্ধাভক্তি সমন্বিতঃ।
যুজ্যেতাত্মা সুখক্ষান্তিঃ শ্রী ধৃতি স্মৃতি কীর্ত্তিভিঃ॥ ১১৯
ন ক্রোধো ন চ মাৎসর্য্যং ন লোভো নাহশুভা মতিঃ।
ভবন্তি কৃত পুণ্যানাং ভক্তানাং পুরুষোত্তমে॥ ১২০
দ্যৌঃ সচন্দ্রার্ক নক্ষত্রা খং দিশোভূঃ মহোদধিঃ।
বাসুদেবস্য বীর্য্যেণ বিধৃতানি মহাত্মনঃ॥ ১২১

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—বাসুদেবদা আশ্রয় তৌজরিবা মী অতুনা অমসুং পরায়ণ ওইজরবদি তৌজরুবা পাপ পুম্নমক্কী কোকচরগা সনাতন ওইবা মফমবু ফংজবা ওস্মি। ভক্তি তৌজরবা মীওইনা পোকপা-শিবা, অকি-অখং অমদি অহল ওইবা মতৌদগী কোকচবা ওমজে। শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম অসিবু থাজনা পাঠ তৌজরিবা মহাক অতুগী পুন্সিদা শান্তি, লক্ষ্মী (লন), ধৈর্য্য নিংশিংবগী থৌনা অমসুং মীংচৎ গুণ শোইদনা ফংজবা ওস্মি। অতুগুম্নবা মীংচৎ লৈরবা মীশিং অতুনা পুরুষোত্তম শ্রীভগবান্দা ভক্তি কচ্চরিবা অতুগী মফমদা অশাওবনচিংবা নাপন, ময়াই-কাবা, কল্লকপা, মীহৌবা, ফত্রবা ভাবশিং অসি চংবা ওমদে। স্বর্গ, চন্দ্রমা, সূর্য্য, থরান্মিচাক, আকাশ, মাইকৈ তরা অমসুং সমুদ্রনচিংবা পুম্নমক অসি ভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না লেংদনা মাগী মাগী মথৌদা লৈরি। ১১৭—১২১

সসুরাসুর গন্ধর্বং সযক্ষো রগ রাক্ষসম্।
জগদ্বশে২ র্ত্তেদং কৃষ্ণস্য সচরাচরম্॥ ১২২

ইন্দ্রিয়াণি মনোবুদ্ধিঃ সত্বং তেজো বলং ধৃতিঃ।
বাসুদেবা ত্ম গন্যাহুঃ ক্ষেত্রং ক্ষেত্রজ্ঞ এব চ॥ ১২৩

সর্ব্বা গমানামাচারঃ প্রথমং পরিকল্পতে।
আচার প্রভবে ধর্ম্মো ধর্ম্মস্য প্রভু রচ্যুতঃ॥ ১২৪

ঋষয়ঃ পিতরো দেবা মহাভূতানি ধাতবঃ।
জঙ্গমা জঙ্গমং চেদং জগন্ নারায়ণোদ্ ভবম্॥ ১২৫

যোগো জ্ঞানং তথা সাংখ্যং বিদ্যাঃ শিল্পাদি কর্ম্ম চ।
বেদাঃ শাস্ত্রাণি বিজ্ঞান মেতৎ সর্ব্বং জনার্দ্দনাৎ॥ ১২৬

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—লাই হিংচাবশিং গন্ধর্ব, যক্ষ, লীন, রাক্ষস অমসুং স্থাবর জংগম অসিনচিংবশিং পুম্নমক অসি ভগবান কৃষ্ণগী মথা পোন্না লৈবা ওাক্তনি। ইন্দ্রিয়, মন, বুদ্ধি, সত্ব, মঙাল-মশা পাঙ্গল-থৌনা, পুকচেল-তপ্পা, দেহ অমসুং আত্মা পুম্নমক অসি ভগবান বাসুদেবগী শক্তম ওাক্তনি। শাস্ত্র পুম্নমক্তা আচারনা অংথোইবনি হায়রি. অসুম্না আচারদগী ধর্ম্ম পোকখিবনি। অদুগুম্বা ধর্ম্মগী মপুদি ভগবান অচ্যুতনি। ঋষি, পিতৃ, দেবতা, মহাভুত, ধাতু অমসুং লৈরিবা লেংলিবা-পাল্লিবা পুম্নমক অসি নারায়ণ দেব ভগবান্দগী থোকখিবনি। যোগ-জ্ঞান, সাংখ্য শিল্পনচিংবা কর্ম্মশিং বেদ, শাস্ত্র অমসুং বিজ্ঞান হায়রিবা পুম্নমক অসি জনার্দ্দন ভগবানগী মফমদগী লোইনমক থোকখিবা ওাক্তনি। ১২২—১২৬

একো বিষ্ণু র্মহদ্ভূতং পৃথগ্ভূতান্য নেকশঃ।
ত্রীন্ লোকান্ ব্যাপ্য ভূতাত্মা ভুঙ্‌ক্তে বিশ্বভুগ ব্যয়ঃ॥ ১২৭
ইমং স্তবং ভগবতো বিষ্ণো র্ব্যাসেন কীর্ত্তিতম্।
পঠেদ্ য ইচ্ছেৎ পুরুষঃ শ্রেয়ঃ প্রাপ্তুং সুখানি চ॥ ১২৮
বিশ্বেশ্বর মজং দেবং জগতঃ প্রভবা প্যয়ম্।
ভজন্তি যে পুষ্করাক্ষং ন তে যান্তি পরাভবম্॥ ১২৯

অর্জ্জুন উবাচ—
পদ্মপত্রবিশালাক্ষ পদ্মনাভ সুরোত্তম।
ভক্তানা মনুরক্তানাং ত্রাতা ভব জনার্দ্দন॥ ১৩০

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—বিশ্ববু ভোক তৌবিবা অমদি অমাং-অমা লৈতবা বিষ্ণুনা ভূতশিংগী মশক লৌবিবগা মবোল অহুম্মক্তা শিনবা থুংনা লৈবিরগা পুন্নমক অসি ভোগ তৌ ববি। মী অহুনা নুংঙাই-য়াইফবা পাম্লবদি মহাক অহুনা শোইদনমক ব্যাসদেবনা তাকপি-বম্লবা বিষ্ণুসহস্রনামবু পাঠ তৌজগদবনি। ইশ্বর ওইবা, পোকপা লৈতবা জগৎকী উৎপত্তি, স্থিতি অমসুং নাশগী কারণ (মরম) ওইবা মীৎনা থম্বাল-লকা তমজবা পরম-পুরুষ ভগবানগী নাম অসি পাঠ তৌজরবদি মহাক অহুনা পরাভাব (মাইথিবা খুদোংথিবা) ফংদে। অর্জ্জুন্না হায়খি—মীৎম্না থম্বাল মানবা ও। খোইদৌদগী থম্বালনা শাংকাইথিবা হে লাইশিংগী মবক্তা অথোইবা ও! হে জনার্দ্দন! নহাক্তি মতম লৈবা খিবিক্তা পরম ভক্তশিংগী রক্ষা তৌবিরিবা শ্রীভগবান বিষ্ণুদেবনি। ১২৭—১৩০

শ্রীভগবানুবাচ—

যো মাং নাম সহস্রেণ স্তোতুমিচ্ছতি পাণ্ডব।

সোঽহং একেন শ্লোকেন স্তুত এব ন সংশয়ঃ ॥ ১৩১

নমো ঽস্ত্বনন্তায় সহস্র মূর্ত্তয়ে সহস্রপাদাক্ষি শিরোরু বাহবে।

সহস্রনাম্নে পুরুষায় শাশ্বতে সহস্রকোটী যুগ ধারিণে নমঃ ॥ ১৩২

নমঃ কমলনাভায় নমস্তে জলশায়িনে।

নমস্তে কেশবানন্ত বাসুদেব নমোস্তুতে ॥ ১৩৩

বাসনাৎ বাসুদেবস্য বাসিতং ভুবন ত্রয়ম্।

সর্ব্বভূত নিবাসোঽসি বাসুদেব নমোস্তুতে ॥ ১৩৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীভগবান্না তাকপিরকই—হে পাণ্ডু পুত্র অর্জ্জুন। ভক্ত অতুনা ঐগী নাম লিশিং অমনা ঐবু পেলহল্লবদি মতুবু ঐ (বিষ্ণু) না, ভক্তশিংনা পুক্নিং চংনা শোনগ্রবা শ্লোক অমথক্তদগীসু হেন্না পেল্লি, মসিদা করিস্সু চিংনিংঙাই লৈত্রে। হে অনন্তবিগ্রহ ওইবিবা প্রভো! শক্তম লিশিং-লিশিং পুথোকপিখিবা ভগবন্! মীৎ, নাকোং, খোং-খুৎ (পাম্বোম) অমসুং কোক কয়ামুক্না লৈতেংবা বিরাট্ রূপ ওইবিবা হে ভগবন্! নহাক্তি যুগ খুদিংমক্তা ভক্তশিংগী মঙ্গলগীদমক অবতার কয়ামুক তৌবিরিবা নহাকপু ঐনা খুরুমজে। হে খোইদোদগী থম্বাল শাৎখিবা শ্রীবিষ্ণু ইবুংঙো! ক্ষীর সাগরদা চেপ্পিবনি, পাম্বোম মরিনা লৈতেংবা বাসুদেব ভগবান নহাকপু হন্না হন্না ননাইনা খুরুমজে। লেংদ্রবা থৌজানগী ইরিক্ খিকপিবনা মরোল অহুম্মক্না লেংদ্রি অহুগুম্ব। থরাই পানবা জীবশিংগী তুংনফম ওইরিবা বিষ্ণুদেব নহাকপু তত্তনা খুরুমজে। ১৩১—১৩৪

নমো ব্রহ্মণ্য দেবায় গো-ব্রাহ্মণ হিতায় চ।
জগদ্ ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥ ১৩৫
আকাশাৎ পতিতং তোয়ং যথা গচ্ছতি সাগরম।
সর্ব্বদেব-নমস্কারং কেশবং প্রতি গচ্ছতি॥ ১৩৬
এষ নিষ্কন্টকঃ পন্থা যত্র সম্পুজ্যতে হরিঃ।
কুপথং তং বিজানীয়াৎ গোবিন্দ রহিতা গমম্॥ ১৩৭
সর্ব্ববেদেষু যৎপুণ্যং সর্ব্বতীর্থেষু যৎফলম্।
তৎফলম্ সম বাপ্নোতি স্তুত্বা দেবম্ জনার্দ্দনম্॥ ১৩৮
যো নরঃ পঠতে নিত্যং ত্রিকালম্ কেশবালয়ে।
দ্বিকাল মেককালম্ বা ক্রুরম্ সর্ব্বম্ ব্যপোহতি॥ ১৩৯

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—হে ব্রহ্মণ্য দেব! হে গো-ব্রাহ্মণশিংগী কান্নবা তৌবিরিবা প্রভো! বিশ্বগী কল্যান স্বরূপ ওইবিবা, হে গোবিন্দ! হে কৃষ্ণ ইবুংঙো নহাক্পু দিবা-নিশিদা লেপ্তনা খুরুমজে, আকাশতগী তারকপা ঈশিং (নোংলিক) শিংনা সমুদ্রদা তিনবগুম্না দেবতাশিংদা উপাসনা তৌরিবশিংনা ভগবান শ্রীবিষ্ণুদা তিল্লি। তাইবংপান (সংসার) অসিদা শ্রীহরি বিষ্ণুগী পূজা পাংথোকচবতনা অথোইবা নিষ্কন্টক-মার্গ (য়েরু-তিংখং লৈত্রবা লম্বী) নি, মফম অদুদা শ্রীহরিগী পূজা তৌদ্রবা মফম অদু 'কুমার্গ' (হৌন-লোনচৎ) খংদ্রবা মফমনি হায়না লৌগনি। বেদ পাঠ তৌবগী ফলগা, তীর্থ কয়াশিং চৎলুবগী মহৈ (ফল) গা মান্নৈ। শ্রীবিষ্ণুগী সহস্রনাম অসি অমুক্তং বিষ্ণুগী মাংদা পাঠ তৌজরবদি, মতম অহুমলক্তা, অনিরক্তা নত্রগা অমুক্তদা ওইরবসু মহাক্তু আপত্তিশিংদগী মুক্তি ফংই। ১৩৫—১৩৯

দহ্যন্তে রিপব স্তস্য সৌম্যাঃ সর্ব্বে সদা গ্রহাঃ।
বিলীয়ন্তে চ পাপানি স্তবে হ্যস্মিন্ প্রকীর্তিতে॥ ১৪০
যেন ধ্যাত. শ্রুতো যেন যেনায়ং পঠতি স্তবঃ।
দত্তানি সর্ব্বদানানি সুরাঃ সর্ব্বে সমর্চিতাঃ॥ ১৪১
ইহলোকে পরে বাপি ন ভয়ং বিদ্যতে ক্বচিৎ।
নাম্নাং সহস্রং যোঽধীতে দ্বাদশ্যাং মম সন্নিধৌ॥ ১৪২
স নির্দহতি পাপানি কল্পকোটী শতানি চ।
অশ্বত্থ সন্নিধৌ পার্থ তুলসী সন্নিধৌ তথা॥ ১৪৩
পঠেন্নাম সহস্রং তু গবাং কোটী ফলং লভেৎ।
শিবালয়ে পঠেন্নিত্যং তুলসী বন সংস্থিতঃ॥ ১৪৪

---

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীবিষ্ণুগী সহস্রনাম অসি তাজরবদি য়েরুবা তুম্না মাংহল্লি ফত্তবা গ্রহশিংদগী পীড়া কোকহল্লি, মী মহাক অদুগী মফমদা পুন্নমক অফবা ওইহল্লি। বিষ্ণু সহস্রনাম তরারক তারবদি সর্ব্ব. দেব, দেবীশিংগী পূজা তৌজবগী ফলগা পুন্না ফংজবা ওমজৈ। হে অর্জ্জুন! মী অদুনা মন্দিরদা, দ্বাদশী তিথিদা, ঐগী ইনাক্তা, শ্রবণ নত্রগা পাঠ তৌজরবদি লোক্তা, পরলোক্তা, করিগুম্বা মথল অমত্তগী অরাবা লৈরোই। তুলসী মখোংদা, খোংনাং মখোংদা, তুলসী বন্দা, শিবগী মন্দিরদা অমদা ওইরবসু পাঠ নত্রগা শ্রবণ তৌজবনা মপোক কয়ারক্তা তৌরকপা পাপ অদু কোকচৈ অদুগা পুক্নিং লৈতানা পাংথোকচরবদি যগবী কোটী অমা দান তৌজরুবগী মহৈগা চপ মান্ননা মী অদুনা ফংজৈ। ১৪০—১৪৪

নরো মুক্তি মবাপ্নোতি চক্রপাণে র্বচো যথা
ব্রহ্মহত্যাদিকং ঘোরং সর্ব্বপাপং বিনশ্যতি ॥ ১৪৫

মণিপুরী ব্যাখ্যা—শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী বচন্দা (য়াহৈদা) অস্তুম্না তাকপিরম্মি—মী অহুনা বিষ্ণু সহস্রনামগী স্তোত্র অসিবু তাজরবদি নত্রগা শক-শোঞ্জরবদি পোকপা, শিবা, অ.নমক অসিদগী লান্থোক-চরগা সদগতিবু ফংজে অহুগা ব্রহ্মহত্যা-গোহত্যানচিংবা পাপ-শিংদগী কোকচবা ওম্মি। ১৪৫

মন্তব্যঃ—অসিগুম্বা শ্রীবিষ্ণু সহস্রনামগী কৃপানা পুন্সি লেনথবা ভীষ্মনা পাণ্ডব মণাবু (মশুশিংবু) কঞ্জনিংহনা মশামক্কা মপান্থোংদা ফোংদোকচবা ওমদবু হরি (বিষ্ণু) না উবিরহুনা, ওসি ভীষ্মদেববু কৃষ্ণ দর্শন ফংহনবিখি। ভীষ্মগী পুন্সিগী অয়োইবা স্বরনা লেপথবদা তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা জীব পুম্নমক মথোন থোক্লখিদে, মরোল সোয়খিদে, ওাইহাক্তি ছুংশিৎ-তুংশাসু চপ্ লেপখি।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥

ইতি শ্রীবিষ্ণুসহস্রনামস্তোত্র সম্পূর্ণম্।

হরি ওঁ তৎ সৎ।

# "নন্দরাজা গোচারণম্"

হরিঃ ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ।

নোংমা গোকুল বৃন্দাবনগী রাজা নন্দনা, জাতিগী হৌনবা ধর্ম্মনা ষণ শেনবা চৎলমদাইদা খল্লি......ভুসিগী নুমিৎসিদি ঐবু ইচা য়াওদনা করম্না চৎকনি । অস্মুন্না নন্দনা খল্লুবাদগী রাণী যশোদা মনাক্তা চংহুনা হায়রকই—কৃষ্ণের মা যশোদা রাণী ঐ নচাহু পুহুনা ষণ-শেনবা চৎকে । পুরকউনে নুংশিজরবা নংগী নচা কহ্নাইদো । মহাক্তা লোইননা চৎলবদি নন্দগী পুক্লিং রাখল নুংঙাইনি খল্লিনে । নন্দ রাজগী রাইহেদা যশোদা রাণীনা মচা পুথোরক্লুনা শিনজখি— "চেকশিন্না পুবিয়ু কিগনবা নিংঙাই চাওবা ইচানি" । মতৌ অস্মুন্না নন্দনা মচা কহ্নাইগা অস্মুম অস্মুম লাকপদা, খংহৌদনা লনখাংদা তাকনবা নোং-নুংশিৎ তৌরক্লুনা অঙাং (মচা কৃষ্ণ) কপলক্লে থেম্বস্মু য়াদ্রে নন্দ রাজা বুদ্ধি মাংলে তৌফম থংদ্রে নোংনা মচা চোৎকনি থনবগী রাবনে, কপ্পা থেম্বনা য়াদবনে লোইরে নন্দ রাবগী-অরাবা । মতাং অসিদা অথাপ্পদা বৃষভানুগী মচা ইবেম্মা রাধা লাকপা উই । রাধা পুংকক চাওরে, নন্দনা কৌই, রাধাদা হায়রকই—ঐনা নংবু খংডি, য়েংউনে রাধা নন্দ ঐনা রারিবসি—

"মেঘৈর্মেদুর মম্বরং বনভুবঃ শ্যাম স্তমাল দ্রুমৈঃ ।
নক্তং ভীরুরয়ং ত্বমেব তদিমং রাধে গৃহং প্রাপয়" ॥

নোংনা আকাশ পুম্বা শিনথুংখরেনে, শুংবান্নরবা তমালনচিংবা ফেরে ফেরে হায়হুনা খাংলি, নুংশিরবা লমদমসিস্মু থাদোক্লিংদে । তাঞ্জাসিদা ইচাস্মু কপকনু হায়বা য়াদ্রে কিরমাল্লে মহাক অসে নংনা যশোদা মমাদা সিরুগবা অস্মুম্না কৃষ্ণবু রাধানা থিনখ্রে । ইত্যাদি—

## "পদ্মাবতী জন্ম"

দক্ষিণাতে জনপদে নিচ্ছস্থান বিশ্বরুপেন সভার্য্যয়া শ্রীজগন্নাথং প্রার্থিতৌ, হে প্রভু আবয়োঃ সু পুত্রং পুত্রীংবা কৃপয়তু, দেহি দেহি হে জগন্নাথ ; যদি পুত্রী ভবতি চেৎ চরণদাসী রুপেণ সমর্পয়াবঃ ইত্যুক্ত্বা চলিতৌ ॥

---

দক্ষিণ ভারত্তা পোকপা বিশ্বরুপ কৌবা ব্রাহ্মণ মচা পোক্তবা অমা লৈরম্মি. পোক্লনবা হোৎনবা য়াবা পূজা অর্চ্চা কয়া কৎলবসু পোক্ত্রে, মাবু নুংশিবা মীওইশিংনা তাকপিরকপা কয়া হোৎনবদসু কান্নবা ইফং-ফংদ্রে। মমৈথংদদি ক্ষেত্রগী শ্রীজগবন্ধুদা চংজরক্লনা মচা নিরকই—দেব দেব জগন্নাথ সংসারার্ণব তারক। দীন নাথৈক শরণং বিশ্বসাক্ষিন্ নমোঽস্তুতে ॥ হে প্রভু ! সংসারদা জীবনা মচা ফংজতুনা, মচাগী নুংশিবা লীলা অদো অমুক্তদি উহনবিয়ুগবা মিত্তা, ননাইগী করিগুম্বদা কন্যা (নুপী) ওইরবদি শ্রীচরন্দ চরণদাসী ওইনা কচ্চগে। অসুম্না বিশ্বরুপ ব্রাহ্মণ, মচা নিজরম্নগা ময়ুমদা হনখরে।

শ্রীজগবন্ধুগী লীলা থংবা ঙমদে মতমগী মতুং ইন্না ব্রাহ্মণ অদু মচা নুপী (কন্যা) অমা ফংহনবিখরে। চাওরক্লে মপুংফরে কারক্লে, থাজ-য়োঞ্জবগী মতম য়োরক্লে, ঈশ্বরগী নোংদম কনানা খংগনি, কন্যা অদু নারে হিংগনি হায়বগী আশা লৈত্রে। ব্রাহ্মণ অদু জ্ঞান লাক্লে নিংশিংলক্লে······মতম অমদা ঐনা জগবন্ধুগী মফমদা ইচা কৎকে হায়খিনা···। অসুম্না খল্লহুনা ব্রাহ্মন্না মচা নুপীবু পুরক্লুনা মবুংগো শ্রীজগবন্ধুগী মফমদা লাক্লুনা হায়জরক্লে—হে প্রভু জগন্নাথ দেব ! ননাইগী দোষ খিবিক ঙাকপিয়ু। মায়ানা কাওথোকউরে প্রভু ! লৌশিনবিরোগবা চিংনবা লৈতনা শ্রীচরন্দা ননাইনা কচ্চরবনি।

মনাই বিশ্বরূপ ব্রাহ্মণগী রা তাবদা শ্রীজগবন্ধুনা অসুম্না তা কপিরক্লে—"কেন্দুবিল্ব গ্রামে একো ব্রাহ্মণ কুমারোঽস্তি তস্যনাম শ্রীজয়দেবঃ, সো হি তব কন্যা পদ্মাবতী স্বামীতি"॥ হে ব্রাহ্মণ ! নংগী নচানুপীদি ঐঙোন্দা কংকদবা নত্তে। কেন্দ্রবিল্ব গ্রামবাসী পিতৃ (মপা) না ভোজরাজ অমসুং মাতৃ (মমা) না রাধা। মখোয় অনিগী মচা জয়দেবগী মফমদা স্বামী ওইহনা নচানুপীবু দান তৌরু।

"ত্বয়া হৃষিকেশ হৃদিস্থিতেন যথা নিযুক্তোঽস্মি তথা করোমি"। ভোজরাজা অমদি রাধাগী মচা ইবুংঙো জয়দেব, মমা মপানা তাংনা ফংজবা লেম্না মাংলরোইদবনি। খ্বাই-মীরক তিনবদা লেনজনবগী মচাবু কন্না হোৎনরম্বা অদুগুম্বা পিতৃদেব অমদি মাতৃদেবী অনিনা "কালবশাৎ পিতৃ মাতরৌ স্বর্গং গতৌ"। ঙসিদি মমা মপা অনি কর্ম্ম ফলনা অমত্তা ঙাইজবা ভনৌ-ভনৌরিবা মচা শ্রীজয়দেববু হুন্দোক্লম্লগা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে মৃত্যু ওইখরে।

নিরুপায় ওইরবা মচাবু খ্বাই থিবিক্লা নুংশিবিহনা মমা মপাগী কর্ম্ম পাঙ্থোক্লে। হন্না য়েংবদা কন্না লৈজরবা মচাদি অরাবগী সমুদ্রদা ঈরাক্লরে। শ্রীজয়দেব হোৎনবা কান্নি, নিংহন্নবা লৈতে আসিনক্তনা মমৈদদি মহাক "কবি" হায়বা উপাধি অসি ফংখি।

নোংমগী নুমিৎনি জয়দেবগী মংনি, শ্রীরাধা মাধব লেংবিরকই। তাকপিরকই মনাই ভক্ত শ্রীজয়দেবদা—"হে জয়দেব গোস্বামি ! হৌগৎলোনে করিগী হৌজিক নিংঙাইদনা তুমহনা লৈথোক্লি নহাক লাক্কনি হায়হনা ঐনা ঙাইরকপা কয়াদি কুইরে ঐবু লৌখৎলরো"।

নোংঙালে প্রাতঃ ক্রিয়া লোইরে, "কদম্ব খণ্ডী" ঘাট য়োরে, স্নান তৌগে থন্দু জয়দেবনা থরদং কুমথরুবদা "শ্রীরাধা মাধব" কী শিলা মুর্ত্তি থেংনরে। লৌখৎচরে উ অমগী মথোংদা লুংপাক অমগী মথক্তা থমহনা (লেংশিন্দুনা) অভিষেক কচ্চরে পূজা তৌজরে।

মতাং অসিদনি বিশ্বরুপ ব্রাহ্মন্না মচানুপী বন্যা পদ্মাবতী অমসুং মমাগা লোইননা ইবুঙে। শ্রীজগবন্ধুনা তাকপিরকপগী মতুং ইন্না মচানুপীগী স্বামী থিবা লাকখিবা। উ অমগী মথোংদা শ্রীজয়দেব লৈরম্বা থেংনরে। জয়দেবগী ওইরিবা ফিভম মওং-মতৌ লোইনা খংলবা বিশ্বরুপ ব্রাহ্মন্না হায়রকই—বৎসে ইপাগী ইবেম্মা পদ্মাবতী এখোই হল্লসিনে। করম্না! কনদৌন......! অসগুম্বা মগন-মকৈ অমদি মমা-মপা লৈত্রবসিদা দান..... ঙম্লরোই। পদ্মাবতীনা হায় পিতৃদেব! শ্রীজগবন্ধুগী য়াথং করম্না হিক্তোক্কদগে? মাতৃ (ইমা) নচাদি স্বামী (ইপুরোইবা) অনি শুজনিংদে। অসুম্না মচনুপী কন্যা পদ্মাবতীদো য়াদ-য়াদনা মমা মপাগী মতুং ইন্দুনা ময়ুমদা হল্লকখি।

মতৌ অসুম্না পদ্মাবতী নিংবা কাইনা হল্লকপনা নোংম-ংোংমগী মশা শোকচিল্লক্লে অমুক্তসু হন্না নারে। বিশ্বরুপ ব্রাহ্মণ অমদি মমা অনিনা খন্নরে......"ইচাগী স্বামী লৈতনা প্রাণ থাখিবা তারে" চৎলসি এখোই অমুক হন্না শ্রীজয়দেবগী মফমদা হায়জববসিনে। জয়দেবগী মফমদা লাক্লে হায়জররে দানগী মরম জয়দেবনসু য়ারে। বিশ্বরুপ ব্রাহ্মন্না মচানুপীবু পুষ্পামালা পায়হন্দুনা শ্রীরাধা মাধবতা কচ্চরক্লে, "ইত্থং নন্দ নিদেশত শ্চলিতয়োঃ প্রত্যধ্ব কুঞ্জ দ্রুমং"। হে গোস্বামি! এগী ইচানুপী কন্যা নফমদা দান তৌজরে। অসুম্না শ্রীজয়দেবগী ঙকশনদা কন্যা (পদ্মাবতী) না পুষ্পানালা হুকচখ্রে।

## ভক্ত জয়দেব তীর্থ যাত্রা

শ্রীবৃন্দাবনমহং ভজে—

শ্রীরাধিকা সুরোজ মভিক্ষণেপ্সু,
শ্রীরাধিকা বিমলকুণ্ডতটে বাসং চ।
শ্রীরাধিকা চরণ কুঞ্জে নিবদ্ধ ভাবঃ,
শ্রীরাধা মাধবয়োঃ রহ কেলয়োঃ ভজে ॥ ১
দিনে দিনে আয়ু হীনে মণবুদ্ধি তনু ক্ষীণে,
অনাথে মে তৃষ্ণা কুলিত হৃদয়ে,
পাশাবিষ্ঠে মাত্রা ন ত্যজতি শিশুঃ সদা ॥ ২

---

শ্রীরাধিকা শ্রীপাদ সরে জদা লৈজবা মিংকুপ থুদিং পামজে। শ্রীরাধা কুণ্ড মশান্দা বাস তৌবসু পামজবি ননাইনা। শ্রীরাধিকাগী চরণ কুঞ্জদা চিংশিনবিবসু (ফংহনবিবসু) নিংজবি। শ্রীরাধা মাধব অনিগী শ্রীকৃষ্ণ লীলাবু তোম্লবা ননাই জয়দেবনা পানজে ফংহনবিয়ু। ১ নোংম নোমা হৌথিহনা পুন্সি মথেং শাবক্লে, মণ-বুদ্ধি হকচাংসু ক্ষীণ ওইবক্লে। তোম্লবা ননাইগী থম্মোইদা খৌবাংজবিবা শ্রীবৃন্দাবনগী সেবা অসি, মমা ওইবী-শিংন মচাবু থাদোকপিদনা নুংশিবিবগুম ফংহনবিয়ু। ২

নন্দ রাজ্ঞানা রাধাগী মফমদা "মেঘৈ র্মেদুর মম্বর বনভুবঃ" পাদ অসি (কত্তুনা) হায়ত্তুনা কৃষ্ণ শিন্নথবে। "ইত্থং নন্দ নিদেশত শ্চলিতয়োঃ"। অহনশুবা পাদ শকুনা মবুংডো শ্রীরাধা মাধবগী লৈ পবেং কত্তুনা জয়দেবদ হুকখ্রে, অসিগী তুদ জয়দেবনা হায়— "প্রিয়ে পদ্মাবতী ত্বমপি প্রকৃত জয়দেবোঽহং পুরুষঃ, সংসারীযং পবিত্যজ্য শ্রীরাধা মাধবয়োঃ, ভজনং গুণ ব্যাক্তনং শবণীয় মেব"॥

অথ কদাচিদপি জয়দেবো জাতা বৃন্দাবনং ধিয়া ।
শ্রীরাধা মাধবঃ জ্ঞাত্বা তং স্বপ্নে সমাদিশৎ ॥
যদি বৃন্দাবনং যাতাস্যসি তদা মামপি তন্নয় ।
তৎ শ্রুত্বা চেতসি জয়দেবোঽসৌ চিন্তয়ামাস ॥
প্রকাণ্ড মূর্ত্তি ভগবানহং তু বৃদ্ধোঽতিদুর্ব্বলঃ ।
কথং শক্যামি ত্বাং নেতুং যত্র সেব্যামি কথং ॥

---

প্রিয়ে পদ্মা নং ঐ সংসার মায়া ত্যাগ তৌহুনা ঐগী অরোইবা সঙ্কল্প শ্রীরাধা মাধব গুণ কীর্ত্তণ শকুনা "গীত গোবিন্দ" ইরসি । শক্লো শক্লসিনে প্রিয়েপদ্মা—"শ্রীরাধা মাধবয়ো জয়ন্তি যমুনা কুলে রহ কেলয়ঃ" ॥ অসুম্না জয়দেব অমদি পদ্মাবতী অনিনা মঙ্গলাচরণ শকুনা গীত গোবিন্দ লেংহুনা, বিদ্যা নিপুন, শ্রীবিগ্রহ পূজনং, শ্রীমন্দির সেবনং, শ্রীরাধামাধবয়ো নাম কীর্ত্তনং, মগ হস্ত লিখন লীলা সমর্পনম্ । অসিগুম্বা সঙ্কল্প মথল মণ্ডা অসি সমপুর্ণ ওইগ্রবগী তুংদা শ্রীজয়দেবনা অমুক তীর্থ যাত্রা (শ্রীবৃন্দাবন সেবা) পায়ক্লুনা শ্রীরাধা মাধবতা প্রার্থনা তৌভবকই—হে রাধা মাধব ! ননাইবু অমুক্তদি শ্রীবৃন্দবন ফংহনবিয়ুগবা । মতৌ অসুম্নঃ প্রার্থনা তৌজরুরবগী তুংদা ওসিদি মঙাল (কৃপা) অমা থুংলরে । পদ্মাবতীবু য়েংহুনা হায়রকই—হে প্রিয়ে পদ্মাবতী ! নংবু তারিবরা ? য়েংউনে ঐ শ্রীবৃন্দাবন সেবা ফংলুবগে, হয়ে দি চৎলগে হায়না ঐ লেপ্লে । পদ্মাবতীনা হংজে—শ্রীরাধা মাধবকী সেবা কবি করম্না তৌগনি ? প্রিয়ে ! ঐনা নহান মথে খল্লিবসু অহুনিনে ফরে পদ্মাবতী নহাক্লা

ইতি সন্দেহং কৃত্বাত্মা প্রাতরুত্থায় স দ্বিজঃ।
শ্রীরাধা মাধবং নত্বা প্রতস্থে বৃন্দিকানম্॥
কিয়ৎ দূরং গত্বা ততো স্নাত্বা তরু তলে বসন্।
পূজা সাধন মঞ্জুষাং পূজার্থ মুপসাট যৎ॥
তত্র পশ্যন্ মহাশ্চার্য্যং শ্রীরাধামাধব প্রভূঃ।
ক্ষুদ্র মুর্ত্তি ভগবানাস্তে তাদৃশ্যা রাধয়া সহ॥

---

নিতি সেবা কাইদনবা অয়াবা "ধূপ, দীপ, পত্র, পুষ্প, উহৈ" খরা কতুনা মতম থরদং লেল্লম্মু। অমুম্না হায়রগা জয়দেবনা চৎননবা থোরাং হায়বদি নিতি সেবাগীদমক লুবাক মচা অমদা পত্র পুষ্প-নচিংবা খরদং হাপ্লগা থোরাংজরম্লগা পোথজখ্রে তুমখ্রে।

জয়দেবগী স্বপ্ন (মং) দা শ্রীরাধা মাধব অনিনা লেংবিরক্লুনা অমুম্না তাকপিরম্মি—হে জয়দেব! তারো···কাউগনু নহাক্না হয়েং বৃন্দাবন চৎপদা "ঐ" (রাধা মাধব) নিংশিংলকউ ঐবুসু পুবিয়ুকো, জয়দেব মংফাওনরে মচিন্দা বিষ্ণু শোল্লি, থম্মোই নুংদা থল্লি······ হে প্রাণনাথ। নমাই জয়দেবনদি অহলগী মতম্না ওইশিল্লকপা, ইবুংঙোনদি য়াম্না প্রকাণ্ড মুর্ত্তি ওইবনিনা ননাইবু করম ওইরসিগে, ইবুংঙোগী সেবানা করম্না কদাইদগী কমদোনা······?

নোংঙাল্লে স্নান তোরে ইবুংঙোগী সেবা প্রার্থনা পাঙথোক্লে, পদ্মাবতীদগী বিদায় লৌরক্লে—হে প্রিয়ে পদ্মাবতী! নৈহৌরোকো ইষ্টদেবগী সেবা মতম কাইদনবা হোৎনরম্মু। লেংবিরসি···স্বামী মঙ্গল ওইবিরকউকো। রাহৈ খরা অসিনা পদ্মাবতীনা মপুরোইববু খুরুমজহুনা বিদায় পিজখি, পদ্মাবতী মপুরোইবগী য়াথং ঙাকচখি।

তদ্ দৃষ্টা বিস্ময়াবিষ্টো কিমেতদিতি চিন্তয়ৎ ।
আকশবানীং শুশ্রাব গম্ভীর-মুধুরাং কবিঃ ॥
মা চিন্তয় কবেস্থাতুং নাশকং ত্বাং ত্যজন্নহং ।
অয়াতাস্মি ততো বৃন্দাবনং মাং নয় সপ্রিয়াং ॥
তৎ শ্রুত্বা জয়দেবোঽসৌ জগাদ বিহিতাঞ্জলিঃ ।
কথং সম্পৎস্যতে যত্র তত্র সেবা মহাপ্রভো ॥

---

নোংমা নোংমক্কী হৌখিবনা (চৎখবনা) লমদম্বগা তাম্নকপনে জয়দেবনা উথোং অমদা যম্নগা থল্লি—ত্রৈনা নহান মখৈ মানসিক সেবাদা লেপ্তবক্বা ওসিদি ভজন সেবা ওইজবগে । অমুক্কা খন্না ২ লৈ তুলসী হাপ্লিবা লুখাক অতু হেক হাংদোক্লুবদাদি চৎখবা শিলা মূর্ত্তি ওইরবা শ্রীরাধা মাধব অনিসি মণিপুরী মূর্ত্তি ওইবদুনা লেংশিনবিবম্মে । অসিগুম্বা ওইথোক্কবা লীলা থোক্লাক উৎজববদা জয়দেবদা পুমওক-ওকপ্রে । আকাশবাণীং শুশ্রাব গম্ভীরং কবিঃ । আকাশবাণী হাইবক্রে—"হে ভক্ত জয়দেব ! চিংনগন্থনে নতোমতা থংদোক্লুনা বানা চৎখিগদবত্থু ঙমদবদগী ঐ নংগী নতুং ইল্লিবনি" ।

জয়দেবনা বৃন্দাবন সেবা চৎলমদাইগী অহিংদা স্বপ্ন (মং) দা তাকপিবক খিবা অত্থু নিংশিংলকুনা প্রেম হৈহৌরকই বর্ষা ঋতুগী মতোগুম্না । পিবাংগা লোইননা হৌনা লাউনা কপ্লক্লে—হে রাধা মাধব ! দিনোঽহং কিং করোম্যহং । প্রাণনাথ ! তোল্লবা ননাইবু কান্ন ওইবসিগেনে । "ত্বমসি মম জীবনং ত্বমসি মম ভূষণং দেহি পদ পল্লব মুদারং" । অমুক্কা জয়দেবনা কচ্ছাখিবা গীত গোবিন্দগী শ্লোকনি । বিলাপ তৌরকই প্রেম সেবানা—"কথং সম্পৎস্য তে সেবাং" । হে ইবুংঙো প্রাণনাথ ! নিংতম্লেবাদি কন্নদোবা··· ?

পুনর্জ্জপাদ ভগবান্ সেবার্থং মন্দিরমিত্যয়।
সম্পত্ত্যতে যথা সেবা বিধান্তঃ মাত্র প্রেক্ষতৎ॥
কেশী তীর্থে ততঃ স্নাত্বা তত্তস্তটে বৃক্ষ মূলতঃ।
প্রতিমে দ্বে পূজনার্থং স্থাপয়া মাস যত্ন সৌ॥
তদৈব তে ক্রমাবৃদ্ধে পূর্ব্ববৎ সম্বভুবতুঃ।
দৃষ্ট্বা মনুজাঃ সর্ব্বে পরং বিস্ময় মাযযুঃ॥
অথ তত্রাগঃ কশ্চিৎ ধনী বর্দ্ধমান রাজা দৃষ্ট্বা তদদ্ভুতং।
শ্রীমন্দিরং কারয়িত্বা সেবা সাত্রচার্যামাচরৎ॥

---

লম্বীগী মতাইনি, উ অমগী মখোংনি, জয়দেব কবিনা শ্রীরাধা মাধবকী সেবাদা মতম কাইদনা অস্তুম তৈজরকপদা, খংবা উবা মীওই কয়ানস্তু সেবাগী পোৎলম কয়া কয়া পুরক্তুনা কৎলবা মতম শাংলক্লে, অদুবু শ্রীজয়দেবগী মথম্মোইদদি অপেনবা থক পোক্ত্রি। শ্রীরাধা মাধবমা মনাইগী অরাবা উহিরে। তাকপিরকই জয়দেবদা —জয়দেব! তাওনে 'রাধা মাধব' ঐগী সেবাগীদি নহাক করিমত্তা রারুগন্তু, ঐগী প্রিয়াগা লোইননা নহাক্না ঐবু শ্রীবৃন্দাবনদা পুরো। অদুত্না নংগী শান্তি এইগনি, ইংনা অপ্না ঐগী সেবা পাঙথোকচক্দা অপনবা লৈররোইদরনি। অস্তুমা শ্রীরাধা মাধবনা তাকপিরকপা মতুং ইন্না নাকপনা কেশীঘাট য়োরক্লে। তীর্থ স্নান তৌই, উখোংনি মতুংগো মবেম্মাগী সেবা পুজান চিংবা পাঙথোকচে। বৃন্দাবন বাসী বৈষ্ণব খিবিক অতৎ-অথম লৈতনা লেংলকই লাকই ইওক-ওকনরি। মতম কুইনা যমুনা গর্ভদা লৈরুরবা, শ্রীরাধা মাধব মনিগী মূর্ত্তিগুম্লে।

ইতি শ্রুত্বা প্রভো বাক্যং তং নিত্বা সপ্রিয়ং দ্বিজঃ।
কালেন বৃন্দা বিপিণং প্রাপ্য লভতে স মুদং ॥

## প্রার্থনা

১। বংশী বিভূষিত করান্নব নীরদাভাৎ-
পীতাম্বরা দরুণ বিম্বফলো ধরোষ্ঠাৎ।
পূর্ণেন্দু সুন্দর মুখা দরবিন্দ নেত্রাৎ-
কৃষ্ণাৎ পরং কিমপি তত্ত্বমহং ন জানে ॥

২। নমো ব্রহ্মণ্য দেবায় গো ব্রাহ্মণ হিতায় চ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ॥

৩। হে শ্রীমদ্ রাধা মাধবৌ যুগল চরণ সেবাং দেহি মে।
মমান্ত কালেঽপি তে শ্রীচরণ পদ্মং-
শিরসি ধার্যাং দেহি মে ॥
প্রতিজন্ম জন্মান্তরে শ্রীচরণ সেবাং প্রাপয়ন্তু মাং।
ইত্যেবং ভোজরাজ-রাধা তনয়েন প্রার্থিতঃ ॥

---

মীয়াম মরক্তগী হায়নরকপনা, মগুণ লৈরবা রাজা ঈশ্বরবু নিংজবা বর্দ্ধমান নিংথৌনা "ভক্ত জয়দেব গোস্বামি কবি" হায়বা উপাধি অসি পিগ্রে, লাইশং মন্দির ভাকপা মী থমখরে। বর্দ্ধমান রাজানা পেনগ্রহনা মন্দির মাগুবন চিংবা কৎলে, দিনা নিংশি নিতিগী প্রার্থনা শক-শোন্দুনা সেবা পূর্ণ ওইহনা লৈরিবা "রাধা মাধব মন্দিরনি"

—ঃ সম্পূর্ণম্ ঃ—